# ꯃꯩ ꯆꯪꯂꯕꯥ ꯆꯦꯛ

# মৈ চঙলবা চেক

# মৈ চঙলবা চেক

সুধীর নাউরোইবম



রাজ পব্লিকেসন্স




**Sahitya Akademi Award Winner**
**Sudhir Naoroibam's**

***Mei Changlaba Chek***

a collection of fourteen Manipuri Short-stories
Published by **Raj Publications**, Maibam Chingmang,
Nambol, Manipur - - - 795 134

অহানবা ফোঙবা ঃ ১৯৯১, শরৎ পব্লিকেসন্স, ওইনাম
অনীশুবা থৃংনম ঃ জুন ২০০৮, রাজ পব্লিকেসন্স, মাইবম চীংমাঙ, নম্বোল

বারীমচাশিং অসিদা যাওরিবা পাত্রশিং অমাদ মমিংশিং অসি অইথোইগী কল্পনানা শাগৎচবা ওইরোনি। মফম, মতম অমাদ থৌদোক-থাদোকশিং অসি মায়নবা থাওনস মতা লাক্নবনি, হিংলিবা নৎত্রগা শিখ্রবা কনাগুম্বা মীওই অমত্তগা মরী লৈনদে।



মমল: লুপা ৯০/- (লুপা মাংবক্তবা)

প্রিন্টিং এন্দ পব্লিশিং দিবিজন, রাইটার্স ফোরম, ইম্ফালদা টাইপসেট তৌবগা সিরোই অফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল কৈথেল, থৌবাল ৭৯৫ ১৩৮, মণিপুরদা নম্বা।

**অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিক ঃ**

*যোকচবী বাংলাদেশ* (রাবীমচা, ১৯৯০)
*লৈই থবা পুন্সি থবা* (রাবীমচা, ১৯৯৮)

# অহানবা খৃৎনমগী ঃ ব্রাহৌদোক

**মণিপুরী** সাহিত্যদা অনৌবা থৌনা অমদি আশাগা লোয়ননা লমজেল চেনখৎলক্লিবা সুধীর নাউরোইবমগী অনীশুবা খৃৎথা, ব্বারীমচাগী লাইরিক *মৈ চণ্ডলবা চেক* মতমসিগী অনৌবা য়াওলগা ঈরোয়নরক্লিবা ব্বারীমচাশিংনি। সুধীর নাউরোইবমবু নৌনা অমুক শক্তাক্লুদ্রবসু য়ারে। মাগী অহানবা ব্বারীমচাগী খোমজিনবা লাইরিক *য়োকচবী বাঙ্গলাদেশ* সাহিত্য প্রেমীশিংদা পব্লিকেসন অসিগী ১৩শুবা লাইরিক ওইনা পুথোকখ্রে। মণিপুরী সাহিত্যবু পামজবা অমদি নুংশিজবা ঐগী ইনাও অসিদা ঐ ইশাগী ইথৌনা চিনশিল্লকপগা লোয়ননা পব্লিকেসন অসিগী ভার পূন্নমক শিন্নজে। মানা পূন্নমকসিবু মায়পুনরক্লুনা হোৎনরক্লিবা অসিগীদমক ঐনা মঙোন্দা হন্না-হন্না অশীর্বাদ পীবি।

চন্দক নৌনা পুথোকচবক্লিবা ব্বারীমচাশিং অসি সাহিত্য প্রেমীশিংদা লাম্থোকচবদা ঐগী নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈজদে। হায়দগী হেন্না মশক থোক্লবা ব্বারীমচাশিংনি। বাহৈগী, লোন্দাগী, ব্বারীমচাগী টেক্নিক্কী লমদা ফনা নীংথিরে। ব্বারীগী মচাক্তি ঐখোয়গী পীক্লবা ইরমদমাসিদা থোক্লিবা নোংম-নোংমগীদুনি। খুঙ্গংগী অচম্বা পুন্সি, হিংনবগী লানফমদা লাম্থেংনরিবা তোল্ল-তারবা মীওইশিং, ইজ্জৎকী দাবীদগী হিংনবগী দাবীনা হেন্না লুশিল্লকপা, অদুবু পূন্নমক্তা বিশ্বাস মাঙদ্রিবা মৈতৈ চনুশিংগী থৌনা অমদি লিংজেল অদুমদি মাগী ব্বারী মচাশিংদা থৌনা ফনা য়েক্লি। মসিমক শ্রীসুধীবগী শেংলবা থম্মোয়গী দান্নি। খরদং ওইনা পঞ্জরবদা— আশা মাঙলুরবা ঙসিগী পুন্সি মচীংসিদা অনৌবা আশা পীরিবা ব্বারীমচা 'মফি য়াওদবা লাই'; হিংনবগী লানফমদা থৌনা ফনা লাম্থেংনজগে থোরক্লিবী মৈতৈ চনুগী শক্তম যেকপা 'অহানবা কারবাব'; অবা-নুংঙাই পুন্সিবু মশক তাক্লিবা 'ঐ অমদি ঐগী অকোয়বশিং'; খুঙ্গংগী অচম্বা পুন্সিগী মশক তাকপা ব্বারীমচাশিং 'মচু মচুগী কুরাক', 'য়াওশঙ', লৌবুক্কী ঈশৈ'; পোল্লোইফম খণ্ডদবা নহারোলশিংগী থবক মতৌ 'ঐখোয়গী নহারোল' লমচৎতগী পূক্না মরূ ওইরক্লবা, হিংননবগী লানফমদা ইজ্জৎ তুংওইনরক্লবা ব্বারীমচা 'নোক্লীংদবা ফাগি', 'অমোৎপা অমথক' অসিনচিংবা পূন্না ব্বারীমচা ১৪ যাওরবা

ৱারীমচাগী লাইবিক্লি।

অরোইবদা মিংথোল পীরিবা ৱারীমচা 'মৈ চঙলবা চেক' তশেংনমক যুগসিগী হিংবদা চঙদ্রবা য়াদ্রবা মন্ত্রনি, থৌনা হাপ্পনি, তশেংনমক মথৌ শঙবনি। ঐখোয় অসি চপ মান্নবা ছচ্চা অমত্তদা য়ৈদুনা পুথোক্লকুবা চেকহীংশিংদুনি। চেকহীং ওইরিহৈ শোল্লি, মৈ চঙলবদি কল্লি, ঐখোয়বু মৈ ঈক্লি ৱারীমচাসিনা। হিংনবগীদমক ঐখোয় হোৎনদবা য়াদে, চঙদবসু য়াদে খুদোংথীরবা মফম কয়া, মায়োক্লদবসু য়াদে য়েক্লবা কয়া। তশেংনমক ঙসিগী সমাজসিদা হিংবসি য়াম্না লুই। অসিগুম্বা লুরবা পুন্সি খোঙচৎ অসিদা মপুরোইবগী তুংইঙ্গরিবী পূক্নিংগী, হকচাংগী অমদি ৱাখলগী পাঙ্গল শোঙ্গরবী খুঙ্গং চনুরা থম্বালশং... মাগী মফমদদি ওম্থোক্লমক লুনা থোকচৈ খোঙচৎসিদা মপুরোইবগী তুংইঙ্গবদু। অদুবু নুপা থোক্লা মথৌ পাঙলিবা মাগী মপুরোইবা ইবোবীনা হায়, "...ঐখোয় লান্দে। কনাদসু লাদে। কনাবুসু কিফম থোক্তে... ঐ চৎকে থম্বাল। ঐখোয় যাম্না শোনমনখ্রে। অসুম্না শোম্হদুনা লৈরবদি মফম খূদিংদা ঐখোয় খুদোংথীবদা নংগনি... ঐখোযগী অশোনবনা, ঐখোয়গী পাঙদবনা মফম খূদিংদা ঐখোয়বু ৱাহল্লিবনি। তোম্থমন্দুনা ঐখোয় ইশানা ইশাবু থাজবা ঙমদ্রিবনি... মহাক ঐখোয়গী মপুনি। মাবু ইকায খুম্নগনি। মাগী মথা পোয়া হিংলি। অদুবু চাননা মথাদি পোন্দে। মাসু মীনি। থাঙ অসিদসু খেন্নবা অদু লৈতে। অচুম্বগীদমক হিংসি। অচুম্বগীদমক্তসু শিসি। অদুবু মীচেলদি ওইগুর্মসি। মায়োক্লসি..." অসুম্না মালেমসিগী নুপীজাশিংদা মৈ চঙলবা চেককুম মথৌ শঙলিবা অইবগী ৱাহৈশিং অসি শাফু য়াম্না কল্লি। মসিমক যুগসিদা শীজিন্নগদবা অমত্তা ঙায়রবা মন্ত্র অদুনি।

ৱাফর্মসিগা লোয়ননা লাইরিক অসি পব্লিকেসন অসিগী ১৬শুবা খূদোল ওইনা সাহিত্য প্রেমীশিংগী মফমদা লাম্থোকচরি।

শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা

ওইনাম বাজার

ওইনাম।

ইম্ফাল

তাং ৩০, জুলাই ১৯৯২

# অহানবা খৃৎনমগী ঃ অইবগী ৱারোল

**ইজগে** খনবা ৱারীদি ইববু ইঙম ঙমজদে। ইবা ঙমদবদুনা হেন্না মমল লৈহনবদি নত্তে, নীংবনা অমা, তৌরকপনা অমা হায়বা পূক্লিংবু ৱারকপা ঙমদবগী নৎত্রগা ইশাবু থাজদবগী মতৌ অসিদা ইথন্তা পেঞ্জদবগী ৱানি। হায়বা য়াই, ঐগী ৱারীমচা অয়াম্বা ৱারীনা ৱারী ইজবনি, করেক্তরনা করেক্তর শেমগৎচবনি। হায়বা ইন্দবা, ঐগী অপাম্বদা চৎলু য়াদবা, লমহেল্লবা করেক্তর কয়া য়াওরকই। ইতৎ-তত্তনা নিংঙাই শংদানৈ মখোয়গা, মরৈ তৌনৈ ঐগা। পাল্লিবদি, ঐনা ঙম্বসু নত্তে, মখোয়না ঙম্বসু নত্তে, য়ানবা অদুনি। অদুবু য়ানবা অদু পুরক্লবা হোৎনবদা ঐগী অচুম-অরানগী বিচার অসি ওস্লোক্লা মঙম শান্দে হায়বা খঙজরকই। পেল্লক্তে। অফ-ফত্ত খঙজনবা পাঞ্জরিবা কোক মচা অসিবু থাজবা ঙল্লক্তে। হংনীংলকই—করিবু খঙলদনা নঙনা? অসুম্না ইশাগী খঙ-হৈবগী ৱাংমদা লাক্লবা, নিংঙাই চাউবা করেক্তর খরদি ইশাগী অনীংবদা থম্বা ঙল্লক্তে। মখোযবু মনীং তমহনবদা তারকই। মখোয়গী অপাম্বদা থম্বা তারকই। অদুবু নিংকোক নিংকোকই পূক্লিং মচা অসি। পোত্থাফম খঙদে। ৱারীমচা মাল্লরোইদ্রা হায়বগী নুংশা য়াম্না থীজে। ফজবা ফজদবা মদুদি খববু ফরি; ৱারীমচানা ৱারীমচা মান্দ্রবদা করিনো তৌগদবা? ঙসি খূদোল তমজরিবা ৱারীমচাশিং (ৱারীমচানি হায়বদা য়াদবা যাওরম্লবসু) অসি ঐগী হৈজ-শিংজদ্রবা অপঙবা ৱাখল কয়া অদুনি। ঐগী অপঙবা কয়াসি ময়ামদা খূদোল তমজরগা ঐনা ফংজগদৌরিবদি ময়ামগী অফবা কোক অদুনি, লৌশিং অদুনি। মসিনা ওইরম্বসু য়াই হৈত-হৈত ইজরগা লৈত-লৈত ফোঙজরিবসি।

ঐগী অপঙবা কয়াসি ময়ামগী মফমদা, অথুবা মতমদা পুথোকপা ঙমজরিবসি মরূপ-মপাং কয়াগী শেলগী মতেংননি। অদুগা মশাগী অচীনবা মতম কাইথোকপীদুনা মরূপ-মপাং কয়ানসু ৱারীমচা কয়া শিনগৎপীখি অথুবা মতমদা হ্রাগু-হরাওনা। অসুম্না মায়কৈ কয়াদগী মরূপ-মপাংশিংগী মতেংনা চৈঙাক ওইবীদুনা লেপচবা ঙমজবনি। ইশানা ইশাবু হাইফেৎ পাঙদবা মীনি হায়বসিমদি খঙজরে।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা 'পরসেপসন', 'চাকখূম ৱারী' হায়রিবা ৱারীমচা

অনী অসি হান্না সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা ফোঙজখ্রে। অদুগা 'লৌবুক্কী ঈশৈ', 'য়াওশঙ', 'ঐ অমদি ঐগী অকোয়বশিং' হার্যারিবা অহুম অসিসু আকাশবাণীদা পাথোকচখ্রে। লাইরিক অসিদা অমুক হাপ্পা য়াবীরকপগীদমক মবী লৈনবা পূম্নমকপু নুংঙাইবা ফোঙদোকচরি। প্রেসতা পীনবা শিনগৎপা মতমদা ৱাহৈ-ৱাতাদা অহোঙবা খরা য়াওখ্রে। মসিগীদমক পাবীরিবশিংনা ঙাকপীগনি।

অরোইবা ওইনা, অথুবা মতমদা লাইরিক অসিবু নম্বীখিবা লময়ানবা প্রেসকী প্রোপ্রাইটর ওজা তোম্বা অমদি প্রেসকী ইচীন-ইনাও খ্বাই পূম্নমকপু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি অমসুং তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

অইবা

# অনীশুবা খৃৎনমগী ঃ
# অইবগী ৱারোল

**ঐগী** অনীশুবা ৱাবীমচাগী লাইরিক *মৈ চঙলবা চেক* অসি ঐগী ইয়াম্বা শরৎচন্দ্র নোংথোম্বমনা পুথোকপিখি। ফনা কুইখ্রে, ইং ১৯৯২দা ফোঙখিবনি। করম্না লোইখিবনো হায়বা খঙহৌদনা হন্দক য়েংলুবদা লাইরিক অসিগী কোপি লৈবমদ্রে। ইশাগী ফাওবা লৈবমদ্রে। মসিসু নুংঙাইতবা খরদি পোকহনবা ৱাফমনি হায়বা তাই। নোংমা সুম থোকউ হায়বদুনা লাইরিক ফোঙবগী ৱাবী তৌনরকপদা *মৈ চঙলবা চেক* অসি কোপি লৈত্রে হায়বগী ৱাফমসি কদোমদগীনো ৱাবী শাবদা অসুম য়াওশিনখিবজাৎনি। রাজ পব্লিকেসনগী য়াম্লুং বি এস রাজকুমারনা ঐনা পীবকপা লাইবিক্কী কোপি অমদি লৈ হায়রকখি। মখা করি ৱারী শানখিবনো খঙহৌদ্রে-- রিপ্রিন্ট পুথোকপদা অসুম য়ানখ্রে। ঐগী মমাঙগী লাইরিক *লৈই খরা পুন্সি খবা* সু য়াম্লুংনা পুথোকপিখিবনি।

পব্লিশরগী অবাবসু উদবা নত্তে। অদুবু অৱাবগী ৱাফম তৌদোক্লবদা শাউদুম শাউবকই। কনা-কনাগুম্বা নুংশিবিবা অপাবশিংনসু নঙগী *মৈ চঙলবা চেক* তুবু লৌবিব্রা হায়না মরক-মরক্তা হংলকপগা করিগা ঐসু থোইনা মখা তাখিদে। মণিপুরদা অপাবগী মশীং তাঙই হায়বসি পুম্নমক্কা খঙনরবা ৱাফমনি। অদুম ওইনমক ফোঙবিগনি হায়না পাম্বোম তিংবিরকপা অসিগীদমক্তা পব্লিশরবু ঐনা থাগৎচরি। মহাক্কী থৌনা অমদি থৌনা অদুগী ঈফৃৎ অদসু কংদবা ওইসনু; তুংদা অতৈসু যাম্না ফোঙলক্লবা হায়দুনা থম্মোয়দা চপ য়ুংনা খঞ্জরি।

ওইনাম বাজার
৩/১১/২০০৮

সুধীর নাউরোইবম

# য়াওরিবশিং

## সিনেমা টিকেৎ

সিনেমা হোল মমাঙনি।

শকখঙদবীদুনা মখৃত্তা তরা চৎপীগী নোট অমা পায়রদুনা শকখঙদবদুদা হায়, "অদোম্মু সিনেমা টিকেৎ অমত্তা ককপীয়ুবা।"

শকখঙদবদুনা খুম্লকই, "ঙম্লোইবু।"

অদুদগী শকখঙদবীদুনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "অদু ওইরগনা অদোম্না ককপীরক্লো য়েংমিন্নরসিদনা!"

শকখঙদবদু শকখঙদবীদুদা মুন্না য়েংলকই। অদুদগা মোমোন নোক্লকই। হায়রকই, "অদুদি য়াই, কক্কে!"

মার্চ, ১৯৯১

## পরসেপসন

**অরেপ্পা** লৈতনা নোংনা জম জম তাবি। ইংগী মচং অদু ঙসিমক হেক্তা উৎনীংবগুম্লে। সিনেমা হোলগী বেড়েন্দাদা, দুকানগী, ফুৎ পাথকী মচি-মচিদা তুম্পক তুম্পক মী অযাম্বা নোং থূপ্লরি। ওতে, রিক্সাশিংনা কন্না কন্না থৌনরি। নোং হাংবা ঙাইনা ঙাইনা পাখঙশিংনা নোং চোৎলবী চনুরাশিংবু লক্লরি পেন্না পেন্না। চনুরাশিং অদুনসু চৈরকপা য়াওরি থীনা থীনা। হনুবদগী অঙাং কাওবনা মদুদা নোক্লি ফাক ফাক। পূম্নমক অদু য়েংনা য়েংনা অহাঙবা জগা অমদা মতাই ওইরপ নোং থূপ্লি লুহোংবা কুইদ্রিবা মেরাজাউগা মাগী নুপী থাজমানবীগা। সিনেমা য়েংলুরগা নোংনা চৎপা য়াদদুনা লৈরিবনি। মখোয় অনী ৱাবী শানরি।

"... ছাটিন অমখক্তনা য়াররোইনে, অমা লৈশিনখ্রসিরা?" মেরাজাউনা হংলকই, "খরা চাউবা।"

"কয়াবু লেপ্লিবগেনে?"

"নঙোন্দবু কয়া য়াওরিবগে?"

"ঐবো! নোক্লীংদ্রা, ঐদি ঐফাও ওইদ্রবদা!"

"হোয়দা ঙহাক থূপসিদা, ফনদুম নুংঙাইহিরি।" অদুদগী পেঞ্জনা থাজমানবীবু য়েংলগা মখা তারকই, "ঐদি নঙসে হৌজিক্তা কন্না নুংশিখল্লক্লিয়ে!"

নোকফেৎ তৌই থাজমানবী—"হান্নদি নুংশিদবা?"

"হান্নদগী হেনগৎলক্লিবনি। ঐদি ছাটিন মচাদুদা ইন্ন-ইন্নদুনা চৎলসিরা খল্লিবনি।"

"চোৎননবা?"

"চোৎপগী ব্রা নত্তে, লেন্নগদৌরিবনি।"

থাজমানবী থীক থীক নোকচৈ।

মখোয় অনী লুহোংবা কুইদ্রি। খঙরকখিবসু চহী ফাদ্রি। চহী ফাজদ্রবসু য়াম্না থাজননা চহী কয়া নুংশিনরক্লবা শাবী শানৌগুম অহীং অমা চেল্লবা মতুংদা লুহোংবনি। কুইনা পাখঙ লৈশা ওইদুনা লৈরম্বনি। থাবল চোংবদা খঙনদুনা নুংশিনখিবনি। হৌজিকসু নুংশিনরি লুহোংদ্রিবা শাবী শানৌগুম, অরাপ্পদা লৈখ্রবদা নকশিন্না খনবগুম; নুংশিনবি।

"নোংসি পাক হাংগদৌবা মান্দ্রে। ঙসাইদগী চুরকপসি খজিক্তফাওবা পাথদে।" মেরাজাউনা হায়রকপনি, "কমদৌসিগে মতমসি য়ারক্রেনে।"

"রিক্সাশিংসিসু অহাঙবা অমত্তা লাক্তে, খরা চোৎচরবসু থুনদি য়ৌনি। আদা ওতে অমা লাক্লিবসিসু মী তোংদা মাল্লে অমুক্তা খাম্বীয়ু!"

চেপথদুনা য়েংঙি মেবাজাউ। নোং মরক্তুদা খোঙকাপ অমা-অনী থাংদোকই—"ওতো! ওতো! চৎপা য়াব্রো?"

ওতো ড্রাইভর খামদে। তপথরগা—"কদায়দা?"

"মৈনো লৈরক।"

"ঙমজরোই।"

"হৈ পৈশা হেন্না পীগেনে।"

হয়া য়েংলমদ্রে ওতো ড্রাইভর অদুম থৌখ্রে।

ইচোৎ চোৎনা হান্নগী মফমদুদা অমুক চঙশিল্লকই মেরাজাউ। অচোৎপা মফমশিংদু তৈথোকই—"অরেম্বদা হেক চোৎলিদা। মা লম্বীদু খঙলবজাৎনি।"

"পীকপবুদি পীকই হায়ববু ছাটিন অসিদা ঐখোয়নী তূপমিন্নরগা চৎপদু...," থাজমানবীনা হায়রকই।

"অদু ছাটিনদু পায়রক্লবদি অনী পায়রকপা য়াদ্রো?"

"ঙসাইদি নোংসু তাদনা।"

"হৌজিকসি ইঙানিনে ইবেম্মা। করিগী নঙদি পায়রক্লি?"

"পায়রক্লিবনিদনা!" নোকফেৎ তৌরদুনা থাজমানবীনা হায়রকই, "ছাটিনসিবু নোং খক্লীরা? নুংশাসু খাঙনগনি। উনীংদবা মী থেংনরবসু খঞ্জিন্ননি।"

"উনীংদবা মীকাসু লৈরিবোইরে!"

"লৈ!" খজিক্তং নোক্লগা হায়রকই, "থেঙনা লুহোংবসিসু ইকায়নে খঙলব্রা! নঙগা চৎমিন্নবদি লায়রদনা ইথন্তা চৎপফাও ইকায়।"

"অদুদি ঐসুনিনে। খঙনা চান্নবশিংগী মমাঙদা হৌজিকপু অনৌবনি ককাইনা তৌরিবসি, চিরাইসিনা লূখম হেক য়ৌনা হনবমখৈ, নঙসু খনবোইরেকো।" খূদাং ঘড়ীদু য়েংলুরগা ইখং খংনা মখা তারকই, "হাই পুং মরি তারেনে! করম তৌসিগে ঐখোয়বো। ছাটিন অমা রাযখ্রসিবা? আদা খুবা তোলম্মুগী দুকান লৈরে।"

"ইঃ তল্লি লক্লরক্লনি, ঙসাই সিনেমা টিকেৎ ককপদু উখিবনি মা! মীৎচিকা খৎচিল্লক্লিপোৎনি। রায় গুমসি লৈরবসু নোংজুথানিনা পীরক্লোই।"

"ফরে মতমসি থেঙলে, ঐ চোৎলবসু চোৎলগে ছাটিনদু নঙ তুপচরোঃ পীকশ্রবদুদা ঐখোয়নী তুপ্লবদি তুপ তবগা মান্নরনি।"

"হুমঃ খুরা তোলম্মুগী দুকান মমাঙদা নঙনা চোৎলগা ঐনা চোৎ তবা! ঐ ঙল্লোই।"

মেরাজাউ হাইফেৎ খল্লি। মাগী নুংশিবীগী রাফম অসি য়ানীংবগুম তৌই। মপা মচাগী গাধা তৌবগী রারীদু নীংশিংলকই। অমুকসু খল্লি, পুন্না তুপমিন্নবা করি কায়? মসিসু কয়া য়ানীংদে। অদুগা গাধা তোংবগী মতৌদুসু য়ানীংদে। ঙহাক খল্লগা হাযরকই, "অদুদি সুমদৌরসি, ছাটিনদু নঙগী বেগতুদা অদুম লৈজরসনু, লৌখোক্লবনু। ছাটিন য়াওরক্তবগী মওংদা হেক্তা চৎলসি। মদুনা ফরোইদ্রা?"

"হোয় অদুনা ফৈ। অদুদি চৎলসি।"

নোং মরম অদুদা মখোয়নী ছাটিন য়াওদনা লাক্লে। নোংবু করিসু লৈতনা খনবগী মওংনি। চোৎপগীদমক করিসু চিংনদবা মতৌনি। লোন্না লোন্নদি হেক হেক য়েংঙি মেরাজাউ মাগী নুংশিবী থাজমানবীদা। মদু ঙসাই নোং চোৎলবী চনুরাশিংদা পাখঙশিংনা লক্লখিবদু নীংশিংলকপননি।

ময়ূম য়ৌবদদি নোংনা পূমলূপ লূপ্লে। অকংবা মচেৎ অমফাওবা মশাদা পক্লে।

অদুবু বেগ মনুংগী ছাটিনদুদি চোৎলমগনি থাজদে। হায়নবা তৌদনা হোংদোকপা য়াবশিং হোংদোক্লে। হৌজিকফাওবা নোং হাংদ্রি। করিমত্তা পাথদে।

মমা থোরকই। মচা মমৌ অনীগী মতৌদুদা ইঙক ঙকই। ইঙক ঙক্লা হংলকই, "কদায় চৎলুদুননো? নাবা তারেনে! ছাটিন অমা অদুক পুশিনবা য়াদ্রো নখোয়বো!"

মচা মমৌ অনীমক খুমদে। য়েংবদি য়েংনৈ। মখোয় খঙলে বেগ মনুংগী ছাটিনদু করিমত্তা চোৎলমদে।

অচোৎপা ফিশিং অদু মাঙ্গোলগী থৌরিদুদা পরেং শানা লৈরি। মেরাজাউসু ফমেন ওইরপ্পা ফক অমদা মথন্তা তূমিন ফল্লি মমানা হৌগৎপীবা, নুংসিবীনা পুখোক্লম্বা মৈফৃদু তীক্লদুনা। ফিশিং অদু মচুম তপ তপ তারি। অসুক শাথীনা চোৎপা মেরাজাউ অমুক্তা থেংনদ্রি। ফিশিং অদু য়াম্লোকপা মতমদা থাজমানবীনা মোমোন মোমোন নোকখি। মাসু অমুক্তা থেংনদ্রিমাল্লে।

ছাটিন অমা য়াওনা-য়াওনা অসুক শাথীনা অমত্তা নত্তনা অনীমক চোৎপা। মেরাজাউনা খল্লকই। অসুম্না হেক-হেক তৌনরমগদ্রা মী অতৈসু? ছাটিন য়াওনা-য়াওনা চোৎনবমগদ্রা? মচুম তপ তপ তারিবা ফিশিং অদুদা অমুক যেংলকই। ফিশিং অদুনা নোকাশিল্লকপ গুম তৌই থাজমানবীগী মোমোন মীনোক মান্না। মেবাজাউ ভাব তাদে। খল্লি—ঐ, মা, সিনেমা, নোং, ছাটিন... ছাটিন, নোং, সিনেমা, মা, ঐ... খুরা তোলম্মু। খুবা তোলম্মুবু মানা য়াম্না ইকায়জখি। থেঙনা লুহোংবা অনৌবী মচাক্ল। খঙনা চান্নবশিংবু যাম্না ইকায়জে। অনৌবা ঐসু মদুদা য়াখি। অদুবু করিগী নোং চোৎলক্লিবনো?

"করিগী অসুক শাথীনা চোৎলক্লিবনো?" ফিশিং অদুদা মেরাজাউনা হংলকই, "নখোয়বু করিগী চোৎলক্লিবনো হায়বনি?"

মোমোন নোকই ফিশিং অদু। খুল্লকই, "নঙনা থাজমানবীবু থাজমানবী ওইনা উবসু ঙমদনা!"

"উবা হায়বদি?"

"উবা হায়বদি সিনিদা, অদুঙৈ নঙনা উখিবা থাজমানবীদুগা হৌজিক উরিবা থাজমানবীসিগা মীদি অমত্তনি হায়ববু নঙোন্দদি য়াম্না খেন্নরি। মদু নঙগী নরনাইগী ওইবা মীৎয়েংননি। নঙগী নরনাই রাখলগী মনুংদা মাবু নঙনা য়েংলি, উরি। মদুবুনিদা উবা হায়বদি।"

মেরাজাউ তূমিন লৈ। মহাক মরূ লূকথৈ।

“থাজমানবীসু অদু মঙায়।” ফিশিং অদুনা মখা তানা হায়রকই, “নখোয় অনী চপ মান্নে। নখোয়নীগী তোঙানবা সংসার অমদা পুবীদুনা ঐবু চোৎহল্লিবনি।”

মেরাজাউ ফিশিং অদুদা তপ্না য়েংখৎলকই। ফিশিং অদু মচুম তপ তপ তাবমখে ইফক ফকচিন্না লৈরম্মী। মখোয় অমত্তা লেংদে, হাইদে, নোকসু নোক্তে।

আগষ্ট, ১৯৯০

## ঐখোয়গী নহারোল

**পূং ২ দগী** হৌগনি হায় মীটিংনা, অদুগা মাইকসিনা ঙসাই অয়ূক্তগীনি তু-তা তৌরক্লিবসি। তপ্লগা থাদে। ঈশৈনেনা তৌবিবসিনা মরোল অমা, মপূং ফানা অমুক্তা থাদে। ব্রা খরা হৌজরিবসিসু অমা চঙ য়ান, অনী চঙ য়ান—য়ানগে হায়রবসু মরক্তা হৌরিবা অরিবা অসি খল্লগা ময়াল্লু। নুংঙাইবনা পাল্লিবদি। মশাশিংসিবু, লোইশিল্লল্লিবনি হায়দুনা তৌরিসিবু মখোয়বু য়াজনীংলমগদ্রা? মকোক অমদি মপাল্লিকো। নত্তে, মখোয়গী মাইকসিবু সিদগী য়ানখ্রিবা ব্রাদুদা পুল্লিব্রনে? সোমদগা ওনশিল্লক্তুনা খোংগৎলক্লিবসিবু! ঙসিনে মখোয়গী মীটিংসি... মীটিংসি...।

"থবক চৎকনি মী উনরুনি হায়বদাই?" ঐখোয় নুপীর্নানি।

"য়েংঙু পেম্মা, চাইরিবা ময়ামসি!" ঐননি।

"অদুবু থেঙদ্রিবরো? ঐ লোইশিলহৌরগেসে।"

"মখোয়না য়ানখ্রিবা ব্রাদু কয়ানো খঙব্রা?"

"খঙদে। নঙোন্দা হায়রমদ্রো?"

"অসঃ মাঙলেদনা! শোয়ররোই।"

"কৈসু তৌরোইদা।"

◆ ◆ ◆

মী উনরুবা হল্লকপদা পূং ৪ তারে। মখোয়গী মীটিংদু হৌরগ্লে। কনানো অমনা কন্না ৱা ঙাঙলি। মরক মরক্তা "গ্রোক-গ্রোক, তুৎ-তেৎ" হায়বা মখোল অমসু য়াওরকই। মাইক্রোফোনদু মখূৎনা খরা তোয়না মূকথোক মূকশিন শান্নরম্বা তাই; ৱা ঙাঙবদা লৎলক্কুনা তৌরিজাৎলা?

ফি-রোল হোংদোক্কুনা অরাম চৌকিদুদা ফম্লদুনা ঐ মীটিংগী ৱা ঙাঙলিবদু তায়। ময়েক শেংনা অদুম তায়—

"...করপশনগী মতাংদসু ঐগী মরূপ অরুনকুমারনা য়াম্মা মরীক চূম্না ঙাঙবিখ্রে। অদুগা দ্রগ য়োনবা, কাপ্পা, যুয়োনবা, থকপা লোয়ননা নুপী অঙাংদা লমহেনবা, মখূৎ শাংবা অমদি মীহাৎ মীপূনগী মরম কয়াদা। অদুবু ঐ ৱাফমশিংসি হঞ্জিন হঞ্জিন ঙাঙজবদা খক চোকথজদে।"

"চাসে" ঐখোয় নুপীনা চা পীরকই, "থবক হায়বদু কমদৌবিরক্লে?"

শঙ্গোম য়াওদবা চাদু লৌশিল্লি ঐ। লীশীং ৫০ খক্তী বিল শাববু উবৈগা পাবৈগা তৌদুনা হেক লৈবা। থবক হায়রা কুইরে লোইবা। হৌনবীসু খবা তৌখ্রবনি। ঙসি লাকউ হায়দুনা চৎলুবনি। নুপীগী সনা শানবগী লীশীং অহুম ৱাৎলে হায়দুনা মঠা শারে হায়দুনা লৈরম্মী। ঐঙোন্দদুম শেল পূগে হায়শিল্লকই। খদ্রক্কা মদ্রক্কসিনা! ঐখোয় নুপীগী পাউখুম পীরুদে ঐ। খুমনীংদে। মাসু মখা তারক্তে। খঙলবা জাৎনি।

"...কা-হেন্না এক্সপোজ তৌবা ফিল্মশিং, মরূ ওইনা ভিদীও ফিল্মশিং; ময়াম্না হেন্না খঙবিরবদুনি।" মীটিংগী ৱানি, "মসিনা মোরেন অসি মাঙথহল্লকপগী অচৌবা মরম অমনি হায়জনীংঙি। মোরেল মাঙথরকপসিনা কেন্সরগী মহীক্তগীসু হেন্না তমথী। কেন্সরদি লৌনদে। লৌনগনবা এড্সফাওবা শোক্র-শম্নরুদ্রবদি করিসু তৌদে। অদুবু মোরেল হায়বসিনা য়াওরক্রবদি লায়না পূম্নমক্তী মকোল শাফম ওইরকই। অদুগা তূমিন্না লৈজবা ইচম-চমজবা কয়াবুসু লৈখা তনা মাঙহল্লি।"

"ঙাঙলিবসি কনানো?" ঐখোয় নুপীদা ঐনা হংঙি।

"মখোয়গী নহারোল কাঙলূপসিগী প্রসিদেন্টনি হায়। ক্লাকৈথেলদগী ওইরমাল্লে। মমিংসু হায়খিবনি কাউরে।"

"কয়াম কুইরবগে মীটিংসিবু হৌখিবা? মখোয়গী মতমদু চপ চানা হৌব্রা?"

"কদায়দগীনোদা, মৈতে পূংনি! হৌজিক ঙাঙলিবসি মসিনা অনীরক শুবনি।"

"...দ্রগ য়োনবা নত্তনা অসিগুম্বা ক্রিমিন্যালশিংবু মতীক চাবা দণ্ডি পীবা ঐখোয়গী সরকারনা তৌবীদ্রি! অসিগুম্বা ফোং-ফোং শারিবা ক্রাইম কয়াসি সরকারনা নমশিনবীদুনা লৈবসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয় নহারোল কাঙলূপকা সরকারগা অনীগী মরক্তা... গ্রোক-গ্রাক, তুৎ-তেৎ!"

ইসে মাইক্রোফোনদু পায়রুরমাল্লেনে!

"...মসি হেক লৈরিমখৈদি লৈবাকসি শান্তি ওইররোই। অদুনা ঐনা হায়জনীংবদি অসিগুম্বা ক্রাইম অসি থোক্তনবা অমদি থোকখ্রবশিং অদুগী মরী মখোঙ শেংদোক্লবা সরকারদা অকনবা শাফূ অমগা লোয়ননা তকশিনবা তাই। মতাং অসিদা পঞ্জনীংবা অমনা, মসি ময়ামগী থবক্কি হায়বসিনি। অদুনা ময়ামগী মোৎ পামজৈ। হায়বীয়ু ময়াম করি তৌসিগে? তঙায়ফদনা লিংজেল মান্নদুনা লৈরবা ঐখোয়গী নহারোলশিং অমুক্কা হেন্না লিংজেল মান্নবা তাই। চেৎশিনহনবা তাই। হায়বীয়ু করি তৌসিগে?"

ময়াম খুম্নবা তাদে। চেক-মোক লাউদে।

"বন্দ তৌবা তাই!" মথন্তা খুমজরকই, "ষ্ট্রাইক তৌবা তাই। লম্বী সড়ক্তা লাউরুবা তাই। মসিনা মীয়ামদা নহারোল ঐখোয়গী থিংবা ঙম্লরোইদবা, শাফূ কল্লবা ঈহৌনি হায়বদু খঙহনবা তাই। বাপূজীনা হায়বীরম্মী—'গ্রেট ইভেন্টস্ অলরেজস প্রোভিডস গ্রেট রিজল্টস!' হায়বীয়ু ময়ামগী অপাম্বা। হায়বীয়ু করি তৌসিগে?"

ময়াম্না খুম্লকই—

"স্কুল কোলেজ ছুটি থাহনসি!"

"চারাদুম হেনসি!"

"বন্দ তৌসি। বন্দনা ফৈ! বন্দনা ফৈয়ে!"

"গ্রোক-গ্রাক! তুৎ-তেৎ! হুইশ্ হুইশ্!"

"জন-গন-মন-"

"ফেৎ!"

"কৈনোনে!" ইঙক ঙকই ঐ।

ঐখোয় নুপীসু ঙকই—"কৈনো মখোয়গী মাইকসিবু লেপখ্রেনে! জাতিগী ঈশৈ নৎত্রগা হৌজিক্কীদুবু?"

"হোয়নে। মখোয়গী মীটিংসিবু...!"

"চীফ গেষ্টকা প্রসিদেন্টকা ৱা ঙাঙদ্রি! লোইশিল্লবজাৎলা?"

"খঙদেনে মখোয়'সিবু...!"

ফন কুইরবফাওবা মখোয়গী মাইকতু "তুৎ" ফাওবা হায়রকখিদ্রে। তৃমিন লৈখ্রে।

ঙহাক লৈরগনি।

ৱা থিনবা চঙলকপা অঙাংশিং অদুদা ঐখোয় নুপীনা হংঙি, "নখোয় মীটিংদুবু কমদৌরিজাৎনো?"

অঙাং অমনা নোকখি নোকখি খুম্লকই, "তা'ইবোমচানা মাইক্রোফোন মুল্লগা জন-গন শক্লকপদগী মীটিং অদুম লোইশিল্লে।"

"করিগী শক্লক্লিনেগে?"

"খঙদে।" অঙাংদু নোকফেৎ তৌই।

মানা নোক্লিবদুনদি খঙঙি হায়বনি!

"য়ারে য়াবে, ৱাদু অদ্বাইদা থনল্লো," ঐনন্নি।

*নবেম্বর, ১৯৯০*

## লৌবূক্কী ঈশৈ

**পাক্লবা** তাইবংসিদা ঐগী ব্রাখল

ব্রাখল নংঙনা পুরি ঐবু

থম্মোয় মানা মঙলি মঙলান

মঙলান 'সিদা কনানো লাক্লিবা

...　　...　　...

ঈশৈ শক্ল-শক্লদুনা বলাইনা লৌবূক্তা কূমথবগা লৈকাইগী মখুরা চাউয়াইমনা মাগী মহৌশাগী খোন্দাদুনা করেম্লরকই, "বলাই ইবো য়াহৌ থেঙমনখ্রেদা!"

বলাই শীং লাউই। ঙসিদি মাসু ফনা ঙল্লে খঞ্জরিবনি। অহল-লমন্না হায়নবা হৈবী মখোঙদু লাল্লমদাইদা মহাক তু চুংখি। থা ফজনা থোক্লি।

"নংগী চহী মতাংদুদদি ঐখোয়দি য়াহৌ ঙনখ্রেদা ইবো।"

"মসিগী কোথ-কোথ ঙাঙবসি তৌরদৌনি।" তাদি তাহন্দনা বলাই মুরুম-মুরুম শোল্লি। মাসু পম্বদনা লাঙ্গোল পানশিল্লি।

"বলাই নঙবু মৈখেৎ য়াওরক্লো? ঐবু কাউরম্লেনে।"

বলাই পীনীংদে। য়াওদি য়াওরি। নহাল খঙহন্নীংদবা উহন্নীংদবা মীগী মমাঙদা বিড়ি য়াওরিব্রা হংলকখিবদুগী মহাক শাউনীংলি। মীমাঙ-পুন্মাঙ, তাঞ্জা-মেঞ্জা য়েংদনা হেক্তা হংলকপদু অহলনি হায়দুনসু বলাইনা য়ানীংদে।

"অমুক্তা পীয়ুনে।" খুরা চাউয়াইমনা অমুক্কা হায়রকই, "নঙসু অমা থক্লো লাউ। কৈদৌরগে নঙসু কাউরম্লব্রনে?"

"কাউদে খুরা য়াওরি।" খুন্নীংদনা খুন্নকই বলাই। মাসু হোরেল থক্লীংলক্লবদি অহলসিগী মমাঙদা থক্তবা যারক্লোই। মদুগী খনবদনি।

বলাই চঙশিল্লি। বিড়ি থকমিন্নে।

"খুরাবু কয়াম কুইরবগে লাকপীবা?"

"কুইদ্রিদা য়েংঙু, হৌবদা ঙায়রি।"

"হোয়নে," বলাইনা খঞ্জে, "ঐঙোন্দগীবু কয়াম হাল্লুনেগে।"

"বলাই ইবো নুপী থিজিল্লো।" খুরা চাউয়াইমনা বিড়িগী মৈখূ কামথোক কামথোক্লা হায়রকপনি, "নমাদু য়াম্না ৱারবনি। নচীন-ননাও অনী শুবসু নত্তা। কান্নদে বলাই নমান্নবা লুখোইহোয়দি শঙ্গোই লুকোই তেক্লখ্রে। নঙবু কৈদৌখিগে হায়রিবনো? লাইরিক তম্লি হায়বসু নত্তা—নত্তে, নঙবু করি খল্লিবনো? বলাই নশাগী থবক্তি নশানা পাঙথোকচৌ, মতম্না পুরকপা ঙাইগনু।"

বলাই য়ানীংঙি, খুরা চাউয়াইমগী ৱাহৈ খরদু তিন য়োথবদা পূক্নুং য়ৌখি। খল্লি—চহীগী হায়রুরবদি ঐখোয় পাবসু চহী তরামাপলদা লুহোংঙি হায়। ফৌ হাপুবা মায়মুসু হন্দক্তা নুপী অমা চেল্লক্লে। লুহোংগনি হায়রি। ...ঐখোয়গীদি ফৌ হাপুবসু নত্তে। অদুগা হন্দক্তি ইপল ইনাওগী তাওথবী লৌফমদুসু ঐখোযনা উরনি। পাৎলৌনি হায়জবতনি য়াম্না ফবা লৌফম্নি। অদুগা মায়মুগা ঐগা করিদা খেন্নে? হোয়, মাদি লাইরিক তম্মী। মসিখক্তনি। অদুবু লুরিবদি মহাক অদুদি। কনানো মহাক অদুবু?

ইবেথোই, বলাইখোয়গী অৱাংলোমদা মেত্রিক থাগনি হায়দুনা লাক্লুনা লৈরবীনি। বলাইনা শমপোৎ কারকপদা মখোয়গী অদোমদা ফাওরক্লবদি মোমোন নোক্লগা হায়গনি—"থবক কল্লিকো তা'বলাই।" খঙদে কনানবু হায়দুনা, কনাদবু হংদুনা খঙলিবা বলাইগী মিংনো! অদুগা করিগীবু হংগদৌরিবনো? তৌবগীবুদি মীনোক্লু অর্থনা থল্লি। ৱাহৈ খোনফমদুসু থোইদোক্লা শেম-শাবনি। মদুবু মরম

লৈতে হায়রা? অসিগুম্বা ইবেথোইগী থোইদোক্লা শেম-শারবা মীৎয়েং অমদি মীনোক কয়া অদুদগী বলাই নাম্থোকফম খঙদে। বলাই মশাসু নাম্থোকচনীংদে। মীকৃপ খরদি ইবেথোইগী মমাঙদা নুংগী মূর্ত্তি হেক হেক ওইজরিবনি। অদুদা মাগা ইবেথোইগা অঙকপা ফংনা খেন্নে খঞ্জদুনা ইবেথোইগী মীৎয়েংগী মীনোক্কী পাউখুম পীবা ঙমজদে বলাই। মরমদি বলাইনা লৌজে, মহাক লায়রবা লাইরিক হৈতবা লৌমীনি হায়না। মখুঙ্গং অসিদগী অহানবা ওইনা নুংশি শকখঙনখিবা মহাক অদুনসু বলাইবু লায়রবা, লাইরিক হৈতবা লৌমী অমনি হায়না মীরায়বিখি। ইবেথোইসু অদু মঙায়, লাইরিক হৈতবা খুঙ্গং মচানি হায়দুনা লক্লরম্বা য়ায়, হন্নবা মীৎয়েংদা। হৌজিক্কী নুংশিবদি শেন্দোং তানবনি। মমল নাইবনি। কনানা লৌমীবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবা য়াওবগে? পামজবা পাউখুমদু ফংগনি থাজদে বলাই।

অয়ূক্কী লিরিবা মালংনা বিড়িগী মৈখূ পুদুনা চৎখি। অদুগা মফম খঙদনা মাঙখি। বলাই ফূক হৌগিৎলি। লাঙ্গোল থাংজিল্লবা শন অনীদুগী মনাক তান্না চৎখি। ইশাউ শাউনা হায়রকই,

"খুরা, লাইরিক তমহৌদবসি থব্রায়সি ওম্থোক্লা চাকখ্রে!"

"অদুনবু লাইরিক তম্মু হায়রিবদুনিনে ইবো।" খুরা চাউয়াইমনা ইথৌ থৌ ওইদনা খুল্লকই, "অদুবু, ইবো লৌমীসু লায়বা য়াবদি নত্তে। লৌমীনা ফৌ পীদ্রবদি কনাননো পীগদবা? হৌজিক্তি লাইরিক হৈর-হৈরফাওবা লৌমী ওইনরে। এগি হায়ব্রা চাউবনা তৌরিবদু করি—মদু ইবো লৌ উবা তম্বনি হায়রিনে। লৌ উবগী মরমসিদি মাদি য়াম্না খঙলেবু। হীদাক মমিংনা য়াম্না খঙলিবা। মানা হায়রিবা লৌ উবগী তলবসু চাদৌরেয়ে। য়েংঙু ইবো, ঐখোয়না খঙদবননি লৌমীসু য়াম্না চাউরজাৎনি! খঙদবা খরননি লৌমী-শিন্মী কায়না য়াম্না খায়রিবসি। মখোয়দু লাইরিক হৈবা য়ৌদবজাৎনি!"

বলাই য়ানীংঙি—মখোয়দু লাইরিক তম্লগা হৈতবা কাঙবুনি।

"লাইরিক-লাইশু নীংথিনা হৈরবা মীশিংদি লব্রায়-ইম্ফাল কায়না খায়বিবজাৎ নত্তে। মীগী মী চপ মাম্নে অমনা অমদগী হেনবা নত্তে হায়বসি মখোয়দি খঙলিবনি। লব্রায় কাইনা হায়রিবা মীদু খঙদা তৌজরিবনি। শাউকনু।"

বলাই অমুক্কা হেন্না য়ানীংঙি। মহাক ইবেথোইবু নীংশিংলকই। মাগী মীনোক্কু, মীৎয়েংদু—অদুক মমল য়াম্বদু, কয়াদা মমল লৈরিবনো মহাকসে! শোয়দনা পূক্রিংসু ইনাক খুল্লমগনি। বলাই বিড়ি অমা লৌথোক্লগা চমখৎলি। অদুগা শোন্থাংননা

হায়রকই, "ইবেথোই হোবেলসু ঐ নখোয়গী লন্নী অদোমদা লাক্কেকো...।"

"অদুবু ইবো, মায় তোলম্মু হায়বদু হেক ওম্মোকইদা!" খুরা চাউয়াইমননি, "মানা ডাক্তর ওইরে তাবদা ঐখোয়না কয়াদা নুংঙাইজরিবা। অদুবু খুঙ্গংসিদা অনা-অয়েক খোক্লকপদা য়াম্না ৱায় হায়বসি খঙনা-খঙনা ইম্ফাল নুপী অমা লৌরগা লৈখ্রেদনা! ইঙ্খোলগা লৈরদুনা ময়ুম শাগৎখ্রে! ফনা ফবা অঙাংনি, মায় নুপীদুনা শুমখ্রবজাংনি। মশক্তি ফজেদো। চহী কুন্থ্রা শুরেয়ে অদুবু চহী তরাতরেৎ তরানিপালগী লৈশাবীগুম্মী। ঙৌরোক হেক ঙৌরদুনা লাইগী মচাদু মঙায়! ফজখ্রে! ফজখ্রে!"

ডাক্তর তোলম্মুগী নুপীদু বলাই উদ্রি। উদ্রবসু খুরা চাউয়াইমনা হায়রিবদু চুম্লমগনি থাজে। বলাই, ইম্ফালগী কাচিন-কোয়া য়ৌনা চৎলুদ্রবসু ইম্ফাল নুপীনিবু হায়রবদি শোয়দনা ফজরমগনি হায়বসিদা লৈ। ইবেথোইসু ইম্ফালদগীনি।

"ইম্ফাল নুপীনা অসুক ফজরিবসি করিগীনো খুরা?"

"কৈনোনে ইবো, ফজবা তাবনিনে! মীদি নুংশাদা মিনোং অমকাওবা লৈবিবা নত্তে। পাংতা কূমদে, লৌবাং শুবা য়াওদে: নুংশা খাঙবা থবক হায়বদু অমত্তা তৌখিদ্রবনি। অদুদদি করি ফজদনি? খুজিন খুয়া লংবা মশানা তাবান।"

বলাই মখা তারুদ্রে। ডাক্তর তোলম্মুগী নুপীদুনি হায়দুনা খ্বাইদগী ফজবা নুপীগী শক্তম অমা ভাবনা শাগৎপা হেক ঙম্লিবমখৈ শাগৎতুনা য়েংলকই। অদুদগী ইবেথোই ওইনা উরকই। বলাই মোন্দা নুংঙাইনা ঈশৈ শক্লকই--

কদোমদগী পাইবকপা কুমগী নোংনো
কংলুরবা হিদেল ঈমায় চোল্লে
হরাওজরি হিথাংফমগী হিনা
জগোই শারি লৈনা লৈনা

... ... ...

নোংম-নোংমগী ময়েক শেংবা ঠেনগৎলক্লি ইবেথোইগী মীনোক্তু। বলাইদি হান্নগী হান্ননি। নশাগী থবক নশানা পাঙথোকচৌ হায়বা খুরা চাউয়াইমগী পাউতাক্তু পাউতাক ওইনা লৈরি। থৌনা থোককম অমা ইখঙ খঙদে। মাগী হায়ববু লোন্না চীক্লা কনাদসু হায়দোক্তনা ৱাখলনা অমদি ভাবনা শাগত্তুনা লৈজবা অদুগা ঈশৈ শকপা। ঈশৈদি ওখাক শক্লে। থৌনা অমনি। মাগী ঈশৈশিং অদুনা তাবীনবা লৈতনা লৌবূক লমহাংঙগী অচীকপদা তিনখ্রবসু মদুগীদমক থোইনা নুংনাংলুদে বলাই। মানা লৌজে,

মাগী ঈশৈ অদু অরেম্বা নত্তে; লৌমীবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবা মহাক অদুনদি শোয়দনা তারমগনি। তাফমসু থোকই। মসিনি মাগী পূক্লিংদা লাক্লিবা শকখঙদবা থৌনা। বলাই ইহৈ হৈনীংঙি।

নোংমা বলাইনা মখোয়গী মমাঙদা লৈবা লৈকাইগী পূখ্রি মচাদুদা ঈরুজরিঙৈদা ইবেথোইদু সনাবুল অমা য়েপ্লদুনা ঈশিং শোকপা লাকই। তাল্লক্লি, নুংথিল পো-বোপ্লি; ইচীক চীকই। বলাই মশাদু ইতাউ তাউই। খোঞ্জেল থোক্তনা হংজৈ— 'করিগী তাল্লক অসিদা ঈশিং শোকপা লাক্লিবনো?' বলাই পূখ্রিদা জবাং চোংথখি। অমুক মথন্তা হংঙি— 'করিগী তাল্লক অসিদা ঈরুজরিবা ঐদি?' অদুবু তাঞ্জা হায়বসি শীল্লুদ্রবসু মতমনা পুজরকই।

ইবোথোইদু ফনা নকশিল্লম্লে। ঙসিদি মহাক য়াম্মা ঈংখ্রে। ওম্থোক্লা মোং-হাখিদ্রে। শেমজিন শাজিল্লবা শক্তম অমগুমখ্রে। অদুবু মানা শোক্কদৌরিবা ঈশিং অদুদি ইনৈ নৈরি। অদুগা অনৈবা ঈশিংদু চাইথোকখিদুনা হেন্না লূবা মফমবু ইয়াও য়াওদ্রে। ঈশিং নৈখায়বগী মরাল অমা পীরকদ্রা খল্লুবদা বলাই নুংশা থীরকই। ইতৃক তৃকথনা পূখ্রিদগী কাখৎলকই। অদুবু ইবেথোইগী মায়থোঙদা নুংঙাইতবগী মমি অমত্তা তাদে। অহোয়নদুম থোংগ্রা অদুদা কূমথখিদুনা অনৈবা ঈশিংদু থগ্না শোক্লগা কাখৎখরে। অদুগা ৱা অমত্তা ঙাঙলমদনা, হন্নফাও য়েলমদনা চৎপা হৌখ্রে।

"ই-ই-ইবেথোই!" বলাইনা ইথক থক্কৎনা কৌরকই।

ইবেথোই চপ লেপ্লী। মায়দি ওনশিল্লক্তে।

"ঐ ...ঐনা ঈশিং নৈখায়বদু শাউনীংব্রা নঙ?"

ইবেথোই তপ্পা লৈথোরকই। মাগী মীনোক্লুগা, মীৎয়েংদুগা, হায়রকই, "শাউহন্নীংবরা?" মীৎয়েংদুনে, মীনোক্লুনে, খোঞ্জেলদুনে অদুগা মায়থোঙদুনে লৈথোক্লগা তপ্পা অমুক চৎখি।

বলাই চপ লেপতুনা ঙহাক লৈথোকলুরে। মাগী মীৎয়েংগী মাঙদা ইবেথোই লৈরমদ্রে। পূখ্রিদা য়েংলুই। ঈশিংদু অদুম নৈরি। মোমোন নোক্লগা হায়রকই, "খঙলে, ঈশিং অনৈবা শোকপী! হয়েংসু নৈখায়গে।" পূখ্রিদা অমুক জবাং চোংথখি।

মথংগী অঙনবা অয়ূক্লি। বলাই মোন্দা য়াম্মা নুংঙাইনা ঈশৈ শক্লদুনা শমপোৎ খোয়বা চৎলি।

হোরেন্দি লাক্কে নঙগী থোঙ্গান্দা

লল্লেবা নঙগা থোঙ্গান্দা
লায়রবা (হাঙলবা) থম্মোয়সি পুদুনা
মরম লৈনা লেপ্লগে
... ... ...

পূক্লিংদা চপ য়ুংনবু নীংলবদি মদুগী ইঙ্গিৎ অমা শোয়দনা লৈ। ইঙ্গিৎ অদু ময়েক শেংহল্লগে হায়বসি বলাই লেপ্লবনি। চিংনরম্বা কয়া থাজবনা মহুৎ শিনখ্রবনি। বলাই শোয়দনা লেপ্লবনি।

"বলাই ইবো য়াহৌ থেঙমনখ্রে!" মহৌশাগী খোন্দাদুদা খুরা চাউয়াইমননি।

ঙসিদি বলাই মানা হানগদ্রা খল্লুবনি। ঙরাং অহীং তূম্বা য়াখিদবনি। অহল ওইরবা খুরা চাউয়াইমসু তূম্বা য়ারল্লোই। বলাই শাউনীংদে। থোইনদুম অহল ওইরবা খুরা চাউয়াইমগী থৌনাদুম কল্লকই। অদুগা বলাইদা লৈরিবা থম্মোয়গী শকউদবা থৌনা অসিদা মানসু ফনা য়াম্না ঈনোৎ হাপখি হায়বসি বলাইসু খঙজে। হায়রকই, "খুরা বিড়ি থকসিরা?"

খুরা চাউয়াইমা খুল্লক্তে।

বলাইনা য়েংথোক্লুবদা বিড়ি থক্কুনা লৈবা উই। অদু ওইরবসু বলাই খজিক্তং নুংঙাইজদে। খল্লি—মথংদা মৈখেৎ কাউরল্লে হায়রবদি হেক্তা পীরগে।

"বলাই ইবো," খুরা চাউয়াইমনা ৱারী হৌরকই, "ডাক্তর তোলম্মুগী নুপীদুদি য়েরুম্বু হিংনা থকই হায়দা! করি লোনচৎনো মদুবু ইবো! ঐগী ইমৌকা ওইরম্লবদি... ফৈ ইম্ফালদা লৈজখিবা, ঐখোয় স্বায়গী নুপীশিংনা তম্নরক্তনবা।"

বলাই হোয়-মাই হায়দে। তাবদি তায়।

"নোংয়াইখোয়দা লৈবদুনা করি? মমিংদুবু? ...মদুসু মশক ইফ ফজনা হেক ওল্লোকইদা!"

বলাই স্বায় লাউই। হংলকই, "কনাবু খুরা?"

"হেরা নোংয়াইখোয়দা মখোয়গী মরী-মতা অমা পরীক্ষাগীনি হায়দুনা লৈবদুবুনে...।"

"ইবেথোই! অদু কৈদৌরবা খুরা?"

"হোয়নে, ইবেথোই হায়বনিনে মমিংদু। নঙবু তাদ্রিবরা? মীনা হায়রিবা পরীক্ষা থাবা লাকপা নত্তে হায়নে মদু, কনানো জাৎ তিন্নদবা অমদা চেল্লুবদগী ফাদোক্লগা সোমদা থৈরকপনি হায়রিনে! হান্নসু নুপী অঙাং লৈরবা অমদা

চেল্লুরেসু হায়নৈ। মথোং চাবা মী নত্তে হায়। চুল্লমগনি, মীৎয়েং অমা ইচুম চুমদে। অদুগা লৈকাইসিদা মানা নোক্তবা নুপাবু য়াওরল্লরোই হায়দা! নঙোন্দদি নোক্লক্ত্রা?"

বলাই খুমদে, তপ্পা ফমথখি।

*ফেব্রুবারি, ১৯৯১*

## য়াওশঙ

**ফিশা** কোন্দগী মমানা তাল্লকপা লংচাক পীনা-পীনা মতম কুইন্দগী হায়বক্লবা রাফমদু অশংবীনা মমাদা অমুক নীংশিংলুই—"ইমা, ঐগী ফূরিবং, ফি-বোল হায়বদু শোয়নিকো। খোঙউপসু লৈতে।"

"নপাবূংদুবু কৈদৌরবনো খঙদেনে।"

"নহাল চৎলুবদুবু করি হায়রক্কে ?"

"খরা পীরক্লিবদুনি। মদুনবু ওইবা য়াব্রো? লং লৈরক্লিবদুনি। য়াওশঙ মমাঙদা মখোয়গী ঠিকাদারদু বিল ফংগনি হায়হৌবনি। য়াওশঙদি ঙসি মরিনিতা ঙায়রে। ...ইহে লংসিসু অমুক তৎলে! খরা থুনা শাগে তৌবসি... অমুক্তা শন্নো লাউ।"

অশংবী চঙশিন্দুনা লং শন্নুই।

মমান্নবী খরা লাকই।

"ইচাশা নখোয়গীদি করি করি লৈনরে? হৈমা জাঙ্কো নঙদি ঙন্তানা য়াওশঙ হৌরেদনা!"

"অপীক্লা চাইশিল্লন্নিবনি ইমাবোক!" মমায়দা মফিদা তৈরিবা অবেরদু তৈথোক-তৈথোক্লদুনা হায়রকপনি, "লমজেন্না লমজেন য়াঙলিবা!"

"কদায়দা লৈহৌই? হৌজিক্তা পেচকারী লৈবীয়ু হায়দুনা নিংঙাই তৌরম্বনিনে। মীনা ফূবীদননে মদুই অঙাংদো!"

"অপীক্তা নত্তে, ঐখোয় ননাওশুনিনে। য়াওশঙ ব্রাংলি হায়বগা য়াবা নত্তে। অদু ইমাবোক ইতাগীবু করি করি লৈদোইনো? ঐগীদি অমত্তবু লৈদ্রি। ঐখোয় পাবুং ঙসি লাকপদা ঙায়রি।"

"এঃ ঐখোয় পাবূদি লাক্লিনা করিগীনো?" অশংবীনা খোয়রাংননা হংলকপনি, "পৈশা কয়া পুরকই ইতা?"

"চহুম খক্তনিদা। থবক লোইগদবা ব্রাংলি হায়। ঠিকাদারদুনা য়াওশঙগী ওইনা হান্না খরা পীরকপা ওইরমাল্লে।"

"ইমা ঐখোয় পাবূংদু কৈদৌঙৈ লাক্তোইনো হংলুসো। ফিদু ঐ শাহৌগে, চৎলো।"

"জান্কো, তাদবু লৈহৌব্রনে?" অশংবীগী মমাননি।

"লৈহৌই।"

অশংবীগী মমা ইমুংদা চঙখি।

"ইতা, ঐ অমুক্তা শাগে।" মমান্নবী অমনা হায়রকই, "নঙ লংচাক অদুম চাক্লকউ।"

"হাই লংদু য়াম্না তৎকনবনি! লোইনা থদৎলমদুনা তোক্লরনি।" অশংবীগী মমানা ইমুংদগী হায়রকই। ফি অমা ইল্লগা থোরকই। চৎনা-চৎনা হায়রম্মী, "লংদু য়াম্না তৎকনবনিকো।"

"ঐসু হৈরেদা ইমাবোক।" অসি হায়রগা মমান্নবীদু ফিশা ফালদুদা কাখৎখি। ফি শাবা হৌখি।

"নখোয়বু করি কির লৈনরবগে?" অশংবীনা হংলকই।

"মখোয়দি লোইনা লৈনরে।" জান্কোননি, "ইবানিদনি ব্রাংলিবসি। নঙগীবু করি লৈদোইনো?"

"লৈগদববুদি ওম্বোক্লা য়ামখ্রেদা ইতা, মচা-মশুদগী, অকূপ-অতাদগী," অশংবী হাইফেৎসু নোকই, "অদু হৌজিকপু ফূরিৎ তূবা নংখিদ্রনে ইতা? ইম্ফালদসু মীনা চীক্লা চাইনা ঙম্লম্লরোই। ঐদি অতূবা ওইনা লৈরনি।"

“ঐসু অদুম্না খল্লিবনি হৌজিকপু অমুক তৃদুনা লৈবগী মতমবু লৈরিব্রা?”

“অদুবু ইতা লৈবা চৎপদা শেৎনবা ফিবু লৈত্রিবাসিনি।”

“অদুগীবুদি ব্রায়নরলোইরেনে।” মমান্নবী অমনা হায়রকপনি, “মাণদি ইম্ফালদা য়াওরুনি হায়দুনা মবোক্কী মনাক্তা চৎখ্রে।”

“থৌনা য়াওদবা হায়বদু ঐখোয় কাঙবুসিনা খীৎ মগেল্লে!” জাঙ্কোনা শাউরংননা হায়রকপনি, “করিগুম্বা অমা তৌরকপদা ঐখোয় পূল্লপ পূনবা সুংফং ফংদে। থাবল চোংবদি লায়রদনা চাক চানবদু কাওবা ঐখোয় অমা-অনীসিদা তাহৌগদ্রা খল্লিয়ে।”

“অদুবুদি য়াম্না চুম্লবনি। মেমখোইখোয়, থম্বালখোয়সু য়াওশঙ মতুংদা পরীক্ষা লৈরে হায়রবনিনা মখোয়সু য়াওদৌ মান্দ্রে।”

“ইবেম্মা, নঙনা ময়াম্না ঙাংনরিবসি য়াওদনমখে লৈবিবদুনা করি হায়রিবনো?” জাঙ্কোনা ফি শারিবীদুদা হায়বকই, “নহুসু নঙগীদুনা থাবল চোংবা থোক্কনু হায়রবদি খোক্লোইদৌরিজাৎলা?”

ময়াম নোকই।

“অশেংবা,” ফি শারিবীদুনা হায়রকই, “ঐখোয়সি শোনদি শোনবরাংনকো ইতা!”

“করিগী শোনবা!” জাঙ্কোননি, “নঙবু মানা লৌবত্রা, লৌবত্রা?”

“ব্রারেম ঙাঙনু লং তৎলে!”

“তৎতদি নপূক্লিংদি চঙদে।”

ময়ামদু অমুকসু নোকই।

“ইতা নহালগী নুপাদু...,” ফি শারিবীদুনা অশংবীদা মমীৎনা ইঙ্গিৎ তৌই, “অদুননে...”

“তানীংদে তানীংদে,” জাঙ্কোনা মরক থৎলকই।

অশংবীনা খঙনীংনা হংঙি, “অদু কৈদৌরগে?”

“হো... অদুনা জাঙ্কোসি পাম্মী হায়রিবা!”

“হূ!”

“ঐদি কোক য়াশিল্লো হায়রিবনি। য়াওশঙগী পৈশা লৌথোক্কনিদনা।”

“অদুদি য়াশিল্লোদনা ইতা,” নোক্লা-নোক্লা অশংবীননি।

“খীৎ তৌবীরনু ইবেম্মা!” ফেৎ হাইদোক্কুনা জাঙ্কোননি, “নঙগীসু

হায়রকউরো?”

“ঐবু?” অশংবী ইগুক গুকই, “ঐবু কৈদৌরবা?”

“হো… মীপীক্তুগা লাকমিন্নবদুননে নঙগী মিং হংলিবা!”

অশংবীদা নত্তে ময়ামসু নোকই।

“তৎ অদুদি মোইরাংথেম ইতানা খঞ্জবদুবো!”

“অদু ওইরবসু নঙগী মিং হংলক্লে হায়রিবসিনি।”

ময়ামদু অমুক্কসু নোকই।

অশংবীগী মমা লাকই।

“ইমা করি হায়রকই? কৈদৌঙৈ লাক্কনি হায়বগে?”

অশংবীগী মমা ইমুং তম্না চঙশিনখি, “হয়েং লাক্কনেয়ে।”

মমান্নবীশিংনা হংলকই, “অয়ূক্তরো ইমাবোক?”

“উম,” ইমুংদগী খুন্নকই।

“ইতা অদুদি হয়েং লৈরুবা য়ারেকো?” অমনা হায়রকপনি।

“লৈরগদম্ম পুরক্কুননে!” অমনসু ফাগি তৌবকই।

অশংবী নোকফেৎতমক তৌই।

নোংঙাল্লে। অশংবী লংচাক চাক্লি। ঙসিনি মাগী মপা লাক্কনি হায়বদু। ঙসাই অয়ূক অঙনবদগীনি মানা কোম্বোংলোমদা চেপ্থ-চেপথা য়েংলক্লিবসি। য়েংলুদ্রবসু, লাকপু লাক্রবদি মাবু হান্না শোয়দনা কৌরক্কনি, থিরক্কনি। অদুবু অশংবী লৈতাদে। মতমদি অসুম-অসুম থেঙজিল্লকই। মমাদি নীংঙাইদনা ফি শারি।

জান্কো মফি নান্না শেৎলদুনা লাকই।

“জান্কো,” অশংবীগী মমাননি, “লাক্লিনে নপাবুংদো। নতাগীদি কোন্না লৈরবা হায়বদুনি। নঙগীদো হান্না লৈথোক্লুরো ইবেম্মা।”

জান্কো চপ লেপ্পী। কবিগুম্না অমা হায়গে তৌই। অদুবু হায়রক্তে। তূমিন্না ঙহাক লৈরম্লগা তপ্না চৎখি।

অশংবী ফূক হৌগৎতুনা ইমুংদা চঙখি। ফমুংদা কাখৎতুনা ইীপখি।

অশংবীগী মমা মাগী নুপাবু ন্নারৌই। অঙাং-নুবী ফাওবা লমদাগী পূক্লিং মরাং হৌহনবা য়াওশঙবু য়াওগদবগী শেম শারি। মাসু লাক্নুনা হোয়গা-মাইগা তান্নরবা য়াদবরা? কৈদৌবগী লাক্লোইদৌরিবনো? নুপা মান্দে। ইশাউ শাউনা ফিশা ফালদগী মচাদা হায়রকই, “লংচাক চাক্লো লাউ। ফি খরা-খরা শারিবসি খজিক খরাক্তা কান্নবা

নত্তে। নপাদুনা থাকপা ঙমব্রো? নূং থুগায়বা মানা করিবু ঙমদোইনো? জাঙ্কোগী মপানা লুপা চহুম পুরকই হায়বদুদি মীঙোন্দগী পূরকপনি। মখোয়গী ঠিকাদারদু বিল ফংদ্রি। লাক্লবসু করিসু কান্নরোই।"

অশংবী খুমদে।

"য়াওশঙ থোক্লগা কৈদৌদোইনো? নুপা-নহাগা লাঙলুগে, ঈরাং তৌরুগে হায়রিরো? লাউ, নঙগী ফিগা লায়রি লংচাক চাক্লো লাউ। য়াওশঙ মমাঙসিদা ফি খরা ককহৌনবা তৌসি।"

"অসুক কুইনা হায়বকপসিবু... মরোল অনীশুনা শেংকে হায়ব্রো? য়াওশঙগী ব্রা ঙাকসু নত্তে। ইফি ফূরিৎ অমত্তা হরাও ভরাও লৈবীব্রো? নখোয়না ঐগী কয়াম থোনবীরগে? নখোয়বু য়াম্না নংলব্রো? কয়াম লায়বরবনো নখোয়বু? লাইরিক তম্বসু তোকহল্লি। নখোয়না পোকপীরম্বদগী মাঙলবনি ঐ?"

অশংবীগী মমা পাঙ্গলদেম হুল্লম্না মখূৎতু চপ লেপখি। মচাগী অরোইবা ব্রাহৈ খরদুদা তীং শোকই—"করি ব্রাঙাঙ শাঙ্গাঙনো! লৈনীংদ্রগা চংখ্রো!"

অশংবী হীক হীক কপ্পী।

মচাদা তথী-তথী চৈথোক্লুরগা অমুকসু নুংঙাইজদে অশংবীগী মমা। মা খঙ্গি মচানা করিগী অসুম্না হায়রক্লিবনো হায়বা। হায়ফম থোক্লবনি। হায়নু হায়মন্দ্রবনি। মচাগী পুন্সি শাগৎপীবদি লায়রদনা মখোয়গী লৈত-লায়রদা চিংখবীরি। মীংকুপ অমত্তং মপূং মরৈ ফারক্লবা মশাগী মমিবু য়েংজনবা মতম ফাওবা পীবীদনা মখোয়গী হিংনবগী লাম্হেংদা উকায় তকপীরি। অদুবু মচাগী মহৌশাগী ইঙ্গিৎ অদুদি লোংশিনবা য়ারিব্রা? মদুবু ঈরাংলা? অদুবু ঈরাংনি হায়না চৈহৎপীরি। অদুগা অদুক থরায় য়াওনা তমজবা লাইরিক্কুসু তোকহনবীখি। নুপীনা লাইরিক তম্লগা কৈদৌদৌরিবনো হায়না ঙাঙবীখিবনি। কয়াদা পীকখ্রবা পুন্সিগী মফম অমদা থম্বীরিবা! হীরম খূদিংদা মমান্নবীশিংগা মীমান্নবা ঙমদ্রবী মচানি। অদুবু থনুংদদি চৈনাখোল অসি খাঙলি— মতীক চাদ্রবা মপা মমানি। য়াম্না লাল্লবনি:

মৌপ্পা অমখক য়াওজবদুদি লাইরিক তমহল্লি। মঙোন্দা থাজবা থম্লি। আশা পূম্নমক মঙোন্দনি, লমন পূম্না মানা শিংলকসনু। শীন্থরকপা মপিদু খূৎলৈ থুনা তৈথোকই। ফি শাবা অমুক হৌগৎলি।

নুমিদাংদু অশংবী মৌপ্পাবু লাইরিক তাকপীরি। মমানা চাক থোংলি।

"করি করি লৈতে হায়বা নঙগীবু?" অশংবীদা মমানা হংলকই, "লৈরিঙৈদা

য়েংদুনা লৈহৌ কুইনা চৎনগদবা।"

অশংবী খুমদে। তাবদি তায়।

"ইমা ঐগীসু খোঙউপকা খোঙগ্রাওগা অদুগা ফৃরিৎকা।" মচানুপা অপীক্লা হায়রকই।

"নঙগীদি লৈরিবদুদি? নচেগীদি অমত্তসু লৈতে।"

"অদু ওইরবসু ঐগীদো ফজদ্রে।"

ইসঃ ফজদে কায়না মানসু! অশংবীগী মমা মথন্তা নোকচৈ—"হোয় হোয়, লৈনি লৈনি," অশংবীদা হায়রকই, "জাঙ্কোগা হয়েং লৈবদু চৎলো।"

"পৈশাবু লৈরবরা?" অশংবীনা তপ্পা হংলকই।

"মথংগী ফি হৌনবা খরা থম্বনি। ফি অককপা খরা লৈরিবসি হয়েং ননে চাউবীদা খরা থনম্মু। পৈশা লৌরকউ। নঙগী নফি লৈনি হায়য়ু। মখোয়সু মতেং পাংনবদি য়াইনা।"

অশংবী অমুক তৃমিন্না লৈখি।

"মসরাইগী ফনেক হৌগে খল্লক্লিবসি কুইরবনি। ঙল্লিব্রসে! পুঙৌ ফনেক খরা, খুদে মতেক খরা তৌদুনা অদুসু লৈরিবসিনি। হয়েং চৎপদু পৈশা খরা লেম্লবদি লং লৈশিল্লকউ। লংফেলসি কোন্নরোইদৌবি। মসি যাম্মা থুনা লোইশিন্নবা তৌসি। কনাদগীনো পৃববা লংবরা মসবাইদু হৌসি।"

"শমচেৎসু লৈতনা।"

"সনাতোম্বীখোয়গীদু রারা লোইরে। কয়াম্বু শারুনেগে। ঐখোয়গী শেংননবা অদুক শাবা হায়বদুনি। মখোয়বু কাঞ্জল হৌখিদা ঙাইরিদাইনে?"

"উম।"

"কাঞ্জলসু শানীংঙি তৌরিসি। সিদগীদি কাঞ্জল য়াম্না চৎলনি।"

"ঙসাই ইবোক তমুনা চেঙগী পৈশা হায়রম্মী।"

"অদুনিনে। কদায়দগী পীগদৌরিবনো খঙদ্রে। মীগী মরলনা মবোল অমা: ফনসু কন্না হোৎনবনিকো অদুবু করিমত্তা হেক হঙ্গৎতে।"

"ঐগী ফি-রোল তপ্পা লৈরসিদা।" অশংবীনা য়াম্না ঈংনা হায়রকপনি।

অশংবীগী মমা মচাদা শংত্রিক য়েংলকই—"কৈদৌরবা?"

"ঐ য়াওশঙ থোক্লরোই।"

"অদু ওইরবসু নঙগী তঙায়ফদবশিংদুদি লৈশিলহৌদনা।"

"হৌজিক্তি মমল য়াম্না তাঙলমগনি।"
অশংবীগী মমা মখা তারক্তে।

মার্চ, ১৯৯০

# মচু মচুগী কুরাক

**অয়ৃক্তু** মচে ইবেচা লাক্কুনা হায়রম্মী, "...হোরেল নুমিদাংৱাইহনি, হন্দক শোয়ববদি কৌনদ্রে খঙঙু!"

মচে ইবেচাসু পঙৱা মৱারবনি। অমুক্তং উনহন্নবা শীনবদা কয়ারকসু চোপত্থবনি। ইরায় লায়না মানা ঙম্বা থবক্লি খল্লুবনি। ঙম্বসু য়ারিবনি। অদুনা চীন পৃথরুবনি নুপাদুদা। হায়বা য়াবা হায়। থেম্বা য়াবা থেম্মী।

"...য়ানীংদ্রবসু কৈদৌগে তোম্বী অমুক্তংদি উনৌ। ঐবু য়াম্না ইকায়রে হায়বনি। নঙনা তৃমিন্না লৈরগা ঐনদা লাঙবা অসিবু মানা করি হায়না খল্লমগদগে? তৃমিন্না লৈরসি হায়বসু কদায়নো, ইচম চম্বা মীসু নত্তে মাদি। য়ারবদি তোম্বী নঙগী পৃক্লিংগী অপাম পামদদু মঙোন্দা অমুক্তংদি হায়য়ু। ঐসু হোৎনবা য়াবা হোৎনৈ হায়বদু মঙোন্দা খঙহন্নীংঙি। নঙ ঙম্লোইদ্রা? খঙনদবদি নত্তেদনা নঙসু।"

খঙনদবদি নত্তে খঙনৈ। মরম লৈনা খঙনবনি। ৱাখল কয়া খল্লি ইবেতোম্বীসু, খলহল্লি লম্লানবা অদুনসু। খল্লুবা খৃদিংদা খেন্নবা কয়ানা পরেং শানা লেপ্লে: অমগী

মথংদা অমা, অমগী মথংদা অমা। আশা লৈতে। অদুবু নীংবা কায়বমক্তি নত্তে। মান্নবা য়াররোইদবা খেন্নবা অসিদা মঙলান অমত্তা শাগৎখিদে। অদুনা মঙলান অমত্তসু নীংখায়খিদে। তূমিন্না অদুম লৈরকপনি। হৌনা খঙদবী তাজরবসু মসিনা ফৈ খল্লি ইবোতোম্বী।

মচে ইবেচানদি চৈরি—"নঙবু করিনি হায়দুনা অদুক থোইচৎনরিবনো? করিগী অদুক চাউথোকচরিবনো? অসিগুম্বা নুপা অসিনা নখোঙদা তুররিবসি নরায়বত্তা থম্বাল শাৎপনি। নপুন্সিদা অনীরক হন্না লাক্লরোইদবনি খঙঙুনে!"

ইবেতোম্বীনা ব্রারিবদি মদুগীদমক্তনি। লাইবক্তা থম্বাল শাৎপা, পুন্সিদা অনীরক লাক্লরোইদবা অদুগীদমক্তনি। নুপাদু ইম্ফালদগীনি। মশক মতৌদগী, মহৈ-মশিংদগী অৱাৎপা অমত্তা লৈতে। ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচানি। মচে ইবেচাখোয়না লৌশান তমদুনা উরিবা লৌফমদুসু মখোয়গীনি। অদুগা ইবেতোম্বীদি খুঙ্গংদগীনি। লাইরিকসু হৈতে। লায়রবা ইমুংগী মচানি। ইমুংদগী হেন্দোক্তবীনি। পূক্লিংসু লায়রে, ৱাখলসু লায়রে। নুপী অমা ওইবগী ফজবদি লৈ মাগী। অদুবু মদুসু মপাম্বোংগী হকচাং পোলাংনি নুপী অমা ওইরুবগী মহৌশানি; খঞ্জে—নুপীদি ইথন্তসু নত্তে। খল্লু খল্লরগা য়াম্না ইকায়জে ইবেতোম্বী। অসুম্না করিসু লৈতবী মাগুম্বী অমদা নুংশিবীরকই হায়বসি কনাবুসু খঙহনবা পামজদে। য়াম্না ইকায়বা অমনা, নুপাদুগা অহানবা উনখিবদু মানা পাৎতগী থাংজিং হেক্লগা পুখৎলকপদনি। ওম্বোক্লা নাতৈ চাদবা মীৎকৃপ্তুবু নুপাদুন্দি লাইবক ফবা মীৎকৃপ্নি হায়রি। নোক্লরিবোইদা খল্লি। মদুবু নুংশিবনি হায়রবদি নুংশিবসি মথোং য়াম্না চাদে। মথোং চাদবা নুংশিবদি য়াম্না কিজৈ ইবেতোম্বী। মনীং থুংহনবা খক ঙম্লোই, য়াম্না খেন্নে।

"নঙোন্দা খেন্নবা থিবীয়ু কনানা হায়গে?" মচে ইবেচানা তত্তনা হায়। মাসু ইবেতোম্বীগী ৱাখল ইখঙ খঙদবদি নত্তে, "খেন্নবা থিগদবা নত্তে নঙদি। মাগী অপাম্বা মতুং ইন্না নঙবু নুংশি হায়রক্লিবনি। হয়েংৱাই লৈবা তারবসু মাগী অপাম্বদনি। মসিদা নঙগী খেন্নে খেন্নদে থিরুবগী কান্নবা করিনো? হায়য়ু মঙোন্দা লৈরগা নঙগী মাঙজবসি করিনো? হৌজিকপুদি নঙগী অপাম পামদগী হক লৈরি। অদুবু ঐদি য়াগনি খন্দুনা নঙোন্দা হায়রিবনি। য়াফমসু থোকই। নুংশিবদদি খেন্নবসু লৈতে খল্লি ঐদি...।" অদুগা অমুকসু নুংশিবদা মরু ওইরিবসি করিনো খঙহল্লি—"নঙবু মানা নুংশিরিবসি নঙগী ফজবা নশক অদুননি। নঙনবুদি শক্লা কৈদৌগদগে খল্লম্বা য়াই। মদুনা নঙবু অমুক্কা হেন্নসু নুংশিহল্লিবনি। খঙজিল্লু, নশক অদুনা নঙগী পূম্নমক

ওইরিবনি। মশক থীবা কনানা মরল-মথুম, মহৈ-মশিংনা নুংশিবা থিজবনি। অদুবু নঙদি নশক ফজৈদনা। মদুনি নঙগী নরল। নরল অদুনা মাগী থম্মোয়বু খূদুম চল্লু। মদুনি নুংশিবা হায়ববু। মদু ঙম্লোইদবা ওইরবদি নশক ফজরুবগী, নুপী ওইরুবগী করিবু কান্নরি? করিগুম্বা নঙননে ফজবা নশক অদুবু খঙজরবা, নশাবু নুপীনি হায়না য়াজরবা অদু ওইরবদি করিগুম্বা মরম অমত্তদসু শোন্থফম থোক্তে। নশাবু থাজৌ তোম্বী। করিগী রারিবনো, থম্বাল হেক্কে নীংলবদি মাসু লৈখোম খরদি তৈবা তারেদনা! মাসু মসি খঙজরবনি। ইকায়ফম থোক্তে।"

কয়া কয়ানি। অসুম্না থেমদুনা লাক্লি। করিগুম্বদা ইম্ফালদা ময়ূম পানখিবা চাউবীগী রাসু হেক হেক পল্লকই। লাইরিক হৈতবী ওন্থোক্লা পঙনা লৈজরম্বী চাউবীনি। মতমগী চংনবী ঈরাং অমত্তা খঙজবা নত্তে। অদুবু তৌজিক্তি মতমগী চংনবী ঈরাং চপ চানা পুবী অমা ওইখ্রে, শেংতোক চাথোবকপদা খ্বাইদগী তমজনফম ওইখ্রে। ঙাঙথোক শক্তোরকপফাওবা লাইরিক লাইশু তৈববী অমগুমখ্রে। পূম্নমক হোংখ্রে। হায়রিবসি মঙ নত্তে। মাগী মরলসু মশক্তুনা ওইখিবনি।

নুমিৎকী মৈশা নেমথরকই। হেয়া লৈতাদে ইবেতোম্বী। মচে ইবেচা লাক্লবোইদা নীংঙি। অমুকসু মমীংতা উই নুপাদুবু। হিদেন তাফমগী লম্পাক্তদা নুপাদুনা মুন্না য়েংলবখি লৈখোম লৈনাং তৈরবী থাংজিং পুরিবী মতোন্দা। কদায়দগীনো থনাখি, করি মীংয়েংনা নীংখি। পাম্বেমদু থাদনীংখি। অদুবু থাংজিং পুরি কোক্তদি থুমোক্ত পীক থনবমখৈ। ইকাযজখি, শাউসু শাউনীংখি। অমুকসু থেংনৈ মচে ইবেচাখোয়না উরিবা লৌদু লোকপদা। লৌ য়েবা য়াওবৈ। মমাঙদদি অমুক্তা য়াওখিবা উদে। নুমিৎতুদা খঙখিবনি লৌপুদুগী মচানি হায়বসি। খূদাপ খোম্মিনৈ। মদুদা নুপাদুনা খঙনা চান্নবা হৌরকখি। নুপাদুনা মাগী মমি তাক্লকখি অদুগা ইবেতোম্বীগী মমিংবু হংখি। মমিং তাকখিদে ইবেতোম্বী নোক্তমক নোকখি। নুপাদু ইকায়রমগদ্রা খঙদে। অদুবু নুমিত্তুদি ইবেতোম্বী নুপাদুবু শাউনীংখিদে। খঙনা চান্নবদু মহাক য়ানীংদবা নত্তে ইকায়র্জখিবনি, করিনো ইতাউ তাউবগুম ইকোই কোইখিবনি। মদু নুপাদুনসু খঙঙি; অদু ওইরবদি মহাক কৈসু শাউরম্লোই! নুমিৎতু লাঙজখিবনা মহানি নুপাদুনা। চৈরোং অমুক পায়, ফৌবী অমুক হাই, চরূ অমুক কি---হৈবদি অমত্তা য়াওদে। কোন্থংদনি খূদাপ খোম্বা য়াওরবদু। মদুদসু ফৌনা মরোল অমা কেনখ্রিবা। মা মত্তা ঙাঙনবদা কৃম্মৈ ওইরবনি। হৈত্রবদি তোক্লো, মদুসু য়াদে। অঙাং মচাগুম্মী। অদুবু পূম্নমক অদু মরম লৈরম্মী। করিগী অঙাং মচাগুমখ্রিবনো, করিগী লাঙজখ্রিবনো---থল্লুরগা য়াম্না ইকায়জে

ইবেতোম্বী। হেক্তা নীংশিংঙি, থাংজিং পুরকখিবা ফীভম, মানা য়েংলকখিবা মীৎয়েং—কয়াদা ইচম চন্নমদ্রিবনো!

ইতৎ তৎতনা লাকই কার অমা তোংলদুনা মমান্নবা খরগা। হেক্তা লৈরম্মী খুলগী মকোক মরূ ফাবা অঙাংশিনা ইকোয় কোয়না য়েংলদুনা হিদেন তাফমগী লম্পাক্তুদা। লম্বীদসু হেক থেংনৈ। থেংনবা খূদিংগী করিনো অমা হেক্তা হায়রকই। অদুবু ইবেতোম্বী পাউখুম অমত্তা পীখিদে। তাশিন্নখিদে।

নোংমা হায়রকখি, "নঙনা খঙহন্নীংদবদো ঐদি খঙলে।"

ইঙক ঙকই ইবেতোম্বী। করি ওইরিদনো খনখি।

নুপাদুনা নোক্লগা হায়রকই, "নঙগী মিং!"

তূমিন্না নোকখি ইবেতোম্বী—অদুবু কয়াম লুবা রানো। খঙহন্নীংখি—ঐ খঙঙি নঙনা ঐবু ব্রা ঙাঙহনগে তৌরিবদু। অদুবু ঐদি ঙাঙলোই। নঙদি অদুম ঙাঙলকউ। ঐ তারি তাশিন্নদনা। নঙ খঙদ্রা তাশিন্নদবা হায়বসিমক তাবনি। মিংদা নত্তে ঙম্লবদি লোইনা খঙঙু, মদুদা ঐ থিংদে। অদুবু ঐ ইশানা ইশাবুদি ফোঙদোকহনগনু। ইকায়বা নত্তনা ঐগী ইতীক লৈতে। নঙ খঙঙু ঐ য়াম্না ইকায়জে।

নোংমসু হায়রকই, "নখোয়গী থাংজিং কোমদু থরো য়াম্না হৌই হায়, থরো চাবা লাক্তোইনি ঐদি।"

লাক্তা লাক্তবোই নীংঙি। লৈতাফম অমা ইখঙ খঙদে। তূমিন্না লৈগে ইয়া য়াদে। মসি ঙসি ঙরাংতগী মতৌ নত্তে। খঙদে লম্লানবা মানা ইঙমদা ঙম্বগুম তৌই।

য়াম্না শাউরবনি মচে ইবেচাদু। শাউফম থোকই। অসুক কুইবসিবু হোয়, মাই অমত্তা হায়দবসিবু চুম্লিব্রা? চুমদে খঙঙি ইবেতোম্বী, খঙনা খঙনা হৌনা খঙদবী তাজরবনি। অদুবু য়াদে, হৌনা খঙদবী ওইবা য়াদে। লোন থোক্তবী ওইবা য়াদে। করিনো অমদি হায়বা তাই। পাউখুম অমদি খুম্বা তাই। ওম্বোকপনি খল্লি ইবেতোম্বী; করিনো মশাবু মশাগী অসুক ওইবা ঙমজদবসিবু! মশাগী অনীংবদা লৈবা য়াদবসিবু!

"উনদবসি ইয়ামক য়াদবরা ইচে?"

"য়াদে। শোয়দনা পুরক্কনি হায়রম্লবনি ঐদি।"

"অদু উনরগা কৈদৌদোইনো ঐবু?"

"তূমিন্না অদুম লৈয়ু ঐনা থোকপা ঙাঙনজগে।"

"ইচেনা থোকপা ঙাঙনদোইবা—করি ঙাঙনদোইবা?"

"নুপী মচাসি মশানা য়ানীংদে পামদে অসিনিদনা!"

থীক থীক নোকই ইবেতোম্বী—"মদুবু হায়বীনি হায়রবদি চৎসিনে! য়াই ইচে চৎসি।"

অদুবু ইখঙ খঙনৈ। য়ানীংদে হায়বগীবু উনরুদ্রা? মদুগী ওইরবদি করিগী চৎচরুনি। অদুদা য়ানীংঙি হায়দুনসু মমাঙদা হেক লেপলুগদবদো! মসিগী খনবদনি ইবেতোম্বীনা অমুক্কা হেন্না ৱারিবসি। মসি মচে ইবেচোনা ইখন খনবীদবনি। খল্লি ইবেতোম্বী—ফি ইন্দুনা চৎকে। মায়সি খুমজিনগে। শুংউ উহল্লোই। শুংয়েং য়েংলোই।

নুমিৎ তাশিল্লক্লে। মচে ইবেচা লাক্লনি হায়ররনি—"হৌজিক ফাওবা লোইশিল্লমদ্রিবরা? করিমত্তা থৌওইদেদকো নঙসে ইবেম্মা!"

মমায়দমক চনবা মিংশেলদু লৌদুনা য়েংঙি। চাউবী নীংশিংলকই। মাদৌনা কেবদি হৈবা নত্তে। কেসু কেনীংদে। মশম মনা মমায় মমীৎ খরা তৈথোক নাম্থোক লোইশিন খোমজিন তৌরগা লোইরে। মফি হোংলগা লোইরে।

"নঙনা ফজরিবসি কদাযদনো?" মিংশেলদুদা তারিবা মমিদুদা হংজে, "মানা মংশিবিবসিনা কদায়দনো? মতম লেনবা ওইরম্লবদি কমদৌনি নঙ? নঙদি মতম লেনবসু তৈতে!"

মিংশেলদু অমুক থমখি। মচেনা হায়খিবদু নীংশিংলকই—"থম্বাল হেক্কে নীংলবদি মাসু লৈখোম খরদি তৈবা তারেদনা!" মথন্তা মোমোন নোকচৈ। নুপাদুবু মমীৎতা উরকই। হংঙি লোম্থোক্লনা—"নঙবু লৈখোম তৈবা ঙম্লদ্রা? অদুবু করিগী কার তোংদুনা লাকপনো? লাক্লবসু করিগী অদুক অতাক অফোঙনরিবনো? খরসু চমখোকউ কৈদৌগে, মফমসি খুঙ্গংনি, লৱায়নি; নঙবু ইকায়দ্রা? লৈতেম মান্নদবা লম্বীশিং অদু খোঙনসু খরা মচৎলু। কমদৌগে য়েংথোকউ। ঐখোয়দি নুংতিগী চৎলিবনি।" অদুদগী অমুক হায়রকই, "হোয়দা, নঙনা অপাম্বদা তৌ। ঐদি থম্বাল নত্তে, থাংজিং পুবীনি।"

মচে ইবেচোনা লাকপা মতমদুদি য়াম্না থেঙলে। মদুসু নুপাদু লাক্লে হায়বগী পাউ শেংদোকপা লাকপনি। হায়রম্মী—"ঙসি লাক্লবসু নোংমদি লাকপা শোয়দ্রবনি। হয়েংমক লাকপরা খঙদে। নঙদা শোয়নু।"

ইবেতোম্বী কৈসু হায়দে। ইয়াদা য়াই মহাক। হয়েংবু ওইগেরা, হংচিৎপু ওইগেরা চপ মান্নে। অদুবু মহাক লাত্তি লাকনিদনা?

নুমিৎ খরা হৌখ্রে। নুপাদু লাকপা উদে। কৈদৌরবনো খল্লকই ইবেতোম্বী।

মওন মওন খল্লকই। শাউখ্রববা চিংনরকই। অদুবু শাক্কান হায়বম্বনিনা শাউবদি ওইবল্লোই। শাউফমসু থোক্তে। অমুকসু খল্লি, তনবু তল্লব্রা কাবনো! হোয়, তনবসু য়াই। কনানা খঙবা তল্লম্বসু। অদুবু ইবেতোম্বীদি তনবা ঙমদে। মাদি তনবা য়াদে। মাদি হৈনীংদ্রুনতা লৈগদবনি।

অদুবু খর্বনিগী তুংদা পাউ তাবে, নুপাদু নুপা অমা লুহোংখ্রে। যাম্মা ঙক্লা থোকই মচে ইবেচাদি। মাদি শাউরবু শাউই। ইবেতোম্বীসু হেক তাবদা ঙক্লা থোকই। অদুবু মাদি শাউদে। কুইনসু ঙক্তে। পোৎলূম অমা থাংখাখিবগুম বাই শংর্ঙ।

মচেদা হায়খি—“ইচে, লুহোংখিবসি যাম্মা ফৈ। খবদং থেঙথবল্লবাদ ঐ শোযদনা কপ্পমগনি।”

*এপ্রেল, ১৯৯২*

## অহানবা কারবার

"**মফম** মরাং খঙদবা অসিদা কারবার তৌনি খল্লিবদু খুরাদি পামখিদ্রেদা।" থোঙনা ও ময়াদা ফল্লিবা অহলদুনা হায়রকই, "নশা নহা ওইমল্লি!"

"নহা ওইরগা কৈদৌরগে খুরা?" মমাঙগী সিটতা ফল্লিবী ঙানবীনা খৃদক্তা খৃন্নকই, "কারবার হায়বসিদি কারবারনি।"

অহল্দুগা ফম্মিন্নরিবা কুশুমদি তৃমিন্না লৈ। হায়রকখিবদুদি মঙোন্দনি। মাসু খল্লি—হুরানবা কারবার! অদুবু নহা ওইরগা কৈদৌরগে?

"নচা কয়া চাউবদি লৈরে?"

অসিবু কৈদৌবৈ খঙনীংলিবনো! অদুবু খুন্নুই, "চাউদ্রিদা খুরা।"

"নুপাদি কৈদৌরি?"

হন্দক্তি কুশুম ইকায় নুংশি য়ান্নে। মমায় লাংশিল্লি। ব্রাহং অসি মঙোন্দা ওন্থোক্লা শক্তি লৈপ্রে। খুন্নকই, "কৈসু তৌদে খুরা।"

অহলদু মখা হংলকখিদ্রে। মকোক অদু থোঙনাওদা লীৎথোকখি। মমীৎ অনীদু

উইশিনখি।

মাগী নুপা কৈসু তৌদবদি নত্তে। মহৈশানা পীরকপা মতম মতমগী থবক্কা কন্না মায়োক্লরি। পোইনুগী মতমদা মীগী খুঙ্গং চৎকনি। অয়ূক অঙনবদা হি তোংদুনা পাৎতগী শজীক ফাল্লুগনি। য়ামদ্রবদা মপূল মঙাদি পুরক্কনি। মপূল অমমমদা লুপা মঙা মঙানি। খোই থাদুনা, লূ থুমদুনা, লাং থাদুনা ঙাসু ফাগনি। লেপ্পা নত্তে। কুশুমসুনি। অদুবু মদুনা চনীং তানা স্বর হোঞবা ঙম্বদি নত্তে। অদুগীসু মথক্তা নোংম-নোংমগী হায়বদুনি। নোংমগী শোয়দ্রবা অরেপ্পা নত্তে। থাজবা য়াদে। অদুনা কুশুমা মদুবু থবক অমনি হায়বদা চিংনজে। শূজরিবদি মহানি।

কুশুম য়াম্না নৌনা য়ুম পাল্লকই। মচা অহুম শুরে। অতোম্বদু চহী মরিদা মঙায়রি। লৈশারিঙৈদগী মাগী নুপা লায়রৈ হায়বা অদুম খঙলকই। মহৈগী থাক্তা অৱাংবা দিগ্রীমক পায়বা ঙমদ্রগসু এল পি স্কুলগুম্বা অমগী ওজাদি হেন্দোক্লা ওবা য়াই মাগী নুপা। মতম অমা কয়া হোৎনবম্মী। অদুবু কান্নখিদে। মরম লৈ। অদুগা, থবক ফংদবশিংদা সরকারনা শেন্থং পীবিদুনা য়েন লোইহনচিংবা মরন্নাই থবক পীজনবগী শীল্লিবা উপায় অদুদসু মাগী নুপা লাইবক লৈখিদে। মদুগীসু ৱানোম্বা চঙঙি। শেলনি। মন্ত্রিসু এম এল এসু অদু মঙায়। অদুগা লুরিবা অমনা শেন্থংদু তঙ্খায় অমদি ফা ওহল্লিবা মঙোন্দা পীয়ু হায়বসিনি। অপূনবা শেনফমগী শেন্দোয়দি মাগী নুপানা অদুম হুনবা তাই। ৱাহং লৈতে। শেস্থংদু লৌখিদে। গ্রান্টকী মতাংদসু অমহানি। লায়বক্না হায়বগী শক্তাক চে লৌবদসু ৱানোম্বা চঙঙি। শেলনি। চপ মান্নে।

ঙানবী হায়রিবসি লৈকায়গী মনম্মশিং থোকপনি। হায়নৈ— মোরেদা ঙানবী খঙদবা য়াওদে। ঙানবীনসু মোরেদা খঙদবা লৈতে। মাগী অতোপ্পা মিং অমনা 'মোরে ঙানবী' হায়বসিনি। মানা মোরেদগী তীক্লিবা পোৎসি ফূরিৎ, ফি-রোল, অচা- অথক, ক্বা শুপারিগুম্বা ঙাক্তনি। থোইনা মমল য়াম্বজাৎ নত্তে। অদুবু শেন্দোংদি য়াম্না লৈ। মরক মবক্তা তেরাগসু হেক হেক পুথোরকই। থোইদোক্লা নংনা লৈরম্বা ঙানবীনি। হৌজিক্তি মমায় অদু মঙাল নাইরে। ক্বা অমা মতম চুপ্পদা থাদে। মচীনবান তঙাং-তঙাংঙি। রাশি লৈ।

◆ ◆ ◆

"ইনম্মা নখোয়না পুথোরক্লিবা পোৎ-চৈসিবু পুলিসনা ফাদ্রো?"

"কৈদৌবৈ ফাদৌরিবা? শেল খরা পীজরলোইহরে।"

"অদু মীদি পুলিসনা ফাদুদা য়াম্না মাঙনৈ হায়নৈদা।"

"য়াম্না পুবিদ্রলোইরে। ফারিবদুদি অয়াম্বনা পুহৈদবা পুবগীনি। নঙসু লাইবক অমুত্তা য়েংঙুদনা। য়াম্না তীক্তুগা লোইরে। তৌরগা খঙগনি, ইরায় লায়বজাৎনি। লাইবক লৈতদুনা শেন্দোং ফংদবদি য়াই অদুবু শেল্লেপতি মাঙবা নত্তে।"



কুশুমসু লাইবক অমুক্তং য়েংগে খল্লকপা কুইরবনি। লল্লোন শেল লৈতবনা মরম ওইদুনা পৃক্লিংদা অদুম লৈখিবনি। মাগী নুপাদা হায়রুবদা তথী-তথী চৈরকই। মোরে কারবারগী অমোৎপা কয়া লোইবা নাইদনা থিথরকই। ঙানবীবু মথোং চাদবা মীনি হায়না চৈরকই। কুশুমদি মদু য়ানীংদে; ঙানবী লায়রৈ নংলৈ, মঙোন্দা হেক হায়রিবমখৈ পকচগদবা লৈ। অদুবু মাগীসু মচা মন্না লৈ। মহাক নুপীনি। অদুবু মতাং অসিদা লৈরিবা নুপীগী অর্থদুদি লাল্লি। মানা তৌরিবদু মথন্তুগী অপাম্বদা নত্তে।

"ঐ খঙঙি নঙনা ঐবু ইচম চম্না ইপঙ পঙনা লৈহন্নীংঙি। ঐসু লৈনীংঙি। লৈসু লৈবির্বাসিনি। অদুবু বাফমসিদা ঐতগী ওইবা থোইদোক হেন্দোকপা করা য়াওরিবগে? ঐদি কায়দবরা খল্লি!"

"কায় কুশুম। য়াম্না কায়। নঙোন্দদি কায়রমদবা য়াই, অদুবু নঙনা ইনাক্তগী অহাং অমা লাপথোকখিবা হায়বসি ঐ খাঙদুনা লৈবা ঙম্লোই।"

"অদুদি পৃকচেল পীকপগী রানি।"

"মানি পৃকচেল পীকপনি। মদুদা ঐ পৃকচেল পীকপা পাম্মী। পীকফম থোকপনি।"

কুশুম তৃমিন লৈবা তাখি। খুম্নীংখিবনি—"পুন্সিসি থম্মোয়গী অপাম-পামদনা কায়দবদা য়েৎতুনা লৈরে। অরেম্বদা মতম য়াম্না হৈখ্রে। অঙাং অহুমনি। থম্মোয়সিনা মখোয়গীদমক কৈদৌবা ঙম্বগে? অদুগা কনানা করি তৌবিগদগে?"



খঙহৌদনা লৈত-লৈত য়াওজবা মরূপতুনা ফাওরকপদগীনি তৃম্নরবা কুশুমগী পৃক্লিংবু অমুক মীৎকপ থোকহল্লকখিবদু। মীঙোন্দগী খরা পৃরুবগা করিগা লল্লোনশেলদি কোন্নরে। অদুবু মাগী নুপাদি হান্নগী হান্ননি। খৎনখি, চৈনখি। মমৈদবুদি কুশুম্না ঙমদুনা চৎপদা তাখি।

ঙরাং নুমিদাং মাগী নুপানা লৈয়েং ইফায় ফায়না হায়খিবশিংদু হৌজিকসু মহাক নীংশিংলি—"নঙ ননীং থুংদ্রে হায়বা ঐ খঙঙি। লীক অমা লৈ অমা শাবিবদি লায়রদনা নফি ফৃরিৎ ফাওবা অনী শুনা থোনবীবা ঙমদে। মানি, ঐ মতীক চাদ্রবা

নুপানি। অদুবু ঐ লেম্নদি লৈতবনি। ফরে, নঙগী অপাম্বনি। নঙনা ফগনি খনবদু তৌ। মদুদা ঐ য়াবদি ঙমদে। থিংবসু ঙমদে। মসিমদি নঙ খঙঙু, ঐগী অয়াবা য়াওদনা নঙনা চৎকদৌরিবনিনা হয়েং হল্লকপদসু ঐগী অয়াবা য়াওদনা হল্লকপা ঙম্নবা হোৎনজৌ।"

য়ু থক্তুনা পঙাঙ ঙাঙবা ওইরবসু, নাইতোম তাবগী মতৌ অমা মাগী নুপানা উৎখ্রিবদুদি খল্লুবদা কুশুম পূক্লিং নুংশি। ব্রারৌজে—ঐসিবু কনানো? অহীং অমখক ননাক্তগী লাপথোকপদা নঙগী ব্রাখলনা কদায তান্না চৎলিবা? অদুগা ঐবুনা কদায়দা থল্লিবা? চৎলিবসি ঐ নত্তে, নঙগী পুন্সিনি...।

"কৈদৌরে?"

"কৈসু তৌদে খুরা। খোঙনাও মনাক্তা ঐ অমুক্তা ফমজগে।"

ফম্ফম ওন্থোক্লে।

"করি পোৎনো নঙনা তীক্লদৌবিবদি?"

"খঙদে খুরা," তৈনীংদনা খুম্নকপনি। মশাদ্ ইচোক চোকখে। অদুগা করি পোৎ তীকল্লুগদৌরিবনো হায়বসু মতাক খঙদে। মনম্মা ছুনবীনা ফনি হায়বদুনি মানা তৌগদৌরিবসি। মোরেগী খোঙচৎসু ঙাসনা অহানবনি। অহানবা কারবারনি।

"খুরাদি মোরেদা কৈদৌবনো?"

"ঐবুদি ওফিসকী থবকনি। মোরেদা তাপগে বাথোম্লকইবাস কুইরবনি। হন্দক্তি থৌজানবীবে।"

বসকী মখোল হেন্না লূমথবকই। অঙম্বা চীং লম্বী অদুনা কসাতু তপ্পা চৎলি। অপীকপা চীং লম্বী অদু চীংজুম্না ইচোৎ চোৎলি। মগা থংনবা লম্বীদুগী নাকলদুদি ঙম্না হাইথখিদুনা শূক্লবা লোক অমা ওইনা লৈখ্রি। মাগী মমীৎতা লোক অদু হেন্না শূকপ গুম নীংঙি; অকিবা মতৌ উৎতুনা য়োংলগে হায়বা মতাগুম মযা লাওনা কাথোক্তুনা লৈবগুম তৌই। ইতৎ-ওৎতনা যান্ত্রিক কয়াগী পুন্স লোক অসিনা মাঙহনখিবগী ব্রাবী লৈ। হন্দক্তসু এক্সকরসনগী বস অমা মসিনা য়োংখিবগী পাউ লৈখি। অহিংবা তরাদমক য়াওখি হায়নে। কুশুম তু চুংই। মমায লৈশিল্লকই। মমীৎ উইশিল্লি।

"নকোক ঙাওরব্রা?"

"ঙাওদে খুরা।"

"মখাদা নক্লা য়েংথরুনু।"

মীৎকূপ খরগী মতুংদদি লোক অদু চীংমায় অমনা অমুক মহুৎ শিল্লরে। চীংমায়দু লৈ শাৎপা পাম্বী কয়া হৌরি। অরাপ্পদা চীংশাংশিংনা মান্নদবা মচু কয়াদা অরাপ্পা

অনকপা খায়দোক্তুনা লৈরি। খরা হেন্না লাপখিবদুদি অতিয়াগী মচুগা অমত্তা ওইখ্রি। পূন্নমক অসি কুশুমগী মফমদদি অনৌবা ওইবগী থোইনা মমল লৈতে। অশূকপা লোক্তু হেক নীংশিংলুবদা মশাদু স্বায় স্বায় লাউই। ইচিংদা চিংনৈ।

ঙহাক্কী মতুংদা বস খামখি। ময়াম কূমথহনখি।

"খুরা য়ৌরব্রা?"

"য়ৌগদৌরে। কোন্দো লাইরেম্বী য়ৌরে। লাক্লোদনা নঙসু।"

কোন্দো লাইরেম্বী। কুশুম খঙদবা নত্তে নীংশিংলুদবনি। মহাক তাখ্রে, হূরানবা, ডাকু ফাওবনসু লাইরেম্বী অসিবুদি খুরুমদবা য়াওদে হায়নৈ। অদুবু মাগী মতীক মগুণদি কুশুম থোইনা খঙখিবা লৈতে। তাখিবসু লৈতে। অদুবু থোইদোকপা মতীক মগুণসু লৈজসনু অদু মঙায়; খঙলুদবগী করি চিংনরুদগে। মশাবু খুদোং থীহন্নীংদবা ঙাক্লি। খোঙচৎ অসিদা, লম্বী অসিদা কয়াদা মফম চানা লৈরম্লিবা। মোরেনা লৈবিমখেদি মাগী ভক্ত ব্রাৎলোই। কুশুমসু চঙশিন্দুনা পৈশা কৎলুই। খুরুম্মুই। সিন্দুর নম্লকই ময়াম্মদা নম্বগুম।

ইকুই কুইদনা মোবে অদুম য়ৌরে। অহলদু কদোমদনো চৎখ্রে।

"প্রেমনগর কদায়দনো ইনম্মা?"

"তুং ইল্লকউ চৎকদৌরিবসিনি।"

"ঙসি অদুম হল্লকপা নংলরোইকো ইনম্মা?"

"মসিনা ঙাঙবদি। পূং অনীমুক তাখ্রবদি ইম্ফাল য়ৌবা বস লৈত্রে। পোৎ তীকপদু তেক্তা যাব্রো? অতোং অচাউ থিগদৌরিবনি।"

কুশুম মখা তারুদ্রে।

প্রেমনগর' লৈবিবা যূম্লে কৈবে মওং তাবা ইয়াও য়াওদে। কুশুম হৈনদে। করম্নবু থোল্লম্লিবা মিংনো—প্রেমনগর! মীৎয়েংগী অকোয়বদা তরু-তনানবা, অখোৎ মনৌগী ফজবা অমত্তা উদে। লাক্লিবসি মীৎকীদি নত্তে, জীবগীনি। অদুবু করম্না থোল্লম্লিবা মিংনো? লৈত-লায়র, অরা-অনাশিংগী মফম ওইনা তৌই। থবক্লা লাকহৎলবা, হিংনবগী লাম্থেংদা ইকায় হঙ্গোয় থারবা মীওই কয়াগী চঙজফম—অদু ওইরবদি থব্রায়দগীসু হেন্না নুংশিফম থোকই। থাজবা কয়া পুদুনা লাকপনি। অদুনা কৌখ্রিবরা—প্রেমনগর? ওইরমগনি।

"সোমদা লাকউনে! করিবু য়েংনীংলিবনো।" অসি হায়রগা ঙানবীনা দুকান অমদা কুশুমবু পুশিল্লি।

মশা নানবা দুকান গাদিদা ফম্লস্না ময়াংদুনসু নোকখি নোকখি ঙানবীদু উবদা মখূৎ খৎলকই। ময়াং অনী অমসু লৈরম্মী। মখোয়সু ঙানবীবু খঙবগী মওংদা নোক্লকই।

ঙানবী চঙশিন্দুনা গাদিদুগী মচী অমদা ঙেক ফমথে। য়াম্না ৱাবগী মওংদা স্বর মপী অমসু শাংনা হোন্দোকই। কুশুমদি লেপ্তুনা লৈ।

"কুশুম ফম্মু। মোড়াদুদা হেক্তা ফম্মু।"

কুশুম ফমথে। দুকান্দু কোয়না য়েংলকই। চেঙ-হৱাইদগীনা ফি-রোল ফাওবা য়াওবা উই। অকক্লবা লৈতবা, মখল শুবা দুকান্নি। সুম য়েংলকপদা ময়াং অমগা মীৎচান্নে। কুশুম মমায় ফৎ লৈথোকই। মঙোন্দা য়েংদুনা লৈরম্বগী মওংনি। মীনৌনি খঙলম্বা য়াই। ঙানবীদি মাবু কৌরকখিবা মশা নোয়বা ময়াংদুগা ৱারী কন্না শানরি। কুইনা খঙনরকপগী মওং মাল্লি।

"কুশুম।" কুশুমদা খূদোম্বী থিল্লদুনা ঙানবীনা ময়াংদুদা হায়খি, "হমারা বহিন হৈ। ঐগী তুং ইল্লকপনি। ঙসিনা অহানবনি।" অদুদগী কুশুমগী মনাক্তা চঙলক্লগা ইতূক তূকথনা হায়রকই, "লাইবক লৈতে কুশুম। হয়েংসিবু তম্মু বন্দনি হায়বিনে।"

"অদুদি কমদৌনি ইনম্মা!"

"খঙদেনে তৌরিসে। নঙবু হংচিৎ ফাওবা লৈবা য়াগদরো?"

কুশুম স্বায় লাউই। হংচিৎ ফাওবা! অহীং অনী! মাগী নুপাবু মমীৎতা উরকই।

"হয়েং চৎলো হায়রবসু পাঙ্গল খুল্লক্তা পোৎপু অমত্তা লৈবম্লরোইনে। হয়েং বন্দগা ওইশিল্লে লোইনা লৌশিন্নরম্লগনি।" ঙানবীসু তৌফম খঙদে।

"স্বায়দগী খরা লৌশিনখিবা য়ারোইদ্রা ইনম্মা?"

"অদুবু শেন্দোং ফংলোই হায়বগী ৱানিনে।"

অহোং অচাউ খরগীবু লাকপনি। কুশুমদু হেন্না তৌফম খঙদে। তাইনফম খঙদনা ৱাবা হায়বদু হেক থোকই। হায়বকই, "ইনম্মাদি?"

"ঐগীবুদি লৈবা তাবনি। অদু নঙবু...।"

কুশুম খুমদে। মথন্তা শোঞ্জে—ওস্তোকপগী লাইবক্লিদকো!

"করি হায়রে?" ময়াংদুনা মরোল ইখোয় খোয়ননি, "চৎলগে হায়রে? ভারা তিংনা লাক্লে, হংচিৎ ফাওবা লৈবা করি হায়রে? রহনেকী জগহ্ অফবা য়াম্না লৈরে। ক্যোং পরিসান হো?"

"অদু ওইরবসু হেক্তা য়াদে বাবু। ওস্তোক্লা শোন্না লাকচরিবনি তৌরিসে।"

কুশুমদা ওনশিন্দুনা নুংশিনা হায়রকই, "নঙনা শোনবসিসু শোল্লিহে কুশুম! লাউ, পাঙ্গল খুল্লক্তা য়েংথোক্লুসি। লৈরমদ্রবসু কদায়দগীনো খরদি থিরুসি। ভারাদা ওইরবসু হঞ্জিন্নবা। লাকও, মতম লৈরিঙৈদা থিহৌরুসি।"

কুশুম খুমদে। মনম্মবু য়েংদুনা লৈ অমুক্তা উখিদ্রিবগুম।

"করি খল্লিনো নঙবু কুশুম?"

"ইনম্মা," কুশুম্না ঈংনা হায়রকই, "ঐসু লৈরগেদা। অহীং অমগীদি লাক্লগা, কৈদৌই হায়বগে ঐ কৈসু চিংনদে।"

ঙানবী ইঙক ঙকই।

"কৈনো, ঐসিবু অদুক পাঙদবীরা ইনম্মা?" অদুবু মমীৎতদি উরি মাগী নুপা। লৈতাফম খঙদে। অমুক হায়রকই, "হোয়, য়েংদি য়েংথোক্লুখিসি পাঙ্গল খুল্লক্তা।"

*মার্চ, ১৯৯১*

# ঐ অমদি ঐগী অকোয়বশিং

**অসুক** চিনখ্রবা অসিদা চুরুপ থকপা মীস্রু ময়াওরি। য়ুনমসু ফাওবক্লি। অদুগা বস থাম্না অমদি থৌবগী খোংলিবা হুইসেলসিনা মবোল অমা, ওন্থোক্লা য়াকখ্রে। ইশাসিনা খরগা চোকথবগা— খঙদে, মসিবু ঐ নত্তুনা কনা অমত্তানা নুংঙাইতবা পোক্লদবরা? ইদুনদি নৈরি— "চুরুপ থকপীগন্নু, ঈশ্বরবু নীংশিংবীদ্নু, পুন্সি হায়বসি খোঙচৎনি।" অসিনচিংবা। অদুবু করি কানগে? বাহৈ ওইনা অদুম নৈরি।

"ইবেম্মা নেৎলে!"

য়েংথোক্লবদা চন্দন থিনবা অহল অমা ইশু শুগৎতুনা নৈরম্মী। "ইহে খুবা শাউবীগনু।" লাইবক কৎলুই। য়ুনম নম্লকই। ওন্থোকই, ফীভমসিগা!

"করিগীদি শাউরুগদগে খোঙদাফম্ফাওবা নৈত্রবসিদবু। অদুদা নখোয়গী খুনীংসিনা মতোন তুম্বসিনা।"

ঐ তূমিন্না নোকই।

"কদায় য়ৌগদবনো?"

"কৈশাম্পৎ," ঐনা তেন্না খুম্মী।

"ঐদি মালোমদা লৈহৌগদবনি।" অসি হায়রগা ঐঙোন্দা খরা হেন্না নকশিল্লকই।

হুইশেল য়াক্লা খোংলকই। বস খাম্মী। এল এল আই মপানি। মী খরা কুমথহৌগদ্রা থল্লুই। হেন্নদুম কাখৎলকই।

"করিনো কোন্থোং হেক খুদিংগী খাম্লিবসিবু? ঐখোয়বু ঙারি নম্লগে হায়রিব্রা?" অহলদুনা হায়রকপনি, "চিনখ্রবসিদা পঙহাপ্পা হাপচিল্লি। নখোয়বু শেলগী ঙাকসু খনগনু। ঐখোয় ফাবৌ নত্তেনে!"

চুম্মী, অরোইবা বসমক্তি নত্তে। অদুবু হাপ্লিংবা, তোংনীংবা অমদি তোংলিবা— খঙদে কনাগী দবীনা অচুম্বা ওইদৌবিবা? ঐসু চিনখ্রবসিদা কারকপনি। অহল মাসুনি। চিল্লি খঙনা খঙনা।

কন্দক্টরনা মাগী যাক্লবা হুইসেলদু অমুক খোংলকই। মী হাপ্লা লোইরমাল্লে। বস অমুক থোঁই।

অহলসিদি ঐঙোন্দা চাননা ঙাথবক্লেদনা! য়াম্না হৈনরোইদৌরিদা! হায়রুই, "খুরাসি য়াম্না চিন্না লেপ্পীরমাল্লে!"

"ইসে ইসে, নঙোন্দা খেংলব্রা?"

য়েংভুকো করিমত্তা খঙদবদৌনা ভৌরিবসি!

"রাধা! রাধা নংত্রনে লেপ্পীদুবো?"

মরোল খোযরপ তৌরদুনা কৌরক্লবা অদোমদা তুং হন্না য়েংথোক্লুবদা ইনে তম্পাক ময়ায়বাইগী সিটতা ফমদুনা লৈবম্মী। কযাদা খাজদনা খেংনরিবনো! ঐনা হরাওনা খুম্মী, "মানি ইনে ঐনি।"

"সিদা লাউ। ফম্মিন্নসি চঙলকউ।"

ঐ চঙশিল্লি। চিনখ্রবা মীরক অদুদা ফম্ফম অমা ফংগনি হরাওদুনা চঙলুবগী ব্রা ঙাক নত্তে।

"রাধা কৌবোইবে?" তুংদগী নুপা খবানা লক্লরকই, "হো রাধা সিদসু সিট লৈয়ে।" অসি হায়রগা মখোয় খরা থরায় তানা নোকখি। ঐসিবু লৈশাবী মাল্লুরব্রা করিনো।

"সে সে সিদা হেক্তা নপশিল্লকউ।"

ইমাই! খুবীমুক্তা পাকখ্রবসিদা। "য়ান, ইনে অদুম ফম্বীয়।"

"সেনে নঙ ফল্লো লাকওনে।" ইনে লেপখৎলকই, "ঐবুদি য়ৌদৌরবনি।"

"য়ানিয়ে, ইনে অদুম ফম্বীয়ু। হোরেল ইনেগী মহুৎতা ফমহৌগে।"

"ইতৈমা সোমদা ফম্বীয়ু।" ইনেগী তুংদা ফম্বা পাখং মচা অমনা হায়রকই। হায়না হায়না মহাক হৌগৎলকই, "ঐ লেপকে য়ানি।"

হন্দকমুক্তি ঐ তূমিন্না লৈরে। অদুগা ফমদবা য়াদে মতাগুম ফমলুই। কয়াদনো, শকখঙদবা মহাক অঙাংবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু মাগী ইকায় খুম্নবনা ঐবু চিংশিন্দুনা ফমহল্লিবসি। মঙোন্দা য়েংলুই। মাসু য়েংলকই। ঐনা হাইফেৎ নোক্লুই। মাসু নোক্লকই।

"ঙসাইদগী নঙ মাল্লি হায়দুনা য়েংলল্লিবনি।" ইনেনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা হায়রকপনি, "নঙবু অদুক ব্রানা নথন্তা লেপ্পীদুবু তুংদা কনা কনা লৈবগে হায়না হাইফেৎতসু য়েংথোরকউ য়াদ্রো? শুকয়েংগা য়েংথোরক্তেনে অঙাওবীসিদি। অদুদদি ঐসু হেক্তা কৌবনিদনা।" অসি হায়রগা ইনেদু নোকই।

ঐসু নোকই। অদুবু য়েংলুবা তারবসু ইনেবু উবা ঙমগনি থাজদে। মফম খঙদনা মী অমগী ময়াদা হেক্তা য়েংবা ঙম্নগী থৌনা ঐঙোন্দা লৈতে। মসি ঐ খক্তা ওইনা তৌরম্লোইদা।

"নঙবু কদায়দা চৎলুরিবনো? নশাগদু নোয়থোক্লেনে!"

"উম।" ঐনা খুম্মী, "ঐগী থবক্তু বিষ্ণুপুরদা অমুক তারে। ইনেবু কদায়দা চৎলুরিবনো?"

"মোইরাংদা। ইচা নুপী অঙাং উনবা চৎলুবনি। নঙদি অঙাং কয়া শুরে?"

"অহুম শুরে।"

"অহুম! করিনোদা, নঙনা লুহোংখিবদুবু চহী কয়া শুরবগেনে?"

ইকায়বনা লোইরে ঐ। ঐসিবু ঙরাং নহালদা লুহোংখিদৌনা! মীশিংসিনা ঐবু করিনি হায়না খল্লমগনি। ঐঙোন্দা লোইনা য়েংলক্লম্লনি। তূমিন্না লৈবসিরা খল্লুই অদুবু খুম্লুই, "চহী তরেৎ নিপালমুক শুরক্লবসিদি ঐনা লুহোংলকপা ইনে।"

ইনেদু ঙহাক খল্লুরগা তপ্না হায়রকই, "হোয়নে, তোম্বীদগীসু নঙনা হাল্লিকো? চুম্মী চুম্মী। চহী তরেৎ নিপালকাইসে নঙবু খঙদৌদেদা। অদু নঙদি খরা নোয়থোকচৈ হায়বতনি হান্নগী হান্নদৌনা অদুম মরৈদো। কনানবু নচা অহুম শুরম্লনি থাজদোইনো! ঐখোয় তোম্বীদি য়াদ্রে!"

ঐ নোক্তমক নোকই।

"নতৈদুদি ফবরা কমদৌই?"

কনানো হায়রিসিবু? ও ও, মাবু ওইরে! য়েংঙুকো মৈতে ঐখোয়গী মিংগৌরি। অদুবু চহী কয়া লৈমিন্নরক্লবা মহাকপু ফৈবু হায়সিরা ফত্তেবু হায়সিরা? "খঙদেদা ইনে অদুম পঙলে মরেনবা হায়দুনি।"

ঐগী পাউখুমসিদা ইনেদু খজিক নোকখি।

"বীনোদতো," ঐনা হায়, "মাদি..."

"ভারা তৌর্রসি," কন্দক্টরনা মরক থৎলকই।

"ইনেগীবু ভারা পীখ্রবরা?" ইনেদা ঐনা হংঙি।

"পীখ্রে পীখ্রে।"

ঐ বেগতগী পৈশা লৌথোক্লগা ঐগী ভারাতমক পীরে। য়েংথোকখিবদা কৈনৌ য়ৌরম্লে। ঐঙোন্দা ফম্ফম পীরম্মা পাখঙ মচাদু লৈরমদ্রে। কৃমহৌবমাল্লে।

"বীনোদতু ইনে নোংমা থেংনৈ। কুইরে। মাদি গাড়ী চৎপা য়াওরে হায়নে?"

"য়াওরে। ড্রাইভরবু ওইখ্রবনি। ময়াং ইম্ফাল্লেমদা চৎলি মখোয়গী বসতু।"

"অদুদি ইনে শেলদি খরা থোক্লবিনি।"

"থোকপর্বদি থোক্লে হায়ববু মতু মচা থাক্লবা তোৎনবদা শিকি অমকাওবা লেমজবা নত্তেদা।"

"বীনোদপু নুপী থিরবরনে?"

"থিরে। মচা অনীবু শুদৌরে।"

করিনোনে হায়রিসিবু মাবু চহী তরানিপাল শুরম্লদ্রা? মানা গাড়ী চৎপা যাওবে হায়দুনা নোংমা থেংনখিবদুবু চহী কয়ামুক্কী মমাঙদা থেংনবা ওইবিদনো। ঐগী মীৎতদি উরি হুমাং ক্ল-ক্ল তাবমখে ইনেগা লাংনুং পুরকখিবা শক্তমদু। ঐনা নুংশিদুনা দুকান্দগী সাপোন অমা লৌথোক্লগা পীবদা মানা ইকায়দুনা তৌবদো---মতমদু ঙসিদগী য়াম্না কুইখ্রবোইরে। মতমগী অহাঙবসি কয়াদা চাউনা লৈরম্লিবা। নোংমতা নীংশিংলুদে। মহাক নুপী থিরবকো!

"বিষ্ণুপুরদা নঙগী থবক্তু তারবদি নমাবুদি তোয়না উনবা ফংলম্লনিনে?"

"হোয় ইনে। অদুবু মতম্তু ইফং ফংদেদা। লম্বীনি অদুক হায়বগী য়ানি। ইনেবু লাংনুং অদুম শারিব্রা?"

"শারি। অদুবু হৌজিক লাং থাবা মতম নত্তে পুরক্নু হায়বিবনি। নমানা লৌবিরিঙৈদদি মতম হায়বা লৈতবনি, খুৎকানি হায়দুনা পুরকপা খুদিং লৌবির্বনি।

খঙদেদা ইবেম্মা, লৌ ইশ্খোল মরাঙ কায়না লৈজদুনা মদুদা হোৎনরনি হায়বদু লৈতেদো। মোইরাং ওংবীদুসু নংবনা পৎ তৎলি। পোম্ফি মরক্তুদা মৈনীং কুপ্লিবনি হায়দুনা লৈহৌরিবা ফীভমদু উরুবদা কপপু কপ্লীংঙি। নখোয়দি তলব চাবা থবক অমমম তৌরবনিনা মী হায়বদু ওইরে, কয়াদা নুংঙাইজরিগবা!"

ঐ তুমিন্না লৈ।

"নখোয়দি মী কয়া চারি?"

"তরুক। ইনে, তামো চাউবগী মৰা মপাউ অমত্তা তাদ্রবরা?"

"তাদ্রে। বাংলাদেশতা লৈসু হায়নে। খঙদ্রেদা ইবেম্মা শিখ্রবরা হিংলিব্রা!"

"লৈম্রাম লমখায়!" কন্দক্টরনা কন্না লাউরকই, "লৈম্রাম লমখায় য়াওরিব্রো?"

"য়াওরি য়াওরি!" ইনেদু ইফিং ফিংনা হৌগৎলকই, "ইমাইপেম্মা হেন্দোক্লমনিদা! ইবেম্মা চৎখ্রোকো ইনে কুমহৌরগে।"

"হোয় ইনে।"

"কৈদৌরগে প্রপ প্রপ তৌরো," খোঞ্জেল য়াক্লা কন্দক্টরনা, "য়ৌদৌরে হায়রবদি থোঙ ময়াদা লৈহৌ য়াদ্রো। তুংগী গাড়ীনা হাল্লকপা তাবে খুরো থুবো!"

"ইপা হেক পাখৎলি, নখোয়গী গাড়ী তান্নবসিননে..." ঙাঙনা ঙাঙনা ইনেদু কুমথখি।

কন্দক্টরনা হুইসেল অমুক খোংলকই। গাড়ী মনুংদগী ঐনা উই, মপাঙ য়াওদনা ইনেনা শাংখ্রবা লম্বীদু মখোঙনা চঙখিবদু।

মতমদুদসু ইনেদি মখোঙনা ঐখোয় ফাওবা লাংনুঙ লীশীং মরি-মঙা মকোক্তা পুরগা ইরায় লায়না লাকই। হনখিবসু মখোঙনা হনখি। লৈম্রামদগী নম্বোল ফাওবা শাংখ্রবা লম্বীনি! ঐনা ইনেদা অসুম্না হেক হেক হায়, "অদুক রানা লাক্লিবদুবু গাড়ী তোংলকপা য়াদ্রো? লৈম্রাম লমখায়দগী নম্বোল ফাওবগীবু শিকি অমত্তা পীরবসু য়াবদুবু। লৈম্রাম লমখায়দগী অমুক লৈম্রাম ফাওবা কয়া শাংননো চঙখিবদু। ইনে নঙসি লীকসু লীকখ্রেবু!" মসিদা ইনেসু মোমোন নোক্লগা হেক্তা খুম্মী, "লীক্তদি, পৈশাবু উদা ৰাদা পানব্রো অঙাওবী? শিকি অমখক তোংননবনি খোঙনা লাক্লিবসি।"

মতমদুদা মরোল ইখোই খোইরদুনা ইনেগা ঐগা ঙাঙনখিবদু অঙকপনি। তৌবগীবুদি অনকপা শিকিগুম্বগী পেসেঞ্জরদি কন্দক্টরনা হাপ্পীদে। হাপ্পীরবসু নোংমা ফাদোক মখোয়গী হৈনীংলুবা নুমিৎতনি। অদুবু হৈনীংবা নুমিৎতু য়াম্না তাঙঙি।

ইনেগা ঐখোয়গা খঙনখ্রিবসি মানা ঐখোয়দা লাংনূং য়োনবা লাকপদগীনি। মতমদুদা লাংনূং চামদা মখায়দনি ঐখোয়না মঙোন্দগী লৌবদু। মদুসু নূংহাপ য়াওননি। চামদা তরা নৎত্রগা তরামঙা। অদুগা ঐখোয়না অমুক মীঙোন্দা নূংহাপ য়াওদনা চামদা শিকিহুম নৎত্রগা লুপাদা থায়। ঐনা য়াম্না নোক্লীংবদি ইনেগা শেল পানবা অদুনি। ইনেদু য়াম্না কূপচে। বীনোদ লাক্লবদি লাংনূংশিংদু চামা চামা শাদোক্লুনা মদুগী তোঙান তোঙানবা পৈশা অমুক পানরিবনি নৎত্রবদি ইপেন পেঞ্জদে ইনেদু। ওন্থোক্লা চম্নসু পঙজে।

হৌজিকসু ইনেদু মখোঙনা অদুম লাংনূং য়োনবা চৎলমগনি। অদুবু হৌজিক লাংনূং চামগী মমলসিবু কয়া ওইরিদগে?

ইনেনা হায়খি, "লাংনূং শারিবনি হায়দুনা তৌরিবসি ওন্থোক্লা জন-জান ওইখ্রপোৎনি। লৈবাক্লি হায়দুনা তৌরিবসিসু অফবা লৈতান্দু নৎত্রবদি য়াবা নত্তে। শাগনি। কংহনগনি। মৈ অমুক ইক্কনি। মসিদা তেক্লিবা কায়রিবনা ময়াম অমা! তৌহৈবা থবক নত্তে। থবক লৈতবগী অদুক তৌরিবনি। তৌদবসু য়াদে।" খঙদে, থবক অদুনা মখোয়গী অমত্তা ঙাযববা চিংনবগী উপায় ওইরিদ্রা? মসিমদি হংখিদে ঐসু। নীংশিংখিদে।

মতম নাইবা থর্বক্লি; লাং থাবা মতম নৎত্রবদি কনানসু পাম্নীদে। মতমদু নৎত্রবদি কারিবু তৌনরুগদগে? হায়খিবসু লৈ --"লৌ উনবা মতমদদি মীগী লৌ লিংবা য়াওবনদুম তেন্না কৈ!" অদুবু লাংনূংদি অদুম শাই মখোয়। করিগুম্বদা পাম্নসু লৌবী, পামদনসু লৌবী। তেন্না তেংঙবসু য়াওই অদুবু তেন্নাদি খক তাঙদে। খঙদে, মতমসিগী পোৎতাঙ চৈত্রাঙসিদা মখোয়গী ফংলবা ওমাংমলদুবু মখোয়না য়ানীংলিদ্রা? চপ মান্নবা পোৎ-চৈগী মমলসিদা পৈশাগী মগুণসি কন্দা খেন্নবিবা'

নোংমা তাম্মো চাউবনা হায়খি, "ইমানা লাংনূং শাদুনা ঐবু বি এ তমহল্লিবসি নঙদি ঙক্কমগনি রাধা। অদুবু ঐদে ঙত্তে। মনমদি, মসি ইমাগী ওইবোইদবা থৌনানি। কান্নদবনি। ইমাদি অপঙবীনি।'

তাম্মোদু বি এ লোইশিল্লমদনা অদুম মাঙখ্রে। চুম্মী, ইনেগা অনা-শিকিগী কাববার অদুনা তাম্মোবু বি এ তমহনবা ওইথোক্লবনি। অদুবু মানা মাঙখ্রিবদুদি অচুম্বনি হায়নীংদে। মাবু য়ানীংদে ঐ। মহাক খঙদে, ইনেবু অপঙবীনি হায়বা ঙম্লিবা লৌশিং খরদু ইনেগী মপান্ননি হায়বসি।

মসিমসু মানা হায়খি— "রাধা নঙদি নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা পোকপনিনা পুক্সিবু

হৈনীংনা উরমগনি। নঙগী মীৎতদি অনৌবা ঙাক্তনি, অথোৎপা ঙাক্তনি। পূম্নমক অফবনি। অদুবু ঐদি অদুম্না উদে।”

করি হায়রিবনো চপ চবা ঐ খঙখিদে। করিনো অমদি হায়রি। হিংবগীরা? পুন্সিগীরা? চৈনাখোল অমদি পুরি। খাঙলি। অদুবু ঐসু হায়নীংঙি—“হিংদি হিংলিদনা নঙসু ঐসু।” হোয়, মঙোন্দগী হেন্দোক থোইদোকপা অমদি লৈরি ঐগী। ঐদি মমল য়াম্লবা ফি-রোল কয়া শেৎলি। চারি। অকে অমৌগী পোৎ-চৈ কয়াসু মমল তিংনা লৈরি। মসি হৌজিকসুনি। করিসু লৈতেবা অঙাংগী নিংঙাইদসু শেল কয়া চঙহল্লি। পৈশাবু হোঙনা চাউনা শীজিন্নরি। মসিদা ঐখোয় করিসু হন্থদে, লেম পানা অদুম কোন্নরি। অদুবু করিগী অসুক খেন্নবনো? কনানো অমনা মীচঙ মীখায়বু নাইরিব্রা? মীচঙ মীখায় নাইরগনা করি কান্নবা?

...বস য়াঙনা থৌরি। থোঙনাওদগী উই—চীং, পাৎ, তুরেল, লৌবূক, লমহাঙ—মখোয়বু ঐনা কয়ারক উখ্রবনি। ঙসিসু অদুম উরি। লৈরি ঐ মখোয়না কোয়শিল্লদুনা। অদুবু খঙদে, ঐখোয়বু হিংলিবা হায়বদুরা, হিংমিন্নরিবা হায়বদুরা।

*ফেব্রুবারি*, ১৯৯১

## মফি য়াওদবা লাই

**মচীন** মৌপ্পাদু অয়ূক অঙনবদুদা হাইফেৎ ফজরবা মৈতৈ শরেংদু পুরদুনা শুমাঙদুদা লেপ্লুই। নুপাদু মাঙ্গোলদা খবর পাদুনা লৈরম্মী। মী লাকই হায়বগী থৌশাবা মওং উদে। উনবা লাক্লিবসিদি মাবুনি।

"সার," য়াম্না ইকায় হঙ্গোইনা থাসনাননি, "ঐখোয় সারদা করিগুম্বা অমত্তা...।"

নুপাদু থোইনা থৌশাদে। হাইফেৎতি য়েংথোরকই অদুবু খবরদু অদুম পাখি।

"...সারখোয়গী হন্দক্কী ইন্টরভিয়ুদুদা ঐখোয় য়াওজবনি।"

"অদু কৈদৌরবা?" ইপৌ পৌনা নুপাদুননি। খবর অদুম পারি।

থাসনাদু মখা তাবা ঙমদে। মৌপ্পাদুগী পূকনোপতুদা নঙসু খরা হায়য়ু হায়বগী মওংদা খূনীংনা ইঙ্গিৎ তৌই। ইখং খংনা মৌপ্পাদুনা খংহায় হায়রকই, "সার ইচীন ইপ্পা ইন্টরভিয়ুদা য়াওজবনি।"

হন্দক্তি নুপাদু মখোয়দা য়েংথোরকই। পারম্বা খবরদু থূপচিল্লগা থমখি।

হংলকই, "নমিংদি করি কৌই? করি লমদগীনো?"

থাসনানা শং ওকই, "নাউরেমথোংদগীনি সার। ঐগী মিংদি থাসনা কৌজে। মাগীনা তোম্বা।"

"অদু কৈদৌরবা?"

থাসনা খজীক নোকই কিজনা অমদি নোল্লুক্লা। খাউদুদগী শরেংদু তপ্না লৌথোরকই—"মতীকপুদি চাদ্রবনি... শরেং মচা অমখক...।"

নুপাদু ফূক হৌগৎলকই অদুগা লাউরকই, "ব্রানোম্বা লাক্লিবরা হা?"

থাসনা খংপ্রেক খংভি। তঙ্খায় য়ৌনা শক্তোক্লুরবা মৈতে শরেংদু খাউ মনুংদুদা শুজিন্দুনা তাখি। মৌপ্পাদা য়েংলুই। মাসু ইথক থক্কৎতুনা লৈরম্মী।

"মদুগুম্বা ঐঙোন্দা য়ারোইকো। ব্রানোম খোৎনোম্বা য়াদে ঐদি। থুনা চৎখ্রো চৎলু।" হায়রল্লগা নুপাদু য়াম্না হৈনদে মতাগুম ইমুংদা চঙখি।

মচীন মৌপ্পাদু থবক্তা মিহুল ফাওই। তিংক তিঙক উয়ুংগুম লেপ্তুনা লৈ। তৌফম খঙদে। ইমুংগী মী অমত্তা থোরক্তে, মী অমত্তা লৈত্রবগুম চেক মোক লাউদে। ঙহাক লেপ্তুনা লৈরল্লগা শরেংদু মাঙ্গোলদুদা থনল্লগা মচীন মৌপ্পাদু ইতূক তূকংনা অদুম থোরক্লে। চৎনা চৎনা তুং ওন্না যেংলুই, কনাসু উদে। শিন্নফম য়াওদনা থম্বীবল্লবা শরেংদু মখয়াং ইশাং শাংবমখৈ ইখি খিগৎলদুনা অদুম লৈহৌই।

"ইচে, মসিগী নুপাসিদা ব্রানোল্লগা থবক তৌগদবগী শক্তক পুংস চুপ্পা থবক তৌজবরোই। শক য়াম্না নুংশিখিদ্রে!"

নুংশিদবদি থাসনাসু খম থেংঙি। ব্রানোম্বা য়াদে হায়বগা নাত্তে। মদুগী ওইরবদি ব্রানোমলুরিবা মখোয়নদুম লাল্লবনি। অদুবু মতৌদু হাকমল্লি; ব্রানোম্বা য়াবু য়ারবসু য়াবু য়াদ্রবসু ফজনা হায়নবগা লোইরে, শরেং মচা অমনা ব্রানোম্ববু ব্রানোম্বলা? অদুগা থাসনানা অমুক্কা হেন্না শাউনীংলিবনা ইমুংগী মী অমত্তা থোরক্তবা অদুনি। করি মতৌবু কৌবনো খঙদে। শরেং হৈনদবা মী ইরে লৈতবনি, অদুগীসু মখক্তা শরেংদু মীতেগীনি। অদুবু ওন্থোক্লা তোন্না লৈহৌই শরেংদু। খঙদে কনানবু লৌশিল্লমগনবা।

নুমিৎ খরা হৌখ্রে। থাসনা অমুক্তংদি চৎসিরা খল্লি, য়ামদ্রবদা শরেংগী মহাওদসু হংলুনি। অদুবু মৌপ্পাদুদি অমুক হন্না চৎনীংদ্রে। থাসনানা খেমজিল্লি—"হৈনদে হায়দুনা য়াব্রা? পাৎলিঙৈদদি হয়িংদফাওবা নোঙ্গৌ হায়বা লৈবনি। ঐখোয়নদা খঙনা চৎসি, মাসু পঙহায় মহায় য়াব্রা। অদুবু করিমত্তা পুদনা চৎসি হং দক্তি।"

অমুক হন্না চৎলে মচীন মৌপ্পা মশা ঙাক্তা অযুক্লি। শুমাঙদা মাঙ্গোলদা কনাসু লৈরমদে। চাউরবা যুম অদু ইচীক চীকই। হেক কৌরসিরা হায়বসু হঙ্গোইবা পোকই। ঙহাক তৌফম খঙদনা লৈরিঙৈদা নুপী অমা থোরকই। নুপাদুগী নুপীরা খঙদে।

"কনা...?" নুপীদুনি।

"সার অমুক্তা...।"

"নোংমা লাক্লম্মী, ঙা পুরক্লম্মী হায়বদু ইবেম্মখোয়রা?"

"অহোয়।...সারবু?"

"লৈ লৈ কাখৎলকউ। অৱাং থংবা কা অসিদা ঙহাক ফমদুনা ঙাইরো।"

থাসনা নোকফেৎ তৌই। মৌপ্পাদা ইঙ্গিৎনা তাকইঃ পাউ ফাওনরিবসি খঙলেদনা। শরেংগী মহাও খঙলিপোৎনি। চিংনদনা মাঙ্গোল কাখৎলি। চঙশিন্দুনা মী ঙাইফম কাগী সোফাদুদা ফম্মী। নুপীদুদি অদুম চঙখ্রে। থাসনানা খলহৌই—ইমুংসিগী মীশিংসিবু ঙহাক ৱারী ৱাতাইগা শান্নবা হৈনদবা জাৎলা?

কা অদু নীংথিনা চাউই। তরু তরুই, তনাল তনাল্লি। মমল য়াম্লবা লৈতেংগী পোৎ কয়া মফম চানা লৈরি। অঙকপা অমগা লোয়ননা য়েংলি থাসনা। খঙহৌদনা মায়োক্লবা ফক্লাংদা থেৎলিবা লাইদু উরুবদা তু খ্যা ও চুংঙি থাসনা। ইকোক কোকপা নুপীগী শক্তম্লি। নোকফেৎসু তৌরি। শন শারিৱ্রা, কুল্লিৱ্রা লৈরিবা মওংদু হায়ফম খঙদে। মশমদু জ্বায় জ্বায় ওয়থংবা লেংজুমদা পূল্লপ হৈথরি। মমায় ঙাঙঙি থাসনা মায়োক্লবা ঙমদে, হৈনদে। কাচিন্দা নুপীগী মূর্ত্তি অমসু লৈরি। মদুসু নুডনি। পঙখোৎতা খোৎচিনবা মানবা পঙতৈদা তৈশিনবা মানবা লাই কয়াসু থেৎলি। মদুসু য়েংবা হৈনদে, হৈতে। শো বোক্স মথক্তা লৈরিবা ফ্লৱার বেজ অদুদি য়াম্না ফজে। লৈশক খঙদ্রবসু হৌজিক্তা হেক্লগা হাপচিনবগুম তদেক তদেকই তনৌ তনৌই। অদুবু মায়োক্লবগী লাই অদুমদি থাসনা ওম্লোক্লা হৈনখিদ্রে। খল্লি—শক্তাসিনসু নোকফেৎকা তৌজ শারিয়ে। কনানবু শেম্বা কলা ওইরিগবা? করি পাউবু চেল্লিগবা? মৌপ্পাদা য়েংলুই। মাসু লাইদুবু য়েংদুনা লৈরম্মী। মাদি করি খল্লিবনো খঙদে।

ঙহাক লৈরগা নুপাদু ফুরিৎকী কুদাম পানশিন পানশিন্দুনা চঙলকই। ফিগা থাদবনা মথবাক্কী তুশিংদু ময়েক শেংনা উই। মচীন মৌপ্পা ফুক হৌগৎলি।

হংলকই, "কৈদৌরে? করি হায়নীংঙি?"

"ইন্টরভিয়ু কৈদৌঙৈ হায়দোক্কদগে সার?"

"খঙদ্রি। কুইদি কুইররোই। নোটিশ থোক্ককনি নখোয়গী ইন্টরভিয়ু লৌফমদুগী

নোটিশ বোর্ডতা, খঙলব্রা? মদুদা য়েংঙু।"

"মী কয়া য়াম্বগে?"

"য়াম্মী, চহুম হেল্লি। চৎলো, ঐখোয় কন্না খন্নরি।" হায়রল্লগা নুপাদু থুনা য়াঙনা চঙখ্রে।

অমুক হন্না ফমথরুদ্রে মচীন মৌপ্পাদু অদুম থোরক্লে। খল্লুবগা পুরা ওন্ন-তৈনৈ। অদুবু শুমাঙদগীদি হল্লক্লে, ইমুং ফাওবদি চঙলক্লে---থাসনানা খল্লি।

"ঐদি চৎকুমসি হায়দুনি।" মৌপ্পাদুনা শাউনীংনা হায়রকই, "মফৃরিৎকী কৃদামদুবু পানশিল্লগা থোরকপা শংদ্রবজাৎলা? কয়াম থবক চিল্লবজাৎনো" মবৃক অনোয়বদু উৎলগা করি ফজরদুনা।"

হায়রিবসি করিনো হায়বা থাসনাসু খঙ্‌ঙি। অদুবু হায়রকই, "কৈদৌএগেদা।" ঙহাক লৈরগা তপ্পা অমুক হায়রকই, "মিনুংশিনা হায়জ চৎচদুনা করিসু কান্নরোই, মীওং অমনি।"

"এঃ অদুদি য়াম্না ফবা ব্রানিনে! ঐখোয়না ব্রবিবদি শেঙ্গা থুমজা তৌরমগদ্রা হায়বগী ব্রানি। নিয়ম চুম্না তৌনি হায়ববদি লাইবক ফবনি।"

লাইবক ফবনি, থাসনাসু খল্লি। অদুবু মতমসিদা শেঙ্গা থুমজা তৌরল্লোই হায়বসিসু হেক থাজবা ঙমদে। তৌরবসু করিদি তৌনা, মী খ্বাইদৌনা ব্রানোম্লসু ঙম্লোই। ব্রারী ব্রাতাই শাজদুনা, হায়জ চৎচদুনা লৈতে-লায়রা ইমুং মনুংগী অরাবদা মিনুংশি ফাওবিগদ্রা খল্লুবনি। অদুবু মিনুংশি পোক্তুবসু নিয়ম চুম্নদি তৌবা ওইসনু। লম্নি চৎনা চৎনা থাসনানা মবৃক্তা নীংজে।

থাসনাগী য়াম্না নীংঙমদবা অমা লৈ। মদু মাগী লুহোংবদুনি। মাগী লুহোংবদা চঙখ্রিবা শেল অদুনা মারা মৌপ্পারা অমা থবক তৌজরল্লবদি কয়াদা ফরমগবনো। মমানদি তপ্পা লুহোংনবা কযারক হায়খিবনি। চেল্লুববী মচাদা মমানা পীখ্রিবা ইঙ্গিৎ অদু মতম অদুদা মশাগী মমিদা অঙকপা পোকচরিবা থাসনানা খঙলুবা ঙমখিদে। মাগী অনৌবা পুন্সি, অনৌবা লাইবক অদুদা কয়া হেক থাজখি। থম্মোয়না ঙমদুনা চৎখি। হল্লকপী ওইরবা মতমসিদতা খঙলকখিবনি ---থম্মোয় হায়বসিদি ব্রাখল খন্দে।

মমানা তত্তনা হায়, "নখোয় নমা লুখ্রাবী ঐঙোন্দা পেন্থোক্কনু।"

থাসনা পূম্নমক খঙ্‌ঙি। লুখ্রাবী মমানা ঙা য়োন্দুনা মখোয়বু বি এ য়ৌনা তমহল্লকপা তরায়বা নত্তে। ফনেক মপাল খরা লোল্লাগা মমাগী মতেং পাংলিবনি হায়দুনা তৌরিবদুদি অদুক তৌরিবা হায়বদুনি থবক ওইনা থারুবা য়াবা নত্তে। নোংমা

নোংমগী ইমুংগী ফীভমদি শোকচিল্লকই। অদুগা লাইরিক লাইশু হৈরবা মচীন মৌপ্পানা ইচাউ চাউনা করিসু তৌদনা লৈরি। হল্লকপী ওইরবা থাসনাদি হেন্না ইকায় নুংশি য়াল্লে। তূমিন্না লৈথোকপা ঙমদে মহাক। চেনবা য়াবা চেল্লি, হোৎনবা য়াবা হোৎনৈ অদুবু শেলদা হেক্তা লৈরম্মী। শেলগী থৌনা নত্তনা অতে থৌনা অমত্তা চন্নদে। মসিদসু অমুক লৈরি সঙ্গ, খণ্ডন-চান্নবা। খল্লু-খল্লুরগা মখোঙ মখূৎ শৎ তিংথোক্তুনা কপ্পীংঙি থাসনা। কপ্পীংঙি।

নুপাদুগীদা অমুক হন্না চৎকে খল্লুদ্রে। থা অনী হেনখ্রে। ইন্টরভিয়ু হায়দোকপগী পাউ তাদে। করি তৌগ্রবা খঙদে। অসুম্না সুম লৈখিবসু কয়ানি।

খরনিগী তুংদনি—

"ইচে, নুপাদু শেল য়াম্না চায় হায়দা। ইচে ইবেচাগীসু লীশীং কুল্ত্রা পীগ্রে হায়।"

"নচে ইবেচানবু হায়ব্রনে?"

"তোম্বনা হায়রকপনি। মী অতৈনা পীনবদগী পীরুবনি হায়।"

"নুপাদুনবু লৌরমগদ্রো?"

"করিনো হৌজিক্কী মতমদবো, ময়ূম মকৈদু য়েংঙু!"

থাসনা মখা হংলুদ্রে। খল্লি—শেল চারবা? মাবু ব্বানোমম্বা য়াদে হায়বদাইনে অদুগা শেল চারবা!

হন্দক মরক থাসনা তূম্ফম চাফম ইখঙ খঙদে। তূমিন্না লৈরুবা মাগী পূক্লিংনি, তূমিন্না লৈরগেসু খল্লবনি অদুবু য়াদে মঙন মঙন খল্লকই। নুপাদুতবু উই। মাতবু খল্লি। মানা ঙাঙলকখিবদু, চৈরকখিবদু—মদু মাগী অচুম্বরা খল্লুই চিংনবা কয়া লৈদুনসু। অদুগা অসুক মনুং মপান নাইবা মতৌদুদি খাঙবা ঙমদে থাসনা। অমুকসু খন্দোকই—করিবু তৌই হায়বগে। মনুং মপান নাইবা নাইদবা চপ মান্নে; ঐখোয়দবু করি খেন্নরিবগে। অদুবু য়াদে হেক্তা খল্লি। ইশেং-শেংনা শেল পীয়ু হায়রক্লবসু শেল পীবা ঙল্লোই। পীবা ঙমদবদগী সি য়ৌরিবনি। ইমুং অসিদা য়ূম ইথ্খোলসি নত্তনা লীশীং কুল্ত্রা ফংবা য়াবা অরং-অরাক অমত্তা লৈতে। মসিসু থাসনা খঙি। মসিদা করিগী নুপাদুবু অসুক ব্বারৌকরিবা? খঙদে থাসনা হায়ফম খঙদে। অদুবু নুপাদুগী মতৌদুদি য়ানীংদে, য়াম্না য়ানীংদে। ওফিসার কয়া উনখ্রে, মীওই কয়া থেংনখ্রে অদুবু অসুক তৌশিন্নবা মীদি থেংনখিদ্রি। খাঙবা ঙমদে থাসনা। য়াম্না য়ানীংদে।

নুপাদুগীদা অমুক্তং চৎনীংলকই; থবক অদু তৌদ্রবসু নুপাদুদা করিনো অমদি তৌনীংঙি। মতম কুইনদগী লৈরক্লবা শেল পীজবা ঙমদদুনা থবক ফংলক্তবগী

শাউনীংবা কয়াদু খোমজিল্লকই। থোইদোক্লা নুপা অদুবু শীংনরকই। মাগী মনুং মপান নাইবা মরমচৎ অদু পায়দুনা শান্নগে খল্লকই। শান্নবা হায়বসি নুংঙাইবা থবক্লি ব্রাজরবসু। অদুবু অফ-ফত্তগী ব্রাদি খল্লুদে থাসনা। মঙোন্দা মকম্থীনা মরল ফোইদৎচবগী মচিং অমা লৈ। অদুগা অরেম্বদা মশিংখা ফৃদোকপগী মিহুল অমসু লৈ। মসি থাসনাসু খঙজে—মথন্তা মাঙজবনি। অদুবু কোন্না লাকপা বুদ্ধিনি। হেক্তা কাউই।

করি তৌসিগে খল্লকই। উপায় থিরকই। নুপাদুগী ব্রাঙাঙ শাঙাঙ কয়া নীংশিংলকই। মমীৎতা উরকই তরূ তনাল্লবা ব্রাইটিং রূম, মদুদা লৈরিবা লৈতেংগী পোৎ-চৈশিং, নুডকী মূর্ত্তিশিং অদুগা মায়োক্লবা ফক্লাংগী মফি য়াওদবা লাই! নুপাদু ফৃরিৎকী কৃদাম পানশিন পানশিন্দুনা চঙলকখি। উখি—মথবাক্কী মতৃশিং, নোয়রবা মবুক; মৌপ্পানা হায়খি, "করি ফজরদনা!" মৌপ্পা নুপাদু শাউখি। নুপী অমগী মমাঙদনি, লল্লানবী নুপী অমগী মমাঙদনি। ইচম চল্লিবা হায়বদুরা? চম্বা য়াদে। ইচম চম্বা য়াদে। অদুগা মায়োক্লবা ফক্লাংগী লাই, মফি য়াওদবা লাই! মদুনা করি? মদুগী অর্থনা করি ? থাসনা মোমোন নোক্লকই। পাউখুম ফংলবগুম তৌই। উপায় ফংলবগুম তৌই। মোমোন নোক্লকই।

মশা চনবা মিংশেল মমাঙদুদা চঙলক্তুনা লেপ্লে। মাঙ-তুং লৈ-লৈদুনা য়েংঙি। মশাবু কুইনা থৌশাবিরক্তবগী মমি তারি। অদুবু চিংনদে শেম্বদা থোক্কনি। পেঞ্জবা মফম য়াওরি। মমিদুদা য়াম্না থাজনা অদুগা শীংবা অমগা লোয়ননা হায়কই—"ঙসিদি নতীক য়েংবা তাই হল্লকপী। ঙমগনিদনা?"

থাসনা মকে শেম্মী। থুংদ-নমদা পানবা চীনবান্দু অঙাঙবা মচুগী লিপষ্টিক তৈশিল্লি। খজাই অদুসু তঙাঙ-তঙাঙহল্লি। খরা কৃংলবা মমীৎতু মীৎথক্তুদা শংবান্নবা মচুগী আই শেদোনা হাইলাইট পীদুনা শেম্মী। মমীৎ অদু তরাও-তরা ওহল্লি। মশমদু ব্রাংনা পুনখৎখ্রগা লাইবক্তা থা মচেৎ মান্না মশক অমা অনীসু তাহল্লি। শাংলপ তৌবা মঙক্লি লৈ অশাংবা চিনবা পকই। সনা নত্তে হায়বগী ব্রাহং লৈতে। পিঙ্ক মচুগী শারিনি শেৎলিবদুনা। ফৃরিৎসু মচু অসিগীনি। মচু অসিগী থক্তোরকপা মঙাল মমায়দুদা তারি। মদুনা মমায় অদু তঙাঙ তঙাঙহল্লি; নুমিদাংব্রাইদা উবা মায়থোঙগুম্মী। মতমসু নুমিদাংব্রাইনি।

মকে শেম্বা লোইরদুনা থাসনা অরোইবা ওইনা অশোয়বা মফম য়াওরিব্রা হায়না মশা পূম্বা য়েংলকই। পূকী শরূক্তু খরা হেন্না থাদোকমনব্রা। অদুবু তৌগে হায়না তৌবনিনা শেম্লুদ্রে। মতম কুইনা কেরুদ্রবসু ফজফম খঙনা কেবনি মতম চঙনা,

শোয়দে। মথন্তা শোঞ্জে—"তস, কমদৌহ্!" মমিদুদা নোকশিল্লুই। মমিদুসু নোক্লকই। চৎননবা শেম শাই। বেগতু য়ানশিল্লি। মিংশেলদুদা অমুক্তা য়েংলুই। তারিবা মশাগী মমিদু মাগী নুপাগী শক্তম ওইনা উরকই। থাসনা য়ানীংদনা পীশুম শূকই। মাগী নুপাগী শক্তমদু খূদক্তা মাঙখি। কায়নশ্রবনি মহাক। কদোমদগী খল্লুরিবা ব্রাখলনো! কুইথরুদ্রে খূদক্তা থোরক্লে।

"কদায়দনো ইচে?" মৌপ্পানা হংহৌই।

খুমখি, "বাজারদা।" অশেংবা পাউখুম নত্তে। মৌপ্পাদা খঙহন্নীংদে। অদুনা হৌদবনি, "থেঙলকপা য়াই।" অদুম থোরক্লে।

নুপাদু হল্লক্লমদ্রি মানা থুংলুবা মতমদুদা। নহালমুক কৌশিন্দুনা ফমহনখিবা নুপীদুনা হান্নগুম কৌশিন্দুনা ঙাইহল্লি। অদুগা হান্নগুম ব্রাহং পাউহংলম্বা তৌদনা চৎখি। থাসনা করিসু খল্লুদ্রে।

অয়েকপা লাইদু উবদা থাসনা মমায় ঙাঙদ্রে। থোইনদুম মূর্ত্তিশিং অদুসু য়াম্না কূপশিন্না য়েংশিল্লুই। নুডকী ফজবা খঙদ্রবসু য়েংবদা নুংঙাইবা অমদি ফাওই। কলা হায়বদু ওইবা তাই। চপ চাবদি খঙদে। অদুবু পোৎ অমবু খঙবা হায়বসি মাবু মায়োক্লবা ঙস্বগী চাংদা লৈ হায়বসিমদি খঙলে। ফ্রবার বেজ অদু হান্না উখিবদুনি। য়াওরিবা লৈশিং অদু তদেক-তদেক তনৌ-তনৌই; হান্নগী লৈশ ক্রুমক্লি। নৌনা শেম্বদা অসুক মান্নফম থোক্তে। চঙশিন্দুনা য়েংলুই। ওন্থোকপনি। ফিনা শাবা খূৎশেমগী লৈ! কয়াদা অওইবা মাল্লিবা! লৈনমদনি য়াওদ্রিবা। মঙোন্দদি অনৌবা পারা অমনি—মীৎয়েংদা কুইনা হিংববু ঙম্লবদি লৈনম য়াওদ্রবসু কায়দে। কৈদৌরুনি লৈনম য়াওরগা থুনা লৈমন চল্লুদুনা। ফিনা শাবা খূৎশেমগী লৈ মতমসির্দদি নঙনা চুম্মী। নঙনা চুম্মী।

পূংখায়মুক হৌখি। খল্লি—করিনা ব্রাহৌদোক ওইগনি ? মায়থীদুনা হল্লক্লগদ্রা? মায়োক্লবগী লাই অদুদা হংঙি—নঙদি বা ঙাঙদে। ব্রাহংসু হংদে, পাউখুমসু পীদে। অয়েংবশিংনতা ব্রা ঙাঙজবা নৎত্রা? নঙদি ইঙ্গিৎতমক তৌবনি। মথন্তা অমুক খল্লি—অদুদি ঐসু ব্রা ঙাঙফম থোক্তে। ঐ ইশাসু ঙসিদি মাগী মফমদা কলানি, ইঙ্গিৎ অমনি। করিগুম্বা ইঙ্গিৎ অসিবু খঙবীদ্রদি? অদু ওইরবদি ঐ মায়থীরে কান্নদ্রবা কলা ওইরে। অদুবু মায়থীরোই শোয়দনা খঙগনি। মশানা মরোল চুমজরক্লনি। নৎত্রবদি মশানা পামজনা থেৎচরিবা লাই অসিদা মীনমজবনি। ঐসিবু ইশক থীবরনে?

ফনা কুইনা ঙাইরবা তুংদা নুপা অদু লাকই। তহা তহা ইমুংদা চঙখি। থাসনাদা

য়েংলমদে। থাসনাসু খঙঙি মাবু উখিদে হায়বা। য়াম্না চীং লেম্না ফম্মী। মশাদা অফা অপুন য়াওদে।

ঙহাক লৈরগা নুপাদু থোঙজিন্দা লেপ্লে। থাসনা হৌগৎতুনা ইকায় খুম্নবা হাইফেৎ উৎলি। নুপাদু চঙলক্কে মমীৎ কৃপ্তুবমখৈ মাবু য়েংলি। থাসনা অদুম লেপ্লি। থাসনা ফম্বা ঙমদবা নত্তে নুপাদুনা মাবু খোঙদগী তোন ফাওবা য়েংলি হায়বা মহাক খঙঙি। অদুবু মদু খঙশিন্নদে; চাংয়েং অমা মায় পাক্নে খন্না হেন্নদুম হরাওই। খল্লি— "অদুনিদনা। অদুম্না নরোল চুম্মু। তৌশিন্ননু।" নোকফেৎ তৌই থাসনা অয়েকপা লাইনা নোকপগুম। জ্ঞান তানা ফমথৈ চিংদনা।

"চিঠি ফংলব্রা?" নুপাদুনা হংলকই।

"চিঠি!" খরা ঙক্না থোকই থাসনা। অদুবু উৎথোক্কে, "করিগী চিঠিনো সার?"

পীশুমদু হাইফেৎ শূকখি নুপাদু। হায়রকই, "ইন্টরভিয়ুগী হায়রুরবদি নখোয়নীমক খনবা য়াবনি। অদুবু নখোয় অনীমক ইমুং অমত্তদগী ওইবনিনা অমখক খনবা তাই। অমদুনা অতোপ্পদা খুদোংচাবা পীরগে।"

মশা পূম্বা স্বায় লাউই থাসনা। মঙগুম্না থোকই। মঙলা খল্লি।

"নখোয়গী মরক্তসু কনা ওইহল্লগা ফগদগে খল্ল।" নুপাদুনা হায়রকই, "মসিগী মরমদা ঐনা তোঁঙান্না ইখিবা চিঠিনি। ফরে চৎলো মুন্না খন্নরু। থুনা পাউ পীরক্কদবনি, নোটিশ থোকপা য়াদদুনা লৈরবনি।"

অসি হায়রম্লগা নুপাদু চঙখ্রে। থাসনাদি অদুম ফমহৌরি। মহাক মঙলাক্লু বগুম্লে। অদুবু কুইনা ফম্বদি ঙমদ্রে। মশা খঙজদনা নোম্বরুরবা মকোক্তু তপ্না হাইগৎলকই। মমীৎ অদু ঈরা চেল্লি, নুংঙাইবগীরা খঙদে। তপ্না হৌগৎলকই থাসনা। অরোইবা ওইনা মায়োক্লবগী মোমোন নোক্লিবা লাইদুদা য়েংলকই। অদুগা হায়রকই, "নোকপা য়াই। নঙদি নোকপা য়াই।"

*আগষ্ট, ১৯৯১*

## চাকখূম ৱারী

**ওফিস** কাবা থোকখিবা মেধানা তরুন হঞ্জিল্লক্লগা ঙহাক ঈথক থক্লৎনা লেপ্পুনা লৈবা অদুদগী মহাক্কী কাদা অমুক হোবে-হোবে চঙখিবা..., পুম্নমক ৱাই শীৎলিবা মচে সুমতিনা উই। শুমচিং থনম্লগা মনাওগী কাদা চঙলকই। কনাগুম্বা অমা চঙলকপগী শন্থমদুদা মেধাদু খজিক থকচান্নে। মচে ওইরম্বদুদা স্বর অমা হোন্থখি।

"কৈদৌরে?" সুমতিনা হংলকই।

"কৈস্য তৌদে।" ইয়াং য়াংনা খুমদোরকই, "ঘড়ী কাউরিবা!"

"অদুবু হায়রকপা য়াদ্রো? অঙাওবীসিদি হঞ্জিল্লকপদু ফত্তেনে।"

"ইচে শারি মচীনসি অমুক্তা..."

"ঙাইখো, শুমচিং পায়রুবগী খূৎ হামদ্রি। লৈরমখো খূৎ হামলুখিগে।" সুমতি থোকখি।

থংনবা মতৈগী কাদা ৱারী শানবা অমা তায়। থংনবা কাদুদগী মতৈনা হায়রকই, "কনা লৈ, চা শেম্লকউ।"

"ইচে ইতৈনা চা শেল্লকউ হায়রি। মী লাকমাল্লে।" হায়রল্লগা মেধাদু হোবে-হোবে থোকখি।

"নঙগীস শারি হায়বদুদি?"

"য়ারনি।" পল্থরমদ্রে, থোঙ্গাল লানখ্রে।

"ওন্থোক্লসু ফিংখ্রেদা!" সুমতিনা শোলহৌই।

নুমিৎসিগী নুমিদাংনি। মেধা চাক থোংবা চঙলকই। মচে সুমতি ঙা শেমদুনা লৈরম্মী।

"ইচে ঙা থোং' তারব্রা?"

"উম। ঙসাই কৎলল্লিবনি।"

"ঐদি হৈতেকো ইচে। নহালমুক্কী থৌদৌদু তানি। ইচে নঙ থোংগে থোংঙু নৎত্রগা তাকউ।"

"থোংঙু। মরাইনা হৈজরকচনি। ঐ তাক্কে।"

"নহালমুক্কীদু ননাও'পানা ঙাঙবদা—ইতৈগী মমাঙদা হন্দক্কী পূজারীসিদি লক্ষ্মীনি হায়রকপদো ইসঃ চীং—ইলেক্ট্রিকনা চিংবগুম্মী! নুমিত্তো ইতৈ ইবুংঙোদু ঙাঙদ্রা ইচে?"

নোক্লগা খুল্লকই, "অঙাওবীসিদি!"

"ঐদি ইকায়বনা, লাকপগা কুইদ্রিবা ওইরে। ঐনা লাক্লিবসি চহী ফাবব্রা? ফাদ্রিমাল্লেদা।"

"ফাদ্রি।" ঙহাক খল্লগা সুমতিনা খুল্লকপনি। অদুদগী খংনীং নীংশিংলকপ গুম খংহায় হায়রকই, "ঐদি কাউরেদনা! শিংজু থম্বীরম্বনি তেবল মথক্তা, থেংনরবরা? ঙসাই গীতাখোয়না শুরম্বনি।"

"থেংনরে। চাদ্রি। হোরেল চাক্কা চারসি।" মচেনা 'ঙসাই' পল্লকপদুদা মাসু খংনীং নীংশিংলকপগুম খংহায় হায়রকই, "ইচে, ঙসাই অয়ুক্ত ওন্থোকপা থৌদৌনিহে!"

"কৈদৌরগে?"

"ঐনা ঘড়ী কাউরম্লে হায়দুনা চঙলকপদু ঘড়ী কাউরম্বা নত্তে।"

"ঐসু ফিংমল্লি খল্লিনে।"

মেধাদু ইফিং ফিংঙি, "করি হায়না খল্লিবা ইচে?"

সুমতিদু খুম্ফম খঙদে। খুম্ফম খঙদনা খুল্লকই, "খঙদেদা।"

“হুম! কৈনোম খল্লমগনি। খল্লিসু হায়খি। অশেংবনি ইচে ঐনা অদুম্মা চঙলকপদু কৈগী মাল্লি?”

“ওন্থোকপনিদকো!” সুমতি ইঙাও ঙাওরে, “করিনো হায়নীংলিবদু কোক মহায়য়ু।”

“হায়ববুদি হায়গেবা, অদুদা ইচেনা খল্লিবদুগা মান্নবা য়েংগে তৌবনি। ইচেবু করি খনবগে?”

“করিবুদি খল্লুনি, নয়ূমনিদনা। চুম্মা ফিংমল্লি হায়বগী ৱানি। অদুদা নঙনা হেন্না লুহনবসিদা ঐদি ভাবসু তাদ্রে!”

“ঐনা হেন্না লুহনবা?”

“অদু ঙসাইদু কৈদৌখ্রবগে? কম তু দি পোইন্ট।”

“হেরা কৈসু নত্তে।” মেধাদু নোকফেৎ তৌই। হেক হায়দোকপসু ঙমদে। মথন্তা ঈরাং তৌবা তারদ্রা অমুকসু খঞ্জে। মচেদা য়েংলুই, ঙা কন্না শেল্লি। লূকথদুনা লৈ। ঙা শেম্বদা হেন্না পূক্লিং চঙবা মাল্লি। মেধানা য়াম্না তন্না হায়রকই, “কৈসু নত্তেদা ইচে।”

“নত্তে, নঙগীসিবু হায়রোইদৌরিজাৎলা?”

“কান্নবা নত্তেদা।”

“অদু ওইরবসু।” সুমতি ঙা শেম্বা লেপ্পী। “মদুই ৱারী খুহৌদোক্তুনি য়াম্না শাউনীংলিবসি। হায়রকউ নৎত্রবদি ঙা থোংবা দায় লৈতে।”

মেধা তূমিন লৈ।

“নুংঙাইত্রবদি হায়রনুদা।” সুমতিনা ইতপ তপ্পা হায়রকপনি। ফাগি ওইনা মখা তারকই, “নঙনা নতে ইবুংঙোগা ঐগগী তোঙানবা পুন্সি ৱারী নোংমতা হংদে। ঐনসু লীদে।”

“ইচেসিমা।” অসি হায়রগা মেধা নোকই। চেপথ-চেপথা মী কোইযেং য়েংলগা তপ্পা হায়রকই, “হেরা, ঙসাইদো থোঙ্গাল হেক কান্থোক্কে তৌবদা কদায়দৈনো ঐবু হান্না কোয়রম্বা অমা লৈরম্বগী ৱানিসে। মানদি ঐবু উরম্লোই। ঐ ইমুংদা অমুক চঙলক্তুনা ঙহাক লেপ্লে। অদুদসু ইমুংদা চঙলক্লবগী ৱানি। অদুদগীদি ঐগী কাদা ঐ অদুম চঙলে। অদুদা ঐনা হায়রিবনা মীগী যূমদা হেক্তা চঙলক্লিবদুবু...”

“অদুই নুপাদু ওইরে! অহুম মরিরক শুরে লাকইবা। নতে ইবুংঙো উনবা লাকপনি। ঙা’সি মানা পীরম্লিবনি। মমিংদি করি কৌই?”

"কেশো।"

"মবুক মপাউগাদি ফরমগদবা মাল্লি। ফব্রা?"

"কনানা খঙবনো?"

"ইবুংঙোদি খঙব্রা?"

"খঙদে খঙলমগদ্রা? খঙলম্লোইদ্রা?"

"মানদি নঙ'সিদা লৈ খঙব্রা?"

"খঙলম্লোই।"

"মহাক লাকপা খুদিংগী নঙবু লোৎপা তারিব্রা?"

"কৈদৌবে লোৎচরুনি। ইকায়দুনা তৌবনি। নোংমা থেংনবা নুমিত্তা ঐগী য়ুমনি কোক হায়রা লোইরদুবু।"

"নঙনদি লানখিদেদনা?"

"লানবা লান্দবা চহী মঙাবু শুরব্রা খঙদে তোক্লখিবা।"

"নঙগী ব্রাতাদু লাল্লুবা মাল্লি।"

"খজিক্তনিদা ইচে।" মেধাদু থিক-থিক নোকই।

"অদু খজিক্তংদুনা নঙবু কয়াদা ইকায়হনবগে য়েংঙু।"

"অদুবুদি চুম্মী। অদুবু ইচে লানবা লান্দবা থেংনবদদি অদুম ইকায়দা।"

"নুপী হায়বসিদি অদু ঙাক্তনি। মীৎ খরা য়াম্লুবশিংদি য়াম্লা ব্রাবজাৎনি। ঐসু নোংমা নতে ইবুংঙোগা বাজারদা চৎমিন্নরিঙৈদা অমখক থেংনববু স্বায় লাউই। মায়গসি থম্ফম খঙদে।"

"ইচে নঙসু অমদে হেনবজাৎ ওইরে?" শিথ-শিথ নোকচে মেধাদু।

"কনাই অমত্তনো, নিপালনি নিপাল।"

"কনাই নিপাল।" থোঙজিন্দগী লাউরকই।

খংফম চানা লৈরম্বগী মথক্তা হেন্না খংঙি সুমতিগা মেধাগদু। পূন্না খংলাউ লাউরকই, "হা-হৈমা!"

সুরেন্দ্রদু নোক্লগা চঙলকই।

"মথোং চাখিদ্রে ইবুংঙো নঙসিমা।" হৈ-শিংনা সুমতিননি, "খংবদগী ব্রাম্বা য়াওরিবনি ঙাওশিন্ননু। ঐবুদি ফরে, মেধাসি ব্রাম্বগ্রো হৌগৎলকপদা তাইবংপান শেবাৎনরো অদু ওইরবদি নঙ..."

"হেরা ইতৈমা, অমুক-অমুকসু খংদোক্কদবনি। চেন চোংদুনা এক্সরসাইজ কয়া

তৌদুনসু য়ৌঙমদবা হকচাংগী কয়াৎ কয়া লৈরিবনি। মদু খংহনবগী এক্সরসাইজসিনা য়ৌহল্লিবনি। ইতৈমবু মীৎশিং নাশিংদ্রো হৌজিকপু? কমদৌগে?"

"চৎলো ইবুংঙো নঙগী এক্সরসাইজসিনা মীৎশিং-নাশিংগদবগী শরূক অদুম পঙশিঞ্জরগে।"

"খংল-খংলগা ফরকদবনি ইতৈমা, খংল-খংলগা।" মেধাদা য়েংলগা, "নঙদি কমদৌই?"

মেধা পৈথোক্তুনা লৈ।

"লক্ষ্মীনা থোংগদৌরিব্রা ঙাসিবু?"

"নখূৎ চীকহনগে য়েংঙু।" মেধাননি।

"ফৈ, ইতৈমা নঙ য়াওরুনু।" মেধাগী মনাক্তা চঙশিল্লগা তপ্পপ হায়রকই, "হোরেল নখূৎলা ইখূৎলা অমদি শোয়দ্রেদনা।"

মচে সুমতি উহন্দনা শুগৎলকই মেধাদু। করি করিনো খরসু সুরেন্দ্রদা মমীৎ মনা য়াওনা হায়রি। সুরেন্দ্র প্রপ-প্রপ থোকখ্রে।

"মতুম নিপাল হাপচৌনে ঐবুদি নিপালদা খংবিরোই।" সুরেন্দ্রনা থোঙ্গালদগী হায়রম্মী।

মেধাদু তপ্না ফমথে। নাশোন পীক্লা হায়রকই, "ইচে তারমগদ্রা?"

"ভূমিন লৈয়ুহে!" সুমতিনসু নাশোন পীক্লনি।



নোংমদি মথন্তা কেকু লোৎচরম্বা মেধাদু অর্থ থোক্তে নৎত্রগা মরম চাদে খল্লব্রা মপৃক্লিংগী ফিরেপতু থুগায়জরে; অমুক লোৎপা তৌদ্রে। কেশোবু হান্না উখ্রবনি, উশিন্নদবা য়াদ্রে। ময়ূমনিনা মেধানা হান্না হায়রুই, "ইতে ইবুংঙো লৈহৌবনি লেঙশিনবীয়ু।" শাংথরমদ্রে। প্রপ-প্রপ থোকখ্রে। হন্না অমুক্তং য়েংথোক্লুই। কেশোনসু য়েংদুনা লৈরম্মী। ইঙক ঙক্লা।

"ইতে ইবুঙো লৈহৌবনি...।" লম্বী চৎনা-চৎনা মেধানা খল্লি। নুপীগী পূকচেল অমা; নূং ওনখিবা থম্মোয় নত্তে। থম্মোয়গী মরীদি মীনম্বা য়াদে। উননীংদবগী, থেংননীংদবগী মওং অমদি উৎখি মেধানা। মদু ইকায়বনি। মসি হৌনৈ। মপালগী শক্তমনি। অদু নৎত্রগবু মাগীদমক করিগী ব্বাই চিঞ্জরুনি? কেশোনা খঙফম থোকই—মদুদি, মাবু মেধানা হান্না উখ্রে অদুগা মানা উনবা লাক্লিবসি কনাবুনো হায়বা মেধানা লোইনা খঙলে। অদুবু ইকায়বনা মরম ওইরদুনা মাবু হরাও হরাও কৌশিনবা

ঙমজদ্রে। হায়রিবসি মেধাগী ৱাঙাঙদগী অদুম খঙলবনি। অদুনা মতাং অসিগী নুপীগী ইকায়বা কেশোনা করিগী খঙলোই। মেধানা খঙহন্নীংলিবসু মদুমক্নি। "ইতে ইবুংঙো লৈহৌবনি লেঙশিনবীয়ু।" লম্বী চৎনা চৎনা মেধা নোকমিরম্মী।

নুমিৎতুদি মেধা ওফিস চত্তে। বেঙ্ককী ছুটিনি। শুমাঙদুদা ফি ময়াম অমা পুথোক্তুনা শূরি। তাঙ্গাসিদা কেশোদু হেক লাকই। মেধা উই। অদুবু উশিন্নদে।

কেশোদু শুমাঙদুদা ঙহাক লেপ্তুনা লৈরুরগা হায়রকই, "সার লেঙথোকখ্রবরা?"

মমায় তপ্না লৈথোরকই মেধা। খুম্লকই, "খঙদে। অমুক্তা য়েংজরুখিদে।" ইমুংদা চঙনীংবগী তাঞ্জা অদু ফংলদুনা ফূক হৌগৎলকই। থোঙ্গাল য়ৌরমদাইদুদা সুরেন্দ্রনা নাম্মা থিংজিল্লিবা থোঙদু হাংদোক্লগা কেশোবু কৌশিনখি।

"য়ানি লেঙশিনবীরকউ।"

পম্বা তৌদনা কেশো চঙশিনখি। মেধাদু তন্না হঞ্জিন্দুনা ফি অমুক শূখি। সুরেন্দ্রনা মানা লীৎলিবা মোজাফূরিৎতু শূদোকউ হায়বগী মওংদা লৌথোক্লগা লংশিল্লকই। ফূরিৎতু লৌশিন্নবা লৈথোরকপদা মেধানা উই, ৱাইটিং রূমদা ফম্লিবা কেশোবু মাগী নুপা সুরেন্দ্রনা য়েংদুনা লৈরম্বদু।

মতৈ ইবুংঙো উনবা লাকপনি কেশো। মেধা খঙঙি। অদুবু মরমদি খঙদে। নোংমা সুরেন্দ্রনা খঙহল্লম্বা নুমিৎতুদা চোংখিবা মিহুল অদুগী মনিল হৌজিকসু মেধাদা লৈরি। মখা তানা কেশোগী মরমদা মচে সুমত্তিদা হায়রুদ্রে, হংলুদ্রে। মচেনসু হায়রক্তে, হংলক্তে। অদুবু মেধা তূমিন্না লৈথোকপদি ঙমদে।

ফি শূনা-শূনা মেধাগী পূক্লিং খিত্তং চোইথোকপগুম তৌই। নমদুনা হৌখ্রবা কেশো অমদি মাগী পুম্সি মতেক খরা ৱাউরি শারি নীংশিংলকই। পৃথিবীসি হন্না লৈথোরকই। থজিনগী মিহুল কন্না কাঙলকই। হৌখ্রবা পুম্সি মতেক অমনা মেধাদা হংলকই, "কেশোসি কনানো?" পৃথিবী চান্নগুম অমুক চৎলি। মেধানা খুম্মী, "মহাক লম্লানবনি।" হৌখ্রবা পুম্সিদুনা মখা তানা হংলকই, "অদু ওইরবদি কৈদৌবে থজিন্দা মিহুল দং-দং চোংলিবনো? করিগী নশাবু ৱাই চিঞ্জরিবনো?" মেধানা খুম্মী, "মসি ইচম চমদে। মাগা ঐগগী হৌখিবা লৈ! থম্মোয়গী ৱানি। অদু নঙ হায়য়ু, থম্মোয় মঙোন্দা হৌখিবা হৌখিদবা চপ মান্নরিবসি করিগীনো? কেশোগী মফমদা ঐসিবু হৌজিক করি ওইরিবগে?" হৌখিবদুনা খুম্লকই, "লম্লানবী—অদুবু মসি চপ

চাবদি নৎত্রি। লম্লানবীনি হায়রগা হেক য়াদ্রি। মেধাসু য়ানীংবা উৎলি, "ঐসু খল্লিবনি। মাবু লম্লানবা হায়রগা হেক্তা য়াদ্রি। লম্লানবসু নত্তবা অমনি মহাক! অদুবু করিনো চপ চাবদু হায়য়ু।"— অসিনচিংবা। হৌখিবা পুন্সিগা মেধাগা ৱারী শানবা লেপ্তে। কনানা থম্মোয়গী পূক্লিংগী মচৎপু লেপ্পুবা ঙমগবনো! খরদংগী ৱানি।

"নুংঙাইহ্রিদনা মেধা?"

খংপ্রেক খংঙি মেধা। তুংদা কেশো লেপ্পুনা লৈরম্মী। কেশো থোরকপদু উহৌরমদুনা করিগুম্বা খরা হায়রক্কদ্রা খন্দুনা ঙসাইগুম লৈরম্লবদি মেধা অদুক থীনা খংলম্লোইদবনি।

"নখোয় য়ুম ওইরে? নহালমুক ঐখোয়নি লেংথৈনবদু ঐদি পূংঙক ঙক্কুরবনি। কয়াম কুইরে লৈবা? ঐদি লুহোংবসু খঙহৌদ্রে।" মরক্তা মেধানা খুম্নবগী তাঞ্জা পীদনা মরী মরী হায়থরকই।

মেধাদু নোকমি নোকমি অদুম তার।

মতৈ ইবুংঙোনা মরক থৎলকই, "ইবুংঙো লেংথোক্লসি।"

"মেধা, অদুদি অমুক চৎলে।"

"উম!" নংহৌবরোইদবগুম খুম্লকপনি। মতৈ ইবুংঙোগা তুংথা মাঙথা চৎখিবদু য়েংদুনা ঙরাক লৈরুই। পেন্দবা অমদি লৈহৌরে। "নঙসু নুংঙাইহ্রিদনা?" মসি ফাওবদি অতৈ হংদ্রবসু হংনীংবনি।

"মোজা মখৈ কদায়দা লৈখ্রবগে?"

"ইহে! লোইনা তুমথোক্লুরেদনা ঐদি।"

"অস..." পীং লাউবা জাৎনি সুরেন্দ্রদু। শাউরপ্লা হায়রকই, "হন্না তুনা য়েংঙুনে নঙবো। করি তোংলগা চৎতোইনো ওফিসসিদি! মীৱা তাফমদদা লৈবনি।"

"ঙরাংদা কোহ্লাপুরি অমা লৈরকখিবদাইনে?"

"মদুদি নঙ হেক তোংলগা চৎলু।"

মেধা মখা তারুদ্রে। মাগী নুপাগী মহৌশা অমা লৈশাবিঙৈদগী খঙলকই। ফি শূবদা পূক্লিং চঙঙি। কেশোনা মরক থৎলুরবা ৱাখলদু মাগী নুপাগী অশাওবনা মাঙহনখিবগুম তৌই।

হায়রিবা কোহ্লাপুরিদু তোংলদুনা সুরেন্দ্র থোরকই। মেধাদা হন্না য়েংলমদনা চৎখি। মেধানা শোলহৌই, "নুংশিৱা?"

ফনা থেঙজিল্লক্লে। মচেনা চাক থোংলি নুমিদাংগী। মেধাদি য়াওদে। ঙসাই

নুমিৎ তানীং তামাং তৌরকপা অদ্বায়দগীনি মানা ফমুংদা চঙখিবদু। মচেনা কৌবদগী মশম-মনা খোমজিল্লগা চঙলকই।

"করি হায়গে ইচে?"

"নঙবু নশা ঙমদ্রবরা?"

"কৈসু তৌদে।" ফল্লাং ময়াদা লৈরিবা চৌকিদুদা ফমথৈ, "করি করি পাংশিল্লকউগে?"

"য়ারে। লোইরবনি। ইবুংঙো হল্লক্লিবরা?"

"উম।"

"ফনা থেঙলেনা! নখোয়নিবু শাউনবরা?"

"করিগীনো?" মমীৎ-মনা খশিং শিংঙি মেধা, "করিগীনো ইচে?"

"হেরা, ঐনা মানবগী ৱানি। খৎনবা মানবদো! নুংঙাইবা ৱা অমা হায়গেসে। কেশোদো লাক্লরোই।"

"কৈদৌরে?"

"মানা লাক্লস্বদু ট্রান্সফর ওর্ডর কক্লবনি।"

"য়াগ্লবরা?"

"য়াখ্রে।"

"ঙসাইদু ইচে," মেধাদু নুংশুক নুংজান্নে, "ইতে লৈব্রা হায়দুনা য়েংলুগে চঙলকপদা মানা থোঙ হাংদোক্লগা তা কেশোবু কৌশিনখি। তা কেশোগা ঐগগী লৈনরম্বা মরীদু খঙদুনা থোঙ মরুমদা য়েংদুনা লৈরম্লিব্রা খঙদে। অদুম্নকা তৌরবদি য়াম্না ইকায়। হৈনদেবু ইচে!"

"ই ই, মদুবু হূরানবা থবক্লো অঙাওবী! মমাঙঙৈগী ৱাদুবু..."

"অদু ওইরবসু ইচে...।"

"ইমাইপেম্মা লুনসু হেক খল্লেদা! নঙনবু লাল্লুদবা নৎত্রো?"

"লানবা হায়বদি?"

"হে-রা কেশো হায়বা মীদু মবূক ফবরা হায়বা?"

"ওহ!" স্বর অমা শাংনা হোন্থে মেধা। হৌজিক্তি খঙলে মচেনা মমাঙদা অমদি হৌজিক হায়রিবা 'মবূক ফবা' হায়বসিগী তোঙানবা অর্থ, লোয়ননা 'লাল্লুদবা নৎত্রো' হায়বসিসু। খুম্লকই, "লাল্লুদে। মহাক্তি অদুক ফত্তবা মী নত্তে। ঐনদা চীন থীরুবগী ইকায়জবনি।"

সুমতিসু নোকফেৎ তৌই, "অদুবু করিগীনো মদুদা পূক্লিং হুকচাং কীন্থুকরিবা? ইবুংঙোনা হংলক্কনি অসিরা?"

মেধা খুমদে।

"হংলক্কনি হায়না চিংনরগনা নঙনা হান্না হায়দোকহৌরোদনা?"

"হান্না হায়দোকপা?" মেধা ঙহাক খল্লি, "মদুনা ফগদ্রা ইচে?"

"ফবা ফত্তবা মদুগুম্বদা হংলকপা হায়বসিবু নুংঙাইহ্রো? ইচম চম্না হংলকপা ওইরবসু পেন্দেদনা।"

"ঐ হায়ফম খঙদে ইচে।"

"খল্লুরবদি নুপীসি তোনখ্রবা জাৎনিদা।" সুমতিগী মায়থোঙদু লাংশিনখি, "অদুবু করিগী ৱাবগে, লানখিবনা লানখিবগী, লান্দবনা লান্দবগী; পূকচেলবু শেংলবদি নুপীগীদি চঙজফম অমা শোয়দনা লৈফম থোকই। নুপীদি য়াম্না শোনবনি। পুন্সিগী করিগুম্বা থৌদোক অমা, মদু পীক্লবসু চাউরবসু মরম লৈ খনগদবনি।" অসি হায়রগা সুমতি ৱা ঙাঙবা চপ লেপখি। মনাকো থাংগৎতুনা করিগুম্বা অমা তাবগী মওংদা লৈরুরগা তপ্না হায়রকই, "ইবুংঙো লাক্লমাল্লে।"

মেধা ফূক হৌগৎলগা প্রপ-প্রপ চৎখি। সুরেন্দ্র মফি হোংদুনা লৈরম্মী।

"ঙসিদি থেঙঙিনা করিগীনো?"

"থায়নগী ইমান্নবা ময়াম অমা থেংনদুনা দ্রামা য়েংথোক্লুরে য়াদদুনা।"

"ঐদি ঙসাই মোজা লোইনা শূদোক্লবদুদা শাউখ্রবোই নীংলুরে!"

"মসিনা ঙাঙবদি!" নোক্লগা সুরেন্দ্রনি, "ৱারম্লিবনিনে অঙাং মচাদৌনা? শাউরগা লাক্লমগদবনিনে ঐসিসু পঙঙিদা।"

মেধা মাগী নুপাগী ৱাহে খরদা হায়নীংঙাই লৈতনা পেঞ্জে। করিগী অঙাং শারিবনো মথন্তা খঙজে।

তূম্না-হীপ্লবগী মতমনি। নহালমখৈ ওইরবদি মেধা তূমখিবা য়ারে। খবর পাদুনা লৈরিবা মাগী নুপাদা কোল্লগা তপ্না হায়রকই, "ৱা অমা হায়গে শাউরক্কদ্রা?"

"করি ৱানো?"

"ঙসাই লাক্লম্বদু খঙব্রা?"

"কনানো? কেশোরা?"

"এ! খঙব্রো?"

"করি খঙদনেগে। অদু কৈদৌরবা?"

"খঙলবদি হায়ররোই।" কোল্লম্বদু শৎ থাদোকই। মমায় লৈথোকখি। মিহুল দং-দং চোংলকই। সুরেন্দ্রদা য়েংলুই। নোকফেৎ-নোকফেৎ মঙোন্দা য়েংদুনা লৈরম্মী। হংঙি, "করিগী নোক্লিবনো?"

সুরেন্দ্র খুমদে। নোকফেৎ নোকফেৎ খবরদু অমুক পাখি।

মেধাগী মায়থোঙদু খোয়রাং খোয়শাওনৈ। অদুবু মদু পূক্লিংগী মমিদি নত্তে।

*ওক্টোবর, ১৯৮৯*

# তাইবং অমা

**মখোয়না** তৌরিবসি করিনো? য়ূমসিদা ইথন্তা থনম্লগা তৌরিবসি করিনো? পেন্সন লৌবা চংখিবা ইকূবোক্তু হল্লক্কে হায়রবদি ঙসাইনা হল্লকপা ময়ারে। ইনেম ইবেম্মদুনা কদায় তান্নবু চংখ্রবা? থম্বালদুনা অসুক থেঙলফাওবা হল্লক্ত্রিবসিনা কৈদৌরবা? হৌজিক ফাওবা থবক শূরিদ্রা মখোয়গী ওফিসতুবু? ঐনে খোয়দৌসি মরে মরে তাখৎলকইসে, থোক চংখিদননে। ঐনা য়াওং ইল্লুরিবসিবু য়ূম শঙনবগীরনে তৌরিসিবু!

"নুপামচা!"

তু কৌরক্লিসিনি। লৈকায়সিদা লৈবা মী খূদিংমক্লা অঙাংজাউদি য়ূমসিদা কুরু-শুংজন্দুনা লৈ হায়বসি খঙলবনি। কৈসু উশিংত্রবনি ঐবুদি, অঙাংদগী অহলদগী ঐবু হান্না কৌরক্কনি য়ূমসিদা।

"...হাই, নখোয়বু অমত্তা লৈত্রবরনে তৌরিসিবু? নুপামচা..."

"হাই, কনানো শোক্লবা থম্মোয়দা থুম চাইহ্রিবা? কনানো?"

"এ! করিনো অতো? ঐনিনে? নকুনিনে!"

ই! ইকুবোক ওইরে। ইমুংদগী ঐ প্রপ-প্রপ চেম্থোকচৈ।

"ঐবু খরা য়াকপ্পবরা হা? নুপীমচা হল্লক্লিবরা?"

"অহোয়।"

"নমাসু লৈতে?"

"অহোয়।"

"অদুদি য়ুম থাদোক্কনু অতো। সে খাউসি লৌশিলহৌরো। উকাবী খরা য়াওরিবনি য়োকশিনবা য়াগদ্রা য়েংঙু। ঐ চঙলম্লরোই. নপল থেম্মুংদু অনাবা হেঞ্জিল্লে হায় অমুক্তা চৎলুখিগে। য়ুম থাদোক্কনুকো অতো।"

কয়াদনো, খাউগাসি কোম্থোংদগা ইরেল ঙাশিল্লম্লগা চৎখ্রেনেসে! ঐনা শেৎলি চারিসি মউরিবনি, অদুগসু য়ুম থাদোক্কনু ককাইনা। হংদদি হংলম্মুবা—"অতো নঙবু চৎথোক্কে হায়ব্রনে?" য়াম্না চৎনীংলুবগী ৱা নত্তে। নুমিদাংৱাইসিদা কদায়দবু চৎলুনি হায়বগে। অম্বায়ফাও থোক্লুবগী ৱানি, ক্কা মতপ অমা করি অমা চারুবগী ৱানি। য়ুমসিদা নুমিৎ চুপ্পা অমা সুম নৈশিন্দুনা লৈবদু ঐ তশেংনা ইকায়বনি। লৈকায়সিনা ঐবু করিনি হায়না খল্লমদোইনোবা। ময়া ঐনা ইকায়রগা মখোয় করি লেমর্জরদনা। ৱা খঙমন্দে। শাউনীংঙিদা ঐ। মায়' খাউগসি লৌশিল্লোইদা। তল্লিদা।

য়েংঙু ঐনা তৌরিবসি, মখোয়গী মরল চারিবনি খন্দুনা থবক খরা শূরু নোম্লরবসু "নিঙোল মৱা থবক ফৈ" নুংশিনা হেক্তা শোনবী লৈকায়না। ইনে কবোক্লেনা খরা খীৎ মহেল্লি; অর্থ লৈখ্রবা মীনোক্লা চামগী মথক্তনি নোক্লিবা। থবক শূরনুসি হায়বসু কদায়নো। মাদৌনা সরকারগী থবক অমা তৌরসি হায়বসু লৈজরিবা মহেগী থাক অসিনদি নাতে চাবা থবক্তি ফংলরোই। মাগী থবক অসিদগী হন্থবা থবক্তি তৌবসু ইকায়। মানবুদি হায়, "অদুম পঙলৈ মরৈয়ু কৈদৌগে, লৈকায়গী মৱা লৌবিরুনু কল্লক্তুনা তৌরিবনি।" মানবুদি ঐনা হরাওনবা খন্দুনা হায়জরিবা, ঐনদি তীং শোক্লিবা। করিগী কল্লকপীরিবনো? নুপীগী মরল চাবসিবুরা নৎত্রগা ঐগী (ঐনবুদি পূক ফবনি খঞ্জরিবা) ইতৌসিবুরা? নুংঙাইফম অমা ইখঙ খঙদবনি ঐ। ইপঙ পঙনা লৈবা য়াদবনি।

ইনেম্মি হায়দুনা তৌরিবসিনা য়ুমগী মখাদা ঙহাক্তা লৈতবনি। ঐসিবু মচানুপীনা পুরকপা মমৌ নুপীগুম য়ুম শঙহল্লম্লগা লৈকায় কোয়বা চৎখিনি। লৈকায় য়ুমথোঙ খূদিংদা ঐবু হীরম খূদিংদা থাগৎলুগনি। অদুগা ইনে কবোক্লেনা ঐঙোন্দা তম্লনি—

"ননেম য়ানবা চৎলু ইয়া পূকফবৌ। ননেম্না য়ারগা লোইরে।" ইনেম্না হল্লকপদা ঐগীদমক শিংজু বোরা লৈদুনা পুরক্কনি। অহানবদদি ঐসু হরাও-হরাও চারম্মী। নোংমা, ইনে কবোক্লেগী ব্রাতাদুগা করিগা শাউনীংদুনা চানীংদে হায়রুববু নোংঙাল্লগা লড়ু বেড়া ওইনা লৈরকই। করি হায়দোইনো ঐ ভাব অমা তাদ্রে। তশেংনা শাউরুবসু য়াদা, চৈরুবসু ঙমদা —অদুম য়ারবনি ঐ। হৌজিক চনা অঙৌবা কন্না চারি। খঙদে করি মতৌনো, পূক্লিংসি সুম শোন্থরক সুম শোন্থরক, খোঞ্জেলগাসি নৌথরকই, ব্লাগাসি তপ্লা-তপ্লা ঙাঙনীংলকই। কৈনোম তৌরকই ঐ।

য়াওং ইনবনা নুংশিবগী খূদম ওইবসি ঐদি পামদে কয়ারক্লি মঙোন্দা হায়রিবা। ইজ্জৎকী ব্রাফমনি। অদুবু মথন্তা পোকই খঙনা খঙনা মাবুতা শোনবা, খঙদে করি লায়নানো নাখ্রিবদু, করম্বা দশানো। মশকপুদি থম্বালনি। মমিংসু থম্বালনি। অদুবু য়ূমদা লৈতবী ইনেমগী মচানি, মহুৎ শিনখিবা য়ানা লৈ; মরীলদু থম্বৌনি হায়রুবা য়াদ্রি। য়েংঙুনে হৌজিক ফাওবা হল্লক্লি হায়বনি। মায়'সিবু ঐবু উশিৎত্রিবা হায়দুরা? পুক্লিংসি নুংশিরকইকো ঐ। নুংশিরবা ইপা-ইমা, ইচীন-ইনাও পূম্নমক থাদোক্লম্লগা লাক্লিবসিবু পূক্লিং নুংশিনবগীরনে? মখোয়নদি ঐ নুংঙাইনা লৈরি খল্লমগনি। সোমদনা ঐনা তাইওন্নবা তাইবংপান অমদা তোঙান্না হিংলেদকো খল্লুবদা ইথন্তগী ইখূৎনা ইথন্তগী ইথবাক্তা ইথন্তনা ফূজিঞ্জবদা ইথম্মোয়সি অমুবা মপাক মপাক পক্লে। তশেংনা নুপী ওইরম্লবদি খরসু ফগদবনি। নুপা মরক নুপী মরক, মরক শরক্তনি ঐনা লৌরিবা শক্তমসি। মানবুদি সুম লৈরগা হৈনরক্কনি হায়রি। অদুবু নুংশিরবা ইয়ূম, ইরমদম অদুবু ইপাম হায়নীংলক্লে; মসিবু ওইরিদ্রা মানা হৈনরক্কনি হায়রিবদো? ঐবু হৈনরক্লবা হায়বদুরনে?

হুমঃ অসিগুম্বা খুহৈনা অসি য়ারুবা চুমদে ঐ। চনা অঙৌবা চাদুনা শোন্থবা য়াদে। ইনেম ইবেম্মানা ইকূ ইবুংঙো ঙম্বগুম মানা ঐ ঙমহনবা য়াদে। ঐ নুপা থোকপা তাই। ঐ মাগী নুপানি, নুপা ওইনা লৈবা তাই। হে হে ঐ অমা ইচাউ চাউনা য়ূমদা লৈহৌরি হায়বসি কাউবমখে (কাউদ্রবসু কাউই হায়বা তাই মতাংনা।) নুপী মানা অসুক থেঙলফওবা হল্লক্তবা! মসিবু করম্না নোংমা ফাদোক্লি খন্দোকসিগে? ঙসিগা থারগদি তরেৎপু শুরম্লনি। মসিবু নোংমা ফাদোক্লা? নোংমা ফাদোক্লি খল্লুবা য়াদে। খন্দোক্লুরবদি নোংমা ফাদোক কয়া লৈরক্কনি। ঐ খম্বল চাউমনবা নত্তে। লুহোংলিবসি শৃগ্নতগী থা অহুমদা ঙায়রিবনি। মাগীসি ঐবু কিদা তৌরিবনি। ময়ূমনি, ময়ূমদা লৈরবনি হায়দুনা মনীং তৌরিবনি। মনীং তৌবদি য়ারোইনা। ঐবু কিদবসু য়ারোই।

অদুদি ঐ কৈদৌগনি? ঐ কৈদৌসিগে...?

মুন্না খল্লবদা লীচে খাঙবদা লেপ্প। চুম্নগী লীচে নত্তে; মচীগা পানবা, মতাঙ কৃংবা, মথেক মথেক কোনবা হেক য়েংবদা লাইহৌ হৌগদবা অদুগুম্বা সনৈবী ব্রারূগীনি। থাউ তৈরগা নুংতিগী নুংশাদা ফৌদোকহনগে। মরাইনা ভাব তাজনি। তাদা তাদ্রগা লাইহৌ হৌজনি।

ঐ পন্থদ্রে থাঙ অকোনবীদু পায়রগা মনীংগী সনৈবী ব্রাপূংদু তম্না খোঙশাল্লে। ইখঙ খঙহদৌদনা ব্রাপূংদু য়ৌরকপদা নুংশিরবা মনম অমা ফূং ফাওরকই। শংব্রেগী মনম্নি। চিনিচম্প্রাগী মনমসু হাইফেৎ য়াওরকই। মনমসিনা ঐবু ঙহাক পন্থহল্লি। শংব্রে হৌদবা, চিনিচম্প্রা থাদবা ইষ্খোলসিদা তৌরক্লিবসিবু কদোমদগীনো? কনাগী ইনাক খুনবা ইষ্খোলদগীবু ওইরবনো? ঙাইখো, শংব্রে পাম্বীনবু অসুক ময়েক শেংনা মনম থাদোরক্কদ্রা! নংত্রগা ঐগী থৌরাংসি উবদা তাইবং মপূনা পেল্লদুনা পূক্লিং থৌগৎপীরক্লিবজাৎলা! কনানা খঙবা, কলিগী জীবনিনা লৈ ওইনা হেক্তা চাইথরকপদু খংপ্রেক খংনা ব্রাম্বখিবসু য়াই খন্দুনা মনমদং ওইনা চাইথরকপা ওইরম্লবসু।

"তাদা।"

"হাই!" খংপ্রেক খংনা ঐ তুং হন্না য়েংথোক্লুই। ফজখ্রবী নুপী অমা মমীৎ মনা তথক-তথক লেপ্পগা লৈরম্মী। ফজনা খঙবগী মথক্তা ঐ ফজনা অমুক ঙকই। কনানো তৌরক্লিবসিদি!

"তাদা।"

"ক-ক-করি?" ঐ ভাব অমা তৌরুরে। ফজবা উরগা হেক্তা পঙথবসিবু করিনো খঙদে। অদুবু চুম্না পঙথবদা নত্তে থক্কৎপা অমসু য়াওরি; অসুম্না ফজবা অমুক্তা উখিদ্রি। মশক্তগী, শাবান-মূর্ত্তিদগী অসুক নীংথিবা অমুক্তা উখিদ্রি। মশমসিনা য়াম্লিবা, শাংলিবা অদুগা কয়াদা মুরিবা! ও, শংব্রেগী মনমগসিদি মঙোন্দগীনিদনা। অদুবু কনাবু ওইরবনো? মখূৎতা ময়োম অমসু পায়রি। ঐনা হংঙি, "কনানো নঙবু?"

"তাদা ঐ তোম্বীনৌনি।"

করিনো ঐবু হান্না মাগা থেংনখ্রবরনে! খঙনখিবদৌনকা তৌরিসিবু— "কদায়দৈনো নঙবু? ঐবু হান্না খঙব্রো?"

"খঙজদে তাদা, ঐ স্বায়দগী নংচদে।"

"হোয়নে, ঐসু নঙবু অমুক্তা উখিদ্রি খল্লিনে। অদু নঙবু লাকই খোৎলি

হায়বগী ইঙ্গিৎ অমা পীরকপা য়াদ্রো, তুংদগী অদুম্না হেক কৌরকপদুবু হৌনব্রো? ঐদি কয়া থীনা খংগ্রে! য়েংঙু অফিং অফাইদা থাঙসিনা থোক তৌরক্লবদি কমদৌনি নঙ! করি হায়নীংবনো নঙবু? ঙাইখো, নঙনা লাক্লিবসি কদোমদগীনো?"

"সোমদগী।" খরা ইকায়রপ তৌনা নৌরবা মখূৎতু কোম্থোং লৈরিবা অদোমদা খিত্তং লেংখি, "তাদা লৈবদু উবদগী ঐ অদুম চঙজরক্লবনি। মনীংগী খুল অসি য়ৌজগদবনি ঐ। বাজারদা ইতাশিংগা ফি লৈবা চৎচরুবনি। ঐনা ফি লৈবা লোইরগা থোরকপদদি মখোয় অমত্তা ইনাক্তা লৈরমদ্রে। মখোয় থিরিঙৈদা মতমসু থেঙদোকখ্রে। লম্বীসু ঙাওরুরে। গাড়ী থাফম খঙদদুনা ফনা কুইনসু লৈরুরে।"

"ইসে ইসে।" ঐ ভাব তানা স্বর অমা শাংনা হোন্দোকই। ঐদি থম্বাল লাক্লবরা, মাগা লাকমিন্নবরা খল্লুরে। করিগুম্বা মনীং ময়াগী দরকার লৈদুনা চঙলক্লিব্রা হায়নসু খল্লুরে। অদুগদি মাদি... মসিননিনে ঐবু য়াম্না খঙনা চান্নবদৌনকা তৌরক্লিবসিদি ইপঙ হেক পঙনা। ঐ নোক্লীংবা অমসু য়াওই। অতৈ মতমদা ওইরবদি কৌরকপদি লায়রদনা কৌরুবফাও খুম্লক্লোই। অদুবু ঐ শাউদে। য়ানীংদবা তৌদে। মসি নুপী মখোয়গী গুণনি। ঐসু হায়, "তৌবনি তৌবনি, বাজার মনুংসিদি অনী চৎমিন্নখ্রগা অমত্তা লাকপা তোয়না থোক্লিবনি। হেক লৈথোক্লখিবদা হেক্তা থিবা খঙনদবনি। মাঙনখ্রগা ঙাইনফম অমা লৈরবদি ফগদবা।"

"তোয় তাদা, ঐদি বাজার চৎপসু ঙসিগা মরিরক খক্তা ঙায়রি। মখোয়না পুবিবনি।"

হরে-হরে, পীকখ্রবা লমদম অসিদা বাজারবু লাপ্পা মীওইসু মতমসিদা লৈরিবকো! কয়াদা রোমেন্টিক ওইনীংঙাইনো!! লৌনম নমথাক হৈতবা অশেংবা থম্মোয়, অচম্বা পুন্সি, খুঙ্গংদা খুঙ্গংগী মতৌ—খূদক্তা মিনুংশি পোক্লকই, "নথন্তা ঙায়রে থিল্লু হায়বা নংত্রদো নঙনা হায়নীংলিবসি হা? কদায়দনি হায়বা নঙগী যূম্নো?"

"আ—গী চীং লৈরিবা অসিগী ময়াদনি।" মানা মখূৎ ৱাংনা থিল্লগা হায়রকপনি। শামুনা মনাতোন ৱাংনা থাঙ্গৎপা মাল্লি, "লাপ্পী তাদা, মসি য়ৌনা গাড়ী চৎতে। লমখায়দা থোরক্লগা গাড়ী তোংবনি। ঐখোয় খোঙনা থোরকই। লৱায়নিদা তাদা।"

হায়গুম্লদনা মাগী 'আ—' সি লাপ্পদি লাপ্পীহে। মতমদি থেঙলবনি। মম্বু মম্লক্লে। মসিদা ইথন্তা থিনবা ইথন্তা হল্লকপা। ইথন্তা হল্লকপগীদি খরবু ফরেনে, অদুদা মী

চীক্লবা শাংলবা লম্বীসিদা ফজখ্রবী মাবু ইথন্তনা থিনবা হায়বসি—কনানা খঙবা লম্বীদা লাইরিক হৈতবা খরা থেংনদুনা "হো-হা! ধূপ-ধাপ!" তৌনরক্লবদি... ঐবু থিনবিগেসু হায়রুগুম তৌ, থম্বালদু লাক্লবদি গাড়ী মচাদুদা শৎ থিনবিবা য়াবনিসে, "সুমদৌসি ইবেম্মা ঙহাক ঙাইখো, গাড়ী মচাদা থিনবিরগে। গাড়ী পুখিবা মীদু হল্লক্তি। লাক্লনি। লাউ ঙহাক ফমদুনা ঙাইরসি।"

"নত্তে তাদা, ঙাইরগুমসি। খোঙনা হেক্তা চৎলসি।"

করিনোনে মানা হায়রিসিবো! মায়'সিবু চল্লিবা হায়বদুরা, পঙলিবা হায়বদুরা? নত্তে মসিবু শেলগা তানবা মীওইরনে? ঐঙোন্দা মেলৈ লাংলরিব্রনে?

"করি খল্লিবনো তাদা? গাড়ী মচাদা চৎলবসু উরোক থোং য়ামনা লৈ চৎপা য়ারোইয়ে।"

"করি উরোক থোং লৈয়ে?"

"হোয়।"

কমদৌনি তৌরিসিদি? শক-শাসু নীংথিনা খঙনবসু নত্তেকো তৌরিবসে। ফরবসু ফৎত্রবসু নুপীনিকো মা!

"তাদা ঐবু...।" ইপা পাখৎপগী মতৌনি।

হোয়দহে, খঙনবা খঙনদবা থাজদৌবা মানা থাজবগা লোইরে। ঐসু পাঙমনখিদ্রবা হায়দুনি; অসুক ফজবী মাগা চৎলিঙৈদা, ইখুত্তসু থাঙ অমা পায়রিঙৈদা কনানো ঐনা কিরুগদবা? লাপনীংবা লাপচৌ, খেংনীংবা থেংজৌ, খেংননীংবা থেংনজৌ, "চৎলসি ইবেম্মা, লম্বী চিংঙ্কু।"

"হোয় তাদা," মা য়াম্না হরাওজে, "লৌবুক্কী খোঙ লম্বীসিদা হেক্তা শমখ্রসি।" অসি হায়রগা ঐনা চেকশিন্না খারবা হৌদোং ফাওবা লীৎপা ৱারগদবা শম্বলদু চঙশিন্দুনা ইকোম কোম্না লীৎকে তৌই ময়োমদুগা।

"হাই, লম্বী চুম্না চৎসিনে! ঙাইখোনে...।"

ঐনা হায়রিবগসি ইতা তাদনা ময়োমদুগা করিগা অমুক্তদা ইরেল লীৎথোকখ্রে। অদুগা অসোম ৱাংমদগী মোমোন নোক্লগা হায়বকই,

"তাদা লাকও অদুম লীৎলকও য়ানিয়ে।"

ঐ মঙগুম হাগুম চঙশিল্লি। মানা লীৎখ্রিবা জাগাদুমক্তদনি। কোক হান্না য়েংঙি। ইকোম কোম্না য়াই। ইশা অমুক... ঐ লীৎথোক্লে। করিনোদা, ইখূৎমক্লা খাখিবা শম্বলনিদা! মঙোন্দা য়েংলুববু নোকফেৎ তৌরকই।

"নঙবু হেলোই কাইদুরনে? কিশিল্লক্লেদকো ঐবু!"

মা মচীন খুল্লগা নোকই, "কৈদৌরগে তাদা?"

"থাজদ্রিবনিনে তৌরিসে।" ঐবু অমুক লীৎথোক্তুনা য়েংসিরা? মঙলা খঙদ্রেদা তৌরিসে।

"তাদা লাকওবা। মতমসি থেঙলে!"

"হোয় হোয়।" হোরেল হল্লকপদরা কৈনো অমুক্কা লীৎতুনা য়েংগে, "চৎসি, মাঙ থাউ।"

মাঙ থাদুনা চৎলি মানা। তুংদা ঐনা শম্বলদু য়েংনা য়েংনা চৎলি। মানা মমান্নবীশিংগা কায়নরক্লিবসি লীৎথোক লীৎশিন য়াম্মা হৈবা অসিনা ওইরমগনি। মানি, চীংখোঙ-চীংয়া, শম্বল-শয়াগী হৈ-শিংবা মতীক চানা লৈবী নুপীনি। অদুদা ঐনা হেক লীৎপদুদি...।

...ব্রা ঙাঙনদে পম্বুংনা হেন্না লুবগুম তুমিন তুমিন চৎনৈ। লৌবুক্লি লমহাঙনি অমুক্কা হেক চীকই। মঙোন্দা হেক-হেক য়েংলুই। মাসু য়েংলকই। হেক-হেক মীচান্নৈ। অদুগা মোমোন নোকমিন্নৈ। ঐ য়াজৈ, হৈজ-শিংজরবদি মাগী মীনোকসিনা ঐবু মাগী নুংশি বণ্ডি লায়না ওইহনবা ঙম্মি। ফজবী মঙোন্দা নিঙাই লৈতে, ব্রাহং লৈতে। শেলধু তানগেরা, মৈলৈবু লাংগেবা — লৌজগনি ঐসি কয়াদা লাইবক ফরবা। করিগুম্বা ইখুৎ চনবা থোক্লবা — মদুসু ঐগী লাইবক ফবনি। নত্তে মসিবু মতম হায়রা থেঙলে, লৌবুক্লি লমহাঙনি অদুগা ঐখোয়নী খক্তনি চৎলিবসিসু, ফনা শাংনসু লাক্লে... খাঙ্গসি উৎলগা...।

"তাদা ঐবু মিহুল শুদ্রে, খরা থুনা চৎসিবা!"

"চৎসি চৎসি।" মায়'সিবু ঐনা খল্লিবসি খঙলব্রা? ঐসু অদুক খন শারিবা হায়দুনিদা। মাবু য়াম্মা চিংনরবত্রাংলা? "নঙ থাঙসি পায়গে হায়ব্রো?"

"পায়রোইদা তাদা। করিগীনো, পাযযু হায়ব্রা তাদা?"

ইসে ইসে, ঐনা ইফোং ফোংদোক্কদৌরে। পূক মাংলুবা হায়বসিনা তৌরিবসি য়েংঙু, "কৈনোনিদা, নঙগী ময়োমদু ঐ পায়বীগে হায়বনিদা।"

"য়ানিদা তাদা।" অসি হায়রগা মাগী ময়োমদু ঙসাই মখে কাউরুরবগুম্মা খরা চেকশিন্না পায়খি। অদুদগী খংনীং নীংশিংলকপগী মওংদা হায়রকই, "ঐদি ইকাউবু কাউই তাদা!" অসি হায়রগা মাগী ময়োমদুদগী চেনা য়োম্বা ময়োম অমা পুথোরকই। লড়ুগা বেড়াগনি। ব্রাতিনসু য়াওরি। পীরকই, "মহাও য়েংবীয়ু তাদা।"

“পীরক্কবসু য়াই কৈদৌগে অদুম পায়য়ু।” বেড়া অমা লৌখৎলি। ইনেম্বোক নীংশিংলকই, “নঙসু লৌদনা।”

“য়ানি তাদা।” ইকায়জবা মতৌনি।

হাই, মায়’ বেড়াশিংসিবু...! করিনো মহাওসিবু ৱাৎলিব্রা, হেল্লিব্রা? ৱাতিন্দু অমুক লৌখিৎলি। মসিসু কৈনোম তৌই। এক্কপাইহিরি ওইরজাৎলা? হায়রুই, “নঙগী ঙসিগী কৈথেল ঙামোকসিবু... ৱাতিনসিবু কেমদেনে, পেদৎনরদনা, ঈশিংদগা তারুরব্রা ইউই উইরেনে!”

“খঙদেবু তাদা!” ইপা পাখৎপা মতৌনি,” ঙসাই লৈরকপদগী য়েংবু য়েংলুদ্রি। ঐদি লৈবগা হৈজবা নত্তে, য়োল্লিবিদুনা নমদুনা লৈহল্লিবনি। চাবা য়াদ্রবরা তাদা?”

মানা হেক চারবদি খঙগদবনি, “য়াইদা য়াইদা কৈনোমদি তৌব্রা খনবনি।” শায়রিবা খরদু ওথোক্লসিরা খনবনি অদুবু মমাঙদনিনা নুংঙাইত্রে; লোইশিন্নবা অদুম হোৎনরে। অমুক লৌখৎলুগে খন্দ্রে, “মথংদা লৈবদদি খরা খরা য়েংলগা লৈয়ু। বাজারসিদি মহানি!”

মা খুমদে। ঐসু মখা তারুদ্রে। তুমিন্না অমুক চৎনৈ।

নুমিৎ লৈত্রে। মঙালদি খজিক্তং লৈরি। মঙালসিসু কুইররোই।

“তাদগী মিং খঙজবা য়াগদ্রা?” ঙহাক্কী মতুংদা মানা হায়রকই।

“য়ে খঙগদবনি। নঙনা হংলক্কবসু হায়রসিরা খল্লল্লিবনি ঐদি। অঙাংজাউ কৌই। নঙগীদুবু করি? তোম্বীনৌ হায়ব্রা?”

“অহোয় তাদা।”

“নচীন ননাওদি কয়া শুই?”

“তরেৎনি তাদা। নুপী ঙাক্তনি।”

ইস—নুপী ঙাক্তা! মসরাইদি মরাঙ কায়রল্লনিদা ইমুংদো। ঐনা হায়, “হেলোই তরেৎ কাইদুনিনে হা?”

“অদুম্না হায়নৈ।” মা খজিক নোকই, “ঐনা অতোম্বীনি তাদা।”

“অতোম্বী! মান্দা মাল্লিনে! ফজেনে! ঐখোয়গীসু তোম্বীনৌ ইচীন ইনাও নুপা ঙাক্তা মঙানি। লৈকায়না পাণ্ডব হায়রগা খঙনৈ। ঐনা অহুমশুবনি। অর্জ্জুন ওইবদি ঙমদে। নুপী অমত্তং য়াওরবদি হায়না তানবদা শুপ্রিবা মঙানি হায়। নখোয় তরেৎসু নুপা তানবদা ওইরিনি?”

মা খুমদে নোক্তমক নোকই। ঐনা হায়রিবসি চুল্লমগনি।

"অদু তাদা, করিগুম্বা ঐসি তাদখোয়গী ইচন ওইনগা পোকচরম্লবদি য়াম্না নুংঙাইরম্লিকো ? লুনা তৌবিরোইদ্রনে তাদা?"

"কৈদৌবে তৌরোই? লুনা হায়বু লাইথিবী শান্নবদু ঙায়নি। কেবীবগা, তৈবীবগা, নানবীবগা—নকোক্তা ঐখোয় মঙানা নানবীবদা নশমদু থাউ তৈদ্রবসু য়ানি।" পূক্লিংদদি খল্লি—মসিবু ইচন ওইবনা ফরিব্রা, মীগী মচা অদুম ওইহনবনা ফরিব্রা?

"তাদসু ঐখোয় তরেৎকী ইরক্তা পোকপীরম্লবদি ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইজরমগনি। লাইবক য়াম্না ফরমগনি?"

"অদুদি নখোয়দা নত্তে ঐসুনিনে। মদুদি লাইবক য়াম্না ফবগী ব্রানি।" অদুবু খল্লি— করিগুম্বা পোক্লম্লবদি মসরাই মরক্তুদা ঐ নুপী ওনবা শোয়রোই।

ব্রারী শানদুনা অসুম চৎলি। অতিয়াদা থব্রানমিচাক খরা লনকক-লনকক কৃফেৎ-কাফেৎ ঐখোয়দা মীৎচি খৎলকই। থাসু থব্রানমিচাক্লা মীৎচি খৎলিবসিবু কনাদনো হায়দুনা য়েংনীংনা মঙক থাংগৎলকই। ওম্মোক্লা ঙৱসু নেচরেল ইফেক্ট পীরক্লেদা। করিনো হৌজিকপু পানখৎলকপরনে? থাশি ওইখিবদু কুইখিদ্রিদা! মহৌশাসি ঈরাং থাংঙিসে। ফৈ ব্রারী নুংঙাইহল্লগে।

"ইবেম্মবু য়ূম পাল্লব্রা?"

"পাঞ্জদ্রি," ইকায়না খুল্লকপনি।

'ঐগীসি মাবু মৌ মাল্লদুনা হংখিবা নত্তে।

"তাদদি পানবিরব্রা?"

তো অসি হংলক্লবা তৌবনি। চিংনবা লৈতনা খুম্মী, "পাঞ্জদ্রি পাখঙনি।" খঙদে ঐগী পাউখুমসি থম্বালনা তারবদি করি হায়দোইনো। ইনমদা নম্বো থাঙ্গৎপীরক্কদ্রা নৎত্রগা মথম্মোয়দু ময়ি চৎকদ্রা? মশানবুদি শোয়দনা খঙজরমগনি। মখা তায়, "ইবেম্মা তোম্বীনৌ ঐদি নখোয় অদ্বায়দদুম লৈনীংঙি।" কয়াদনো অমুক্তসু চৎলুদ্রিবা ঐনা হায়রুরিবসি!

"চীংখোঙ চীংয়াদুদা নুংঙাইরোইদা তাদা।"

"য়ে মদুমক্লি ঐনা পাল্লিবদি। য়াম্না চীক্লা লৈনীংঙি। লন থুম, ইজ্জৎ-সন্মান পূম্নমক অরেম্বনি। পুন্সিসি থব্রায়না তাবা থম্মোয় অনীখক্কী ওইহন্নীংঙি।" য়েংঙুকো য়াওং ইনবদি য়ানীংদ্রগা ঐনা তৌরিবসি!

"অদুবু ঐখোয়গী খুঙ্গংদুদা তাদগী অনীশুবা থম্মোয়দুবু ফংবিগদ্রনে? ঐনা হায়জবদি তাদগী থৱায়না তাবা...।"

ইঃ হেলা য়াবী নুপী নত্তেদনা! তৌগদৌনি তৌগদৌনি। খোঞ্জেল নৌথে ঐ, "করি ৱানো তোম্বীনৌ, অদুক হেনবী নহাক্কী নশাইগোন্দবু থম্মোয় ৱাৎলি হায়ব্রা? পীবীদ্রবসু কায়দে লৌবীগদবা লৈরবদি থম্মোয় অসি পীজরমগে। অশেংবনি তোম্বীনৌ নঙসে মপা লৈতনা ফজে!"

"ঐবু?" ঈংনা হায়রকপনি, "চন্নফম খঙদ্রবা ইরলনি তাদা।"

"নত্তে তোম্বীনৌ কনাগী থম্মোয়নো নঙগী নখোঙদা তুরোইদবা? নঙগা য়েংনরুরবদি থম্বাল ফাওবা থমচেৎ ওনখ্রবনি।" হায়রিবসি ঈয়ায়গী থম্বালবু নত্তে হায়বা মানা খঙদ্রবসু মাগী ফজবদা ঐনা পূক্নিং অসুক থিংজিল্লবগী মরমদি শোয়দনা খঙফম থোকই। মরমদি মসি ইচম চমদে।

মা তূমিন্না লৈ। লৈফম থোকই।

হৌজিক্তি অতিয়া মকোয়দা থৱানমিচাকশিংনা কুংনা লৈরে। থাসু মখোয়গী মরক্তা মতীক মঙাল ফুদোক্লি। পূংদি নিপালদমক মতারি। ঐগী ঘড়ীসিবু চুল্লিব্রা? অদুদা মাগী ময়ূম অসিনা য়ৌবা কৌবা মরৈতবসিবু কমদৌরিবজাৎনো? ঙসাইদগী লাক্লিবা অসিবু ইচৎ চৎতবদৌনা অদুম তৌরিনে। লৌবূক লমহাং ওইনা অদুম লৈরি। অদুবু ওইসনু, মাগী পম্বুংনা ময়ূম য়ৌবা ওইরবসু ঐগীদি মাগা লোয়ননা অসুম চৎপনি। অসুম চৎপনি। মাগী ময়ূম কয়াম লাপ্লিবা ঐ হংলরোই।

থা থৱানমিচাকশিংনা হায়রি—পূক্নিং শুমহৎপনা ঐখোয়গী ইথৌনি। ঐখোয়গী ইচৎ অসি খঙঙু নতেং পাংবিগে। ৱাবী নুংঙাইহল্লু অঙাংজাউ, ৱারী নুংঙাইহল্লু।

"তোম্বীনৌ নঙদি করি তৌরি? লাইরিক তম্বা লোইরবরা?"

"লাইরিক তমদেদা তাদা।" ইকায়না অমদি নুংঙাইতনা হায়রকপনি, "ঐদা নত্তে ইচে তরূকমক্লি। ঐখোয় খরা লায়রৈ তাদা।"

ঐ মখা তারুদ্রে। মসি নুংঙাইবা ৱারী নত্তে। ঙহাক তূমিন তূমিন অমুক চৎনৈ।

"তাদা!" মানা ইখং খংনা হায়রকপনি, "অসিদা লংত্রিক লংনা লৈরিবসি করিনো?"

খংপ্রেক খংঙি ঐসু, "কদায়? হাই! ঈশিং নৎত্রনে? মানিনে, মসিদি ঈশিং ঈপাক্লিনে ইবেম্মা!"

"ইস... অদুদি কমদৌনি তাদা? ঐখোয় লম্বী লান্না লাক্লেদনা! ঐসু য়ৌমন্দে খল্লিনে। কয়াম লুরমগনি তাদা?"

"লুবগী ৱাদি ঈপাক্লি ইবেম্মা, খল্লু।" অসি হায়রগা ঐ লাম্থোকফমগা লৈব্রা হায়দুনা কোয়চৎ চৎতুনা য়েংঙি। থাবল মঙালদুদা ঈশিংদু ইরং লাংনা ফনা পাক্লা লৈখ্রি। থাবল ফৈ হায়বতনি অহীংদি অহীংনি; মফম মরাং অমত্তা খঙদে। লোক্তাক মপানবু ওইরিদ্রা খঙদে। ভাব তাদনা হায়রুই, "লম্বী চুম্না চৎলম্লবদি মসি থোক্কদ্রব-সে?"

"কৈদৌনি তাদা...?" মাসু ভাব তাদ্রে।

কমদৌনি, তৌরিসিদি। ঐনা খল্লি। য়ুমগী মী ফাওবা খঙহনবা নংদবমখৈ থৌনা ফনা লাক্লে। লোন্না লাকপগুম্বনি। অদুগা হৌজিকপু লম্বী খঙদ্রে হায়দুনা অহীং অথেংবসিদা অমুক হনবা—কনানবু থাজদোইনোনে! ঐ ঙম্লোই। হৌজিক্তি থম্বালসু হল্লক্লম্লনি। লোইনা লৈরম্লনি। ঐ ঙম্লোই, ফজম্ব্রবী মাবু পুশিনবা ঐ ঙম্লোই। ঐ য়াওং ইল্লিবনি। মীগী ময়ুমনি (থম্বাল নঙনা খ্বাইদগী হায়হন্নীংদবদুনি অদুবু হায়রে শাউনু)। করি তৌনি তৌজিক। শাংখ্রবা লম্বীনি; হনবদা নোং ঙানখিববু য়ারি। ঐ হেন্না মম্মী। মাবু শাউনীংলকই। শম্বল জীংনীংখো। হৈপা শানীংখো। চৈনীংলকই, করি করিনো ঙাঙনীংলকই।

ঙহাক লৈরবা তুংদা মানা ইমম মমদনা হায়রকই, "তাদা ঙসিদি ইতেং পাংবিবগী পাংবিবা পাংবিরো। ঐসু খঙজে অমুক হনবা নাতে চাররোই। লম্বীসু অমুক ঙাওখিবা য়াই। য়ারবদি ঙসি অহীংসি স্বায়সিদা মফম অমা থিবগা লৈমিন্নরসি।"

"ফৈ কৈদৌগে নঙনা ফনি খনবদু তৌসি।" পূক্লিংদদি ভালোনি। ভালো লাউনা লাউনা য়েংথোক্লবদা ইরাপ লা পুনা লৌতাংশঙ অমা লৈবা উই। করিনোনে ঙসিসিবু ঐবু, মঙ মানশিল্লক্লেদকো তৌরিসে। মঙোন্দা য়েংলুববু মাসু উবমাল্লে, নোকফেৎ তৌরকই।

লৌতাংশঙদু শীকচরবসু শাংনা তিংথোকপা য়াই। থাঙ অকোনবীদু মথৌ লোইরবগুম ইরেল ঙাশিল্লগা ময়েক শেংনা পোথাগে খন্দুনা মাগী ময়োমদুনা মোন ওইরগা ঐ শাংনা তিংথোক্লে। মাদি মখৃ কোন্দুনা ফল্লি। থাবলগী মঙালদুদা মমায়দু থা মাল্লি। নোকফেৎ নোকফেৎ অমুক-মুক্কসু য়েংলকই। থম্বালগা ঐখোয়নী চেনবা নুমিৎকী নুমিদাংদু নীংশিংলকই। মাসু অসুম্না নোকখি। অদুগা মপূক্লিং নুংশিনসু কপচখি। ঙহাক লৈরগদি তোম্বীনৌসু মপূক্লিং নুংশিনা কপ্লকপা য়াই, কনানা খঙবা!

ইশাসি ফোঙ ফোঙ শাগৎলকই। থা থৱানমিচাকশিংনা মতীক মঙাল ফূদোক্তুনা ঈংনা ঙাল্লি, ঐবু ঈংহনগে মতাগুম। ওস্থোক্রসু ৱা খঙখিদ্রেদকো তৌরিসে। হৌজিকপু ঙান্দুনা লৈবগী মতম্লনে! ওস্থোক্রসু য়েংজনীংখ্রবা হায়দু ওইরে। ঐনা হায়রুই—হো থা থৱানমিচাকশিং ইতেং পাংবীদ্রবসু য়ারে হৌজিক্তি। মাগী মায়থোঙসি নত্তনা কনাগী মায়থোঙদা মীৎয়েং তাজনীংদ্রে। লৈশিনবিখ্রো লৈচীলগী মরুমদা, চৎপীখ্রো!

ঐগী ইতৌসিদা থা থৱানমিচাকশিং মমায় খীত্তং লাংশিনখি। হায়রকই—ইঃ অঙাংজাউ নঙ নৱাংলেনা! ঙসাইদগী ইতীক ইঙাল ফূদোক্তুনা নঙগী নতেং পাংলক্লি অদুগসু চৎপীখ্রো কাইনা! তৌবিমল খঙদবা তৌনু অঙাংজাউ। ঐখোয়গী ইতীক নঙ খঙলিবা নৎত্রা? মৈচাক পীবা ঙম্বা থাবলগী মঙালনিনে। কান্নদে ঐখোয়গী ইঙালদা কপ্তুনবা হোৎনৌ। মতম মাঙহল্লগনু থম্মোয়গী ৱা হৌদোক্লো। মতম লৈত্রবনি পঙগনু।

চুম্মী, চুম্মী, তাকপিরিবদু চুম্মী। ঐবু ঙাকপীগনি। অদুদি থম্মোয়গী ৱা, "করি খল্লিবনো তোম্বীনৌ?"

"খল্লিবনি," মাগী চীং-লেপ্পবা খোনফমনি, "মঙ-হাগী অকিবা অমদি অঙকপদা, পোকপা শিবগী অর্থ লৈত্রবা তাইবং অমদা লৈরিবা মঙ-হাগী পুন্সি অমা, মাগী মরমদা...।"

কনাগী পুন্সিবুনোনে মানা হায়রিসিবো?

"পুন্সিসি মতুম তাবা বোল অমনি তাদা। খ্বাইদগী লাইবক থীবদি মাবু অমুক্তা শান্নজগে ঙমদবসিনি। অদুগা মথন্তা শান্নখ্রবরা মদুসু নত্তে। য়াম্না পেন্দে।"

পুন্সিগী মরমদা হায়রিব্রনে? ওস্থোক্রা ৱাংনা, লুনা খল্লেদা! ঐনা লায়হল্লি—"পূম্নমক নোংদম্বা মাগী লীলানি। মানতা কাউগদবা, মাতনা শান্নজবা।"

মানা শাউনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি মাবু প্রায়শ্চিত লৈত্তনা শাপ তৌরি!"

এঃ থোংলবা মচীনসিনা! —"করিনো তোম্বীনৌ, হায়হেদেনে। অচৎ-চত্তা জীবা পূম্বা মানা শেল্লিবনি শারিবনি। ঐখোয়দি মাগী থৌজালদা হিংলিবা মচা মনাই ঙাক্তনি। মানা শেম্বীরিবনি শাবীরিবনি। কবিগী অদুক শাউরিবনো নঙবু?"

"অদুবু করিগী মীচঙ মীখায় অসুক নাইরিবনো মানা? মানা শেল্লিবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী তমথীবা অমদি মিনুংশি লৈতবা খুৎশেম অমা হায়বা তারবদি ঐনি। ঐগী পুন্সি নত্তনা লৈতে। খঙদে, ঐবু অসুম্না হিংহল্লগা মঙোন্দা করি নুংঙাইবা।"

করিনোনে থম্মোয়গী ৱা হৌদোক্কে খল্লকপদা তৌখৎলক্লিবসিবু! ঐবু থাবলগী

মঙালদা মৈশা লাংহৌরদ্রা?

"তাদা নুং অমনা ৱাখল খনবা ঙম্লল্লবদি মামুক লাইবক থীবসিবু তাইবংপান অসিদা লৈরমখিগদ্রা?"

ঐ খীত্তং শাউনীংলকই, —"ইবেম্মা নুংদি ৱাখল খন্দে।"

"অদুনা মাগী লাইবক থীবা লৈতে। অদুবু তাদা নীংজবা থবক পাঙথোকচবা ঙমদবসিমুক ৱাবা মফম কদায়দা লৈরমগদগে? মসিদি খ্বাইদগী লায়রবা মতৌনি।"

ওঃ লায়রবগী ৱা! চুম্মী লায়রবগী ফজফম লৈত্রবা শক্তম—থম্মোয় শোক্লীংঙাইনি। অদুবু মাগীবু করি ৱাৎলিবগে? হায়রুই, "ইবেম্মবু লায়রবীরা? খ্বাইদগী ইনাক খুনবীদি ইবেম্মনিনা। হায়য়ু ইবেম্মগী করি ৱাৎপগেনে?"

মা নোকফেৎ তৌই। ঈংনা হায়রকই, "তাদনা ঐবু নুংশি ঐ খঙজে।"

ঐ স্বায় লাউই। ইকায় নুংশি য়ান্নে। খঙহন্নীংবদুনিদি হায়ববু, খঙদে কৈনোম তৌই।

"ঐদি মপোক থীবীনি। হায়জৌরিবসিনি, তাদগী নুংশি লমন শীংঙমজরোই। মসি খল্লুবদা হেন্নদুম ৱাজে।"

"করিগী লমননোনে তোম্বীনৌ? নুংশিবদবু লমন তোনবা তোন্দবা লৈত্রা? ঐগী নুংশিবদি শেন্দোয় য়াওদনা পুথোকপনি। শেল্লেপ হনবিরক্রবসু কায়দে লৌবু লৌবিরবদি। হায়য়ু ঐগী নুংশিবা লৌরব্রা? নঙ ঐবু নুংশিরব্রা?"

"কৈদৌবে নুংশিরোইদৌরিবা ফীভম অসিদবু!"

ইস—করি পাউখুম্নেগে মায়'সিদি! মখোয় নুপীগী নুংশিবসিবু ফীভমদা লৈব্রা? থম্বালগী নুংশিবসু ফীভমগী মখা পোল্লিদ্রা? অসঃ মাগী পাউখুমসি হাউজদেদা!

"করি খল্লিবনো তাদা?"

"খল্লিবনি," ঐ খরা ৱারৌই, "থোইচৎনবী, নুংশিববু ফীভমগী মখা পোন্না লৌবী মাগী মরমদা।"

মহাক ইকায়জনা নোকই, "মহাক অদু করিগুম্বা ইকায়বা ওইরম্লবদি?"

"ইকায়বা? অদু ওইরবদি ইকোক নোঞ্জরি। নিঙাই চাউবা থম্মোয়নি অদুবু হায়বদি য়াম্না ইনবনি। মাবু নখূৎতা শিন্নবি। মাগী অৱা পোলোই, নুংঙাই পোলোই নখূৎতা লৈবে নুংশিবী।" ঐগীসিবু দ্রামা মাল্লব্রা?

"ঐসে কয়াদা লাইবক ফরিবা। অদুবু মঙ-হাদা লোইবা তারবা!"

মানা হায়রিসিবু নুংদি নুংশি লৈবদি ঙম্লোইকা হায়বদুরনে?

"ফৎত্রবা মপোক অসিনা ওইহল্লে পুন্সিসে কপ্লিবা থম্মোয়, শীঙ্খরিবা পি...।"

এঃ মা কপ্লেনা! করিনো, মতাং চারিব্রা তৌরিসিবু?

"তাদা, ঐগী নুংশিবদি মপূং ফাদে। থাজবা য়াদ্রবা মঙ-হাগী মতৌনি। মসি ঐগী লাইবক্নি।"

ওম্বোক্লা থম্মোয় শোক্লবা মতৌনিদকো তৌরিবসে। ঐবু কমদৌসিগে তৌরিসিবু?

"...ঙাকপীদুনতা লৈরবা নুংশিবগী মচৎতা ঐবু ঙাকপীয়ু তাদা। তাদগুম্বা কয়াগী নুংশিবা ফজরবনি ঐ। ঐগী নুংশিবসু পীজখি মখোয়দা। অদুবু মমৈদদি ঐবু কি হঙ্গোয় তৃক্কৎচনা তৌবিখি মখোয়। ঐবু বদনাম তৌবি। মসিমক্লা মখোয়গী পুন্সিদু মথোংচাবদি ওইখিদে। অদুবু ঐ কল্লক পেনবদি তৌদে; ঐনদা লঙজবনি, ঐনদা তৌজবনি, ঐদগী ইরালনি। করিদি তৌনি তাদা, নোংদম্বনদি মসিদা থোক্লবা ঐবু শেম্বীরকপনি। ঙসিদি তাদগা অমুক থেংনরে, থম্মোয় পীবীরে। অদুবু হয়েংদি ঐবু বদনাম তৌবিবসু য়াই।"

"চুম্মী তোম্বীনৌ," ঐনা খংহায় হায়দোকখি, "নঙবু চপ চানা কনানো হায়বা ঐ খঙদে। খঙদ্রবসু করিগী চিংনরুগদগে; থম্মোয়গী ওইনদি উনরিবসিনা পেল্লবনি। হায়য়ু করিবু হেন্না খঙনীংঙাই লৈরিবগে? ওইনীংবা ওইজৌ, নঙবুদি বদনাম খক তৌরোই। মশা কঞ্জনবা মীবু বদনাম তৌবা মীশক ঐদি নত্তে থাজৌ।"

মহাক খীত্তং হরাওজবগুম তৌই—"অদু ওইরবদি ঐগা থেংনবদগী ওইবা য়াবা ফত্ত-নুংদা ঐনা অদুম লৌজরগনি। তাদদা করিসু থোকহঞ্জরোই। ঐগী মরমদা তাদদা থোইনা হায়জররোই, খঙলক্কদবা মরৈরে। মসিমদি খঙবীয়ু—উপায় লৈতনা তোল্লবা কনাগুম্বী অমনি, থৌনা য়াওদ্রবী খ্বাইদগী লাইবক থীরবীনি। হায়জরিবসিনি তাদা, ঐবু অদুক হাক্লা থাজবা থম্বীগনু। থাজবা ঙাকপা ঙমজদবগী অৱাবা পীবীগনু। য়ুমগী মবেম্মা ওইজবগী অফবা লাইবক ঐগী লৈজদে। ঐদি ভক্তি প্রেম্মা থল্লবা নুংশিবগী মূর্ত্তি নত্তে। অপাম্বতনা থল্লবা মীৎয়েংগী হকচাং পোলাংনি। মীৎয়েং অসোমদগী ঐবু য়েংবিয়ু। ঐদি খ্বাইদগী লায়রবীসুনি অদুবু ইশাগী মমলদি কনাদগীসু খক লৌখিদে। ঐগীসু থম্মোয় অমক লৈজে...।"

মহাক হীক্লা-হীক্লা কপ্লকই।

লায়রবগী ফজবদি খুদোং থীবনি। মদু মঙোন্দা থোক্লব্রা? ওইরম্বা য়াই নুংশিবদা

মায়থীরবা কনাগুম্বী অমা। ঐবুসু মানা চিংনরিব্রা? ঐবু খঙহল্লমদনা ঐগী খূৎনা মাগী মপিদু তৈথোকলুই। তঙ্গৈং-তঙ্গৈংঙি। থম্বালনা চেনবা নুমিৎকী নুমিদাংদা শীন্থখিবা পিদুদি ফোং-ফোং শাই। কনাগী পিনা অশেংবা থম্মোয়গী পি ওইরিগবা?

ঙাইখো, করিগীনো ঐনা থম্বাল হেক্তা নীংশিংলক্লিবসি? ঐগী থম্মোয়গী কাচিন কোয়া পূম্নমক মানা লোইনা কনশিনখ্রবরা? উমঃ ঐ খঙলে, মানা ঐবু নুংশিরিবসি খজিক খরাক্তা নৎত্রে। তশেংনা, থম্মোয় শেংনা ঐবু নুংশিবনি। অদুদি ঐনা ঙসি তৌরিবসি হৌনদ্রবরা? পাপ পুরদ্রা? হুমঃ মসিদি থম্মোয়গীনি; থম্মোয়নবু পাপ পুন্য খঙঙি হায়ব্র? চুম্মী, খঙফম থোক্তে। খঙসু খঙহন্নীংদে।

"... ঐগী মীমান্নদ্রবা পুন্সিগী থম্মোয় শেংলবা খূদোলনি মীৎকী পি; থম্মোয়না চুমথোক্লবা পি। মসিদি মঙ নত্তে, তৌশিন্নবা নত্তে। তৈথোকপিরনু তাদা, মাবু মনীং তমহনবীয়ু।"

থম্বালদা চোইথোক্লুরবা ঐগী ৱাখল তোম্বীনৌনা অমুক ফাজিল্লকই। মাগী শীন্থরিবা মপি ঐ তৈথোক্লুদ্রে। অদুবু ঐগী খূৎতি মাগী মোন্না থোৎলবা চায়রুংদা অদুম লৈরি। খঙদে, অদুম থম্লীংঙি। অদুম থম্লীংঙি। শীন্থরিবা পিনা তনীক-তনীক লূপা মহী, পুন্সিদা উজদ্রি অসুক ফজবা, মীৎকী পিনা অসুক ফজবা! তনীক-তনীক্লকই থম্মোয়সি। ইশাগী খঙ হৈবগী ৱাংমা লাল্লব্রা? ঐবু ভাব অমা তৌরব্রা?

থা থৱানমিচাকশিংনা হায়রকই—নঙ নারবনি অঙাংজাউ। লায়ওংদি নথন্তা হংজৌ। ননাক্তা লৈরিবীদু হীদাক্লি। মাইবসুনি।

"কৈদৌরে তাদা তূমিন লৈবিরবদি?"

য়াম ঙমদনা খুন্নুই, "ঐ ঙমদ্রে তোম্বীনৌ। ঐ নারে!"

মা নোকফেৎ তৌই। লায়ওং খঙবগী মীনোক্লি। থোৎলবা মখূৎতুনা ঐগী কোক্তা নুংশিনা নাল্লকই। মশা পূম্বা তপ্পা-তপ্পা ঙাথরকই। মাগী চেঙহী মনম হেন্না ময়েক শেংলকই। নিয়ম চুম্না লায়য়েংবিরগে খল্লমাল্লে। মুনা য়াম্লবা মশম ময়ামদুনা ঐগী মায়বু কূপশিল্লকই; ওপরেসন থিয়েটরদা চঙলবা কনাগুম্বগী মমায়দা ফিনা কূপশিনবিবগুম। থা থৱানমিচাক অমত্তা উহনবিদ্রে; মীৎকী ইকায়বা মাঙহনবিরে। মানি, ঐসু থম্মোয়গী ওপরেসন থিয়েটরদা চঙলবনি। মাগী শংব্রৈ মনম্মা ক্লোরোফোর্মনি। য়ারে ঐ, অসুক ফবা ডাক্তরসিগী মখূৎতা হৌগৎলক্লবসু পেল্লে। ঐ য়ানীংনা পঙথরে। পঙথজরে...।

"...শেংলেকো ওজা মাইবা অচুম্বনিকো?"

"অশেংবনি অশেংবনি।"

"অদু মমীৎ পাঙলক্ত্রিবসিদি?"

"কৈসু তৌরোই পাঙলক্কনি।"

নক্কা ৱারী শানবগী খোঞ্জেল অমা তায় হায়দুনা মীৎ পাঙথোক্লুবদা ঐ ফমুংদা লৈরম্মী। ঐ স্বায় লাউই। থম্বালনা ঐগী খোঙ নোইরদুনা ফম্নি মমায় ইমক মকশিল্লদুনা। ইনেমগা ইকুগা ঐবু লাঙতক্লনা য়েংলম্মী। নাকলদা অহল অমনা য়াংকোক্তা করি করিনো খরা হাপ্পগা পাকথদুনা মুরুম মুরুম শোল্লি। তাইরেন মশাদু পায়রগা ঐঙোন্দা য়েংলকই। নোকফেৎ তৌরকই। ময়াদি ইহো হোরদুনা।

"এঃ ইচা ভাব লাক্লেদনা! ফরনি ফরনি।" অসি হায়রগা তাইরেল মশাদুনা ঐগী মায়দা শেৎ-শেৎ কনশিল্লকই।

ঐ মীৎ অমুক উইশিল্লি। ঐ পূম্নমক ভাব তারে।

"ইবুংঙো, ইবুংঙো।"

ইনেম্মা নুংশিনা কৌরকপনি। অদুবু ঐ খুম্নবগী শক্তি লৈতে। ইশাসি ইতেক তেকই।

"হুম, কৌরুনু। চীক্লা থমখিসি। অহীং লেন্দ্রিঙৈদা থেংনহৌবসি য়াম্লা ফরবনি। মপুন্সি চুপ্পা সোনো চুরম্বা য়াবদগী কল্লবনি। হেলোই মঙানি মানা ওক্লরিবসি!"

ইঃ তোম্বীনৌদনিদা! মঙা শুখিদেদা। ওজা মাইবগীসিবু হেলোই অমদা পৈশা কয়া ওইরিদনো?

"অদুবু ওজা," ইনেমগী খোঞ্জেলনি, "হেলোইনি হার্যারিবদুবু চুম্লব্রম্নি?"

"চুম্লেনহ্‌ নঙবো। লাঙগনু থৌ তৌখিগে।"

"মঙাবু ওইগেরা তরাবু ওইগেরা হেলোইনিবু হায়রবদি ফরবনি।"

করিনোনে, ঐনা হেলোই ওক্লরগা হরাওরিব্রনে তৌরিসিবু। হেলোই ওক্লবসিবু হরাওনবরনে? অস মতমসিদবু? তেম্বীনৌ!

...ঙসি হুম্নি শুরে য়ূমদগী ইহেন হেন্দোক্লিবসি। চৎথোক্লীংদে। য়ূমগী মখাদা ঙহাক্তা লৈবা হৈনদবা ইনেম ইবেম্মসু চৎথোক্তে। ময়া নুপা হেলোইনা চেনখিনি হায়দুনা শঙলিব্রা খঙদে। মকৃ ইবুংঙোসু হান্নগা ইমান মান্নদে; পীশুম অনীদু শৃক্লুনদা মরৈ। মাসু ময়া নুপা হেলোইনা চেল্লুবগীদমক নুংঙাইত্রিবরা খঙদে। অদুগা থম্বালসু কৈদা অমনি। ব্যবহার কা অমা হেন্না ফগৎলকই। মথন্তা তৃমিন

তূমিন লৈগল্লি য়াম্না উপায় লৈজদবা মীগুম। খঙদে মাসু মখূৎতগী হেলোইনা মপুরোইবা মুল্লুরে হায়না নুংঙাইজদ্রিবরা। অদুবু ঐ মখোয়গী নুংঙাইতবা অসি থোইনা খল্লুদে। তোম্বীনৌবু খল্লুরগা পূক্লিংসি নিংকোক-নিংকোকই। অতৈগী নত্তে; লডু, বেড়া, ৱাতিন্নচিংবা খরা চাখিবদুগীনি। ৱাতিন্দু পেদৎনরদুনা উইখিবনি; মদু তীম্লোক নত্তনা অতে ওইরম্লোই খল্লি। অঙাঙবরা অঙৌবরা মদুদি খঙদ্রে। লডুগা বেড়াগদুসু য়াম্না চিংনবা অমা লৈ। অদুবু, মদুবু পীজগনিদো হায়দুনা পুরক্লিবা মাবু তনদব্রা খঙদে। ইশাবুদি অনা-অয়েকনচিংবা থোইনা নুংঙাইতবা য়াওদে। ওজা মাইবগী হৈ-শিংবনরা নৎত্রগা তোম্বীনৌনা ফত্ত-নুংদা কৈসু থোকহল্লোই হায়খিবদুনরা খঙদে। তশেংনা তোম্বীনৌদুবু লৈদা লৈবজাৎলা? অদুবু লৈতবা ওইরবদি ঐ তীম্লোক চারম্লোই। ওম্লোকপনিদা তোম্বীনৌ, নশক অদুক ফজরগা অদুক তমথীবা!

নুমিদাংদুদা থম্বালনা ৱারৌনা অমদি চিংননা হংলকই, “হায়য়ু নঙ তশেংনা হেলোইনা পুবরা? শেংনা হায়য়ু ঐঙোন্দা লোৎপীগনু।”

ঐনা খুম্মী, “করিনো থম্বাল হেলোইনা চেনবদগী ৱান্থদুনা লৈরম্মী হায়দুনা লায়কন্নবদগী ফরে। অদুগা নঙনা অমুক হংলক্লিবসিনা করিনো?”

মানা নুংঙাইতনা হায়রকই, “অদু লৈকায়না করি ঙাঙনৈ খঙব্রা? নঙনা লৈরল্লিবদু ইনে কবোক্লেখোয়গী অৱাংগী ইঙ্খোলদনি। পুখ্রী অচৌবদুগী মনাক্তা লৈবা লৌশঙ অদুদনি নফি নরোলগা তনাল তনাল, ননাক্তা থাঙ অকোনবিদুগা, য়েংঙুনে কয়াদা ভাব তানা ৱান্থরল্লিবনো হায়বা নঙনা ৱান্থরিবনি হায়দুনা তৌরিবদু। ইনে কবোক্লেনা করি হায় খঙব্রা?”

ইসে, ওম্লোকপা মফম অমদা ৱান্থরুইদা। ঐদি লোক্তাক মপানদরা হায়ববু। হৈখ্রেদা মাই তোম্বীনৌ হায়বীদো! ঐনা নোক্লগা হায়, “ইনে কবোক্লেনা করি হায়রিবা?”

“ফরেদা, হায়নীংবমখৈ হায়রসনু। ঐ য়াম্না ইকায়। নঙনা অসুম্না হেক তৌরক্কনি হায়বদি ঐ সুংথা থাজদবনি।” মা হীক-হীক কপ্পকই।

ঐ ভাব তাবা ঙমদে—“করিনো থম্বাল! ইমাখোয় তাররনি। করিনো শেংনা হায়য়ু। কৈদৌরগে? কপকনু।”

“ঐখোয়নী য়ানদুনা লৈমিন্নরিবা নৎত্রা? অদুগা হৌজিক্লা... ঐবু কৈদৌ হায়রিনো? মখোয়না ঐবু পোকপীবনি... থাদোক্লগা করম চৎতোইনো?”

য়ে য়ে ঐ ভাব তারে, ঐ ভাব তারে। ইশি শিনদুম নোক্লীংলকই। ব্রাখল অসিননিদনা ইনেম্না হেলোইনা চেনবনিবু হায়রবদি ফরবনিকা হায়খ্রিবদুদি। ঐনা নোক্লগা হায়, "করিগীনো নখোয়না ভাব অদুক য়াম্না ফরুরিবব্রু হা? মী হেলোইনা চেনবা ঐবু, ওম্বোক ওম্বোকপা, কপকনু য়েংনীংদে।"

"অদু পাবূংনদি নঙ হেলোইনা চেনবনি হায়বা শুংথা থাজদে। নুমিদাংব্রাইরমদু মঙোন্দা থম্মোয়দা থুম চাইবা কাইনা করি করিনো খরা ঙাঙখিব্রা? মানা পীরম্বা ইঙ্খাং-নাপীগী খাউদুসু লৌশিল্লমদনা অদুম লৈরম্মী হায়। মদু ফাওবা লৌশিনবা নংহন্দনা চেনবা ঙম্লিবা হেলোইদুবু কয়াম শক্তি লৈবা হেলোইনো? কনানা থাজদোইনো?"

হাই হাই করি মতৌনো তৌরিসিদি! ঐ লোইরেদনা! ইঙ্খাং-নাপীগী ব্রা তোক্লো, য়ুমগী ব্রাবু শুংনীং নীংশিংখিদমাল্লেনে ঐ! করিনো ঐনা খুমগদবা? লীচৈ খাঙবা চৎপদা তৌরিবনি হায়সিরা? অদুবু ইঙ্খাং-নাপীনা কোম্বোংদা থনম্লগা? মরম চাদে। অদুগা ঐনা শাউবদগীনি হায়রবদি? মসিনা অমুক্তা হেন্না চিংনখ্রনি। অদুদি ঐ হেলোইনা চেন্দবদা তারব্রা? কমদৌসিগেনে ঐবু? ঐনা থম্মোয় শেংনা হায়, "অতৈ ব্রাফম খল্লুনু। লৈকায় মব্রা লৌরুনু। অশেংবনি থম্বাল ঐ হেলোইনা চেনবনি।"

মা ঐন৷ ঙাঙলিবদু কয়া খোইজঙনা তাদবগুম তৌই। মানা থোকপা ঙাঙলি—
"...ঐনা হল্লকপদা নঙ লৈরমদে হায়দুনা খিনরম্মী। ঐ ঙন্না লাক্লদবনি, লম্বীদা গাড়ী য়ারক্তদুনা ব্রার্কশোপতা ফনা কুইনা শেমদুনা লৈরুরে। অদুবু য়াদ্রে। ঙরাং লৌরু লাউ হায়বনি। অদুবু ঙসিসু ঐ চৎতবে।"

"অদু ফরে কৈদৌরগে। ঐ কৈসু শাউদেবা। অদু ঐ হেলোইনা চেনবা অশেংবনেবা। থাজদ্রগা হেলোইদুগী মমিং ফাওবা হায়গে, তোম্বীনৌ কৌই খঙলব্রা হেলোইদো।"

"তোম্বীনৌ?" মানা ঐবু মুন্না য়েংলগা হায়রকই।

"কৌএ। মানা পুরিবনি খঙলব্রা?"

"অতৈ মরিদুদি করি কৌবা?"

"অতৈ মবি হায়বদি? ও, মাইবনা মঙা শুই হায়বদুরা? তৌশিন্নরিবনি, অমখক্তনি।"

"হোয় হোয়। মাইবদি কৈসু খঙদবনি। শেল পামদুনা পঙহায় হায়জিনবনি।

অদু নরৈগা কোন্দ্রবসু অদুম হায়য়ু।"

করিনোনে ঐবু! অরেং-অরেং পুখরেনে তৌরিসিবো! থাজবা অমদি থাজদবা অনীগী মরকসিদা ঐনা তৌদৌরিসিবু করিনোনে? পুম্নমক অসি তোম্বীনৌ নঙনা থোকহল্লিবনি। মীগী য়ুম্বাল-কৈবাল থুগায়রগা নঙ করি নুংঙাইহগে? নঙ হেলোই ওইদুনা অদুম লৈরনি য়াখিরোই।

"...হয়েংদি ঐবু বদনাম তৌবীবসু য়াই।" মানা হায়খি।

অদু নঙনা ঐবু পুবীরমদ্রবদি কনানা নঙবু বদনাম তৌরুদগে? লৌনম তৌবসিবু অফবরা?

"...ঐদগী ইরালনি। করিদি তৌনি নোংদম্বনদি মসিদা থোক্লনবা ঐবু শেম্বীরকপনি...।" মানা হায়খি।

উমঃ মহাক পেঞ্জখিদে। মাগী মঙ-হাগী পুন্সিগীদমক নোংদম্ববু তমথীনা শাপ তৌখি। মহাক কপচখি। পেঞ্জদনা কপচখি।

"...ঐগী মীমান্নদ্রবা পুন্সিগী থম্মোয় শেংলবা খুদোলনি মীৎকী পি; থম্মোয়না চুমথোক্লবা পি। মসিদি মঙ নত্তে, তৌশিন্নবা নত্তে...।" মানা হায়খি।

ওন্থোকপনি, উরিবা তাইবং অসিগী মনুংদসু তাইবং অমা—অদুগা পুন্সি কয়া! উবিদ্রবা, খঙবিদ্রবা, তাবিনবা লৈত্রবা মাগী তেংথাখোল! মাগী পুন্সি! হোয়, তোম্বীনৌ ঐ নঙবু বদনাম তৌরোই। পুন্সিদা তৌরোই। নঙ হেলোইনি, অদুবু য়ানীংবা কয়া লৈরি নঙোন্দা। অদুবু করিগীনো নশাবু অদুক মীরায়জরিবা? করিগীনো হে নীংথিবী নশাগী শম্লাংবু অদুক চেকশিন্দ্রিবা? নঙবু অদুম্না তৌদুনতা লৈরব্রা? করিগী অদুক ঙাওশিন্নরিবনো? অদুম্না খক তৌনু। খক তৌনু...।

"...ফরবসু ফৎত্রবসু ঐ নঙগী নুপীনি।" থম্বালনা হায়রকপনি। তোম্বীনৌদা চোইথোক্লুরবা ঐগী ব্রাখল ঐগী থম্বালনা অমুক ফাজিল্লকই—"ঐঙোন্দা পেন্দবা লৈরবদি ফ-চৈদুনা ব্রারকপীয়ু। মখোয়দা নুংঙাইতবা লৈরবসু ঐঙোন্দা তাকপীয়ু। অদুবু থাজবিয়ু মখোয়না নঙবুদি য়াম্না নুংশিজবনি...।" মশা পূম্বা খরা খরা ঙাথরকই তোম্বীনৌনা তৌখিবগুম, "ঐবুদদি থাদোকপীগনু। উপায় লৈতবীনি ঐ। থৌনা য়াওদ্রবীনি। ঐগী হায়ববু থম্মোয়সিখক্তনি। মসিসু নঙগীনি।" মাগী মশমদুনা ঐগী মায়দা চাইথরকই। য়েংনা য়েংনা মাবু উরক্তে।

ঐবু অমুক পঙথরব্রা? ওন্থোকপা তাইবং অমনিদকো মসিসু। থৌনা য়াওদবী মাগী করম্বা থৌনানোনে মসিবু? অঙকপনি, তোম্বীনৌনা ঐবু থাদোক্লম্মী অদুগা

হায়রম্মী—উপায় লৈতবীনি। থম্বালনদি মাবু থাদোকপীনু হায়রি অদুগা মাসু হায়রি—উপায় লৈতবীনি। কনানো মখোয়নীগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না উপায় লৈতবীসিবু? বিক্রমাদিত্যনা করি হায়না খুন্মকবা? মাবু চেৎনা কোল্লুই।

"উহঃ হিংচাবসিদি!"

জুলাই, ১৯৯১

## নোক্লীংদবা ফাগি

১

**ঙসাই** অয়ূক চাকচা হেক তোকপগা ময়ূমদগী থোকখিবদুনা হৌজিক্তা হল্লক্লি তোয়াইমা। ঙসি মরিনিমুক শুরক্লে মানা লৌফম অমত্তং উজগে হায়দুনা কোয়থি থিরক্লিবসি। অদুবু লৌফম অমত্তসু ফংদে।

মাগী নুপীনা হায়রকই, "নাউরেম তাদখোয়গীদু মরাক অমদি শানগনি হায়বগুম তৌই। হংবিরকপ্রা?"

তোয়াইমা খুমদে। পাউখুম হায়বু মাগী শূকথরবা মায়থোঙদুনা ওইহ্রি। বিড়ি অমা লৌথোক্তুনা চম্মী। ফূইনা হৌরক্লিবা নোংদু য়েংলুরগা মমায়দু হেন্না মকশিল্লকই। হেন্না নীংবা কায়রকই।

হান্নদি লৌফম অমা উজরম্মী। অদুবু হন্দক্তা শংখ্রে লৌপুদুনা। মীঙোন্দা য়োনথোকখিবনি। অদুম্না তৌগনি খঙদবনা তোয়াইমদি লৌফমদু খোয়বসু

হৌরুরবনি। হন্দক্তি করি ফৌ থাসিগে হায়না ৱাখল তৌরদুনা নোং তারকপা ঙাইরম্বনি খোঙগ্রাই চল্লদুনা নীংঙাইদনা। অদুবু ইখঙ হেক খঙহৌদনা, ইতাক হেক তাক্লমদনা খোঙগ্রাই শৎপা নংদবমখে ওন্থোক্লা থীনা ৱাইরে। ঈন্না কাওনবগা নংদে। অদুম লোংনা তারে। ফনা ফজনা চৈনাখোল ফংঙি।

লৌপুদুসু নুংঙাইহৌদে। মচানুপা থবক তৌহন্নবগীদমক য়োন্দা য়াদদুনা য়োল্লিবনি হায়না নুংঙাইতনা লৈহৌই। লাইরিক্তি আ-য়ৌনা তল্লবা, হৈরবা অদুগা সরকারগী থবক নত্তনা অতৈ থবক অমত্তা তৌনীংদ্রবা মতমগী নহারোলশিংবু, থোইদোক্লা মচানুপাবু য়াম্না শাউনীংনা পোরোক শোলহৌই মচীন্দা। তোয়াইমগী খনবদসু মমায়দু ইমক মকহৌই। হায়হৌই, "উপায় লৈতদুনা তৌরবনি তোয়াইমা, শাউনু। ঐ খঙঙি নঙ ৱাজরক্লবনি। অদুবু পোখারোনেকো।" উপায় লৈখিদে তোয়াইমা। হায়জ-নোঞ্জবগা চঙখিদে। হল্লকই পেহৌ-পেহৌ নীংবা কায়না।

মচানুপা থবক তৌহন্নবগীদমক মশাগী লৌ-ইঙ্খোল য়োন্থোকপা থোইনা অরুবা ৱাফম নত্তে। অদুগা মদু লৈবাক মচা তাদবা থোইনা ধর্ম্ম লৈতবগী মতৌসু নত্তে। তোয়াইমা য়ানীংদবা তৌদে, মাগী ইমুংদা অৱাবা তাজরবসু। অদুবু মমাঙঙৈদগী উজদুনা লাকচরবা, মশামক্কী মরৌগুম হোৎনদুনা লৈজরবা অদুবু হান্নসু খঙহনবিবা তৌদনা হিংশৎ হেক্তা শৎপদুদি হিংসা খরা মাঙওইনবরা খল্লি। লৌপুনি, ঙস্মী মতাগুম পঙতৌ তৌবা মাল্লি। "পোখারোনেকো" হায়বদু করম্বা মখলগী পোখাবা ওইরিদনো খল্লকই। পূক্লিং নুংশিদবা ঙমদে তোয়াইমা। চপখায়বা য়াবা চপখায়রুরগা মপুদুনা কোলুগী শমিন অনীদুদগী পোখাজরুরো হায়দুনা থাদোকপিরক্লবা শনদুদি মহী-মনাই য়াওদ্রবা অকংবা চুবা খরদু শারগা নুংঙাইনা পোখাজবা ঙস্মী। অদুবু তোয়াইমদি পোখাবা ঙমদে। মাগী দুনিয়াদি কোলুনি। শমিন অনীনা চপ্লবা পোৎপু অদুগী মখাদা চঙজরগা কোলু অদুতবু লৈখায়জরগা মাগী নুংঙাইবনি। মদুদগী খক লাপথোকচনীংদে মহাক। হেক লাপথোক্লবদা দুনিয়াগী চুবা চাবা ফংলোইদৌরিবনি।

অহীংদু তোয়াইমা তুম্বা য়াদে। কয়াম থেঙঙ্খ্রবনো খঙদে। মচানুপী অহলদু ফনা থেঙলফাওবা লাইরিক পাদুনা লৈর্বনি। অদুবু থাউমৈ থানবা উদে। মাগী নুপীসু অহীং ফনা থেঙলফাওবা ইমুংগী থবক-ইঙ্খাঙ লোইশিল্লগা লাং শাদুনা লৈবনি। অদুবু মাসু ঙন্তানা ফমুংদা চঙখ্রে। মচানুপা অতোম্বদু শুম্বা চঙখিবদগী অদুম থোক্লকখিদ্রে। হেক্তা চীকই ইমুংদু।

মখোয় মরিতনি ইমুংদুদা লৈরিবদু। সরকারনা পাল্লিবা অপীকপা ইমুং হায়বদুদি

চপ চানা ওইরবনি। লৌ ইখোল লৈবা নত্তে খঞ্জদুনা য়াইফ-যুম্বালগী পাউতাক ইন্দুনা চৎচরিবনি। অদুবু "অপীকপা ইমুং নুংঙাইবা ইমুং" হায়বা মহী-ময়াই কনখ্রবা মন্ত্রদুগী সিদ্ধদি ইফং ফংদে। মীগী লৌ উজদুনা ফৌ খরা ফংজবদুসু কৃপ্নগা শায়রগা য়োৎচবা নত্তে; চিরি-চিরাদা চহী অমা লেন্নবা হোৎনজরিবনি।

তোয়াইমনা খল্লকই—ঐ অসিদি ওন্থোক্লা শেংজখ্রবা অদুবু পঙজখ্রবা মুগা তীল অমনি। অসুক কুইবসি মীগী মরল চার-চারগা নীংঙাইবা লৈতনা ইহুম হাইরুই। ঐগীনি খন্না হরাওজরুই। অদুবু হৌজিক্তি নীংখায়রক্লে। ওন্থোক্লা শোনখ্রবা জীবনি ঐসিদি।

অদুবু করিদি তৌনি, মশাগী মরৌ লৈজবদি নত্তবনিনা শোল্লি খঙনা খঙনা মুগা তীল ওইবদা তারকই। অদুবু কনাগী কেগেদনো হৌজিক অমুক মহুম হাইরুগদবা? ফনা লুবা ব্লানি। হৌজিক্তি মহৌশাগী য়েন্নীংথা ওইজরবসু লৌমীগীদি নাকেন্থানি। পূক্কে-লনগে লোইশিন্নরকপগী ব্লাবনা ফেৎ-ফেৎ হাইবা মতমনি। মতম অসিদা করম্বা লৌপুগী লৌনো হাঙনা লৈরমগদবা? করম্বা লৌমীননো মাগীদমক মিনুংশিগী খূৎ থিন্দোকপীরক্কদবা? জ্ঞান তাদে তোয়াইমা খনবদা মম্মী।

অরাপ্পদা হূই অনীখক কন্না চীক্লরকই। মনাকোং থাংগত্তুনা তায়। অদুম চীক্লরি।

ফমুংদগী তপ্না কুমথরকই তোয়াইমা। লময়ায়দা থাল্লিবা থাউমৈদু পায়দুনা চাকশঙদা চঙলকই। ফৌগী কোৎ অদু চাকশঙগা পূন্না লৈরি। কোৎ অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লকই। য়াম্না তপ্না কোৎকী থোঙ অদু হাংদোকই। লৈরিবা ফৌ খরদু য়েংলকই।

"বাবা।"

ইখং খংনা মৈ অদু খংমূৎ মূৎথৎলি। ইফিং-ফিংনা খুমখি, "ভূমদ্রিবরা নঙবো!"

২

নোং কন্না চুরি। পৃথ্বি খোঙবাল ঈশিংনা পূংথন থনখ্রে। মনীং পাৎ ঈশিংনা পূংলং লংখ্রে। ঙা ফাবশিংদি হরাওজবনা লোইখ্রে। ইঞ্চিংবীশিংনা অহীং-নুংথিল খঙখিদ্রে। অদুগা খরা অমদি লৌ থূম্লে হায়দুনা ব্লানরি। অদুবু অমনা ঙাওবা অমনা তানদে। অমগী ব্লা অমনা লৌনদে। মহে-মহে মাগী-মাগী পূংলাং লাওঙি পূংনিল নিল্লি।

তোয়াইমসু পাৎতা হি তোংদুনা চৎলি অয়ূক খূদিংগী। শজীক ফাল্লুই মাগী শন অনীদুগীদমক। অদুগা লাং কাইদুনা থুরম্বা ঙা খরসু হেক-হেক পুরকই। নুমিদাংৱাইদসু লাং কাইবা চৎলি। য়াম্না ফারকপদি নত্তে, ঙাবেম্মগুম্বা, ফাবৌঙাগুম্বা ঙা মচা মশু খরদনি। অদুবু মদু য়োঞ্জরগা নোংমদা লুপা তরা অমা করি অমদি ফংবা ঙমজে। মরক মরক্তা লুপা নিফু য়াঙ্খেমুক্কা তাবা ঙাগসু ফারকই। মানা থারিবা লাংদুবুদি ঙা মচা ফানবনি। ময়ূমদা মাগী নুপীনা লাংমীৎ খূনা অপীকপা ঙাগীদমক শাবনি। ঙা অচৌবগীদমক লাংমীৎ লাওনা শাবসিদি পৈশা মাঙঙি; অচৌবা ঙাদি কয়া থুগন্দে। অদুবু লাইবকপু ফরবদি লাংমীৎ অখূবদসু অচৌবা ঙা য়েৎশিন্দুনা অদুম থুই। তোয়াইমগী লাংদবু অচৌবা ঙা থুরবদি লাংদু অমুক হন্না লৌবা য়াদ্রে। অশোনবা লংনা শাবা লাং ওইবনিনা অদুম শেগায়রে। মী খ্বাইদৌনা মোরেগী অকনবা লাং লৈবা ঙমদে মহাক। অদুগীসু মথক্তা মশাগী কোম লৈজদবনিনা মমলতিংনা লাং লৈরম্বগী কান্নবসু লৈতে। পাৎ অদু হৌজিক্তি পীশক পীকশিনখ্রে, পাৎ তাবশিংনা মাগী মাগী মফম কনশিন্নখিবদা। নীংথিনা লাং থাফম লৈত্রে। হিগী হিরম অদু ফাওবা খোঙবালমুক্তা চাউখ্রে। অদুবু ইঙা ইঙেলদদি হিরমগীদমক থোইনা চিন্তা লৈতে। কনাগী কোম, কনাগী ঙা—অমত্তনি; অচৌবা ঈপাক্তি।

নোংমা অয়ূক অমদি তোয়াইমদু চাউরবা ঙা অমা ফারকই। মাগী লাং অদুদা য়েৎশিন্দুনা থুরম্মী হায়দুনা শজীক মরক্তুদা য়েপশিন্দুনা পুরকই। ঙা মচা মশু খরসু য়াওরকই। নুপী অঙাং পূম্নমক-হরাওবনা লোইরে। তোয়াইমদি বিড়ি মচৈ অমা থক্লদুনা মাঙ্গোল মচী অমদা তুমিন্না ফল্লি। করিনো অমখক খল্লি।

"বাবা সিবু ঐখোয় লাংদুদা ফারকপনি হায়বা?" মচানুপীনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "অদুদি লাংদুদি ফজরম্লনিবু!"

"মাঙজসনু।" মাগী নুপীনা হায়রকই, "অসিগুম্বদা থুবীয়ু, নুংতিগী শেগায়বীয়ু হায়রিবনি।" মাগী নুপাদা মখা তারকই, "অদুবু ফজনা পুবীরকপা য়াদ্রো? শিহল্লমদ্রবদি কয়দা ফগদবনো?"

"ইমাই পেম্মা," তোয়াইমনা বিড়িগী মৈখূদু কামথোক্লগা হায়রকপনি, "ফবু ফমনখ্রে। লূমখ্রবা শজীক মপূল অমসু পুরকপা, অদুক চাউবা ঙাদুসু য়াল্লকপা কনানবু ঙমগবনো!"

"হোয়দা, হৌজিক্তা শিবসিবু। নুমিৎ মরি মঙানি লেল্লবা ঙাদফাওবা অদুম লৌনরিসে।" অসি হায়রম্লগা ইমুংদগী ঙা হাপ্নবা লূবাক অদু লৌথোক্লুই। ঙা অদু

হাপচিল্লি। নোকফেৎ তৌনা শোল্লকই, "লূবাক অসি হেক লৈরকপদগী অসুক চাউবা ঙা অমুক্তসু হাপখিদ্রি! য়ামদ্রবদা লুপা চামদি হেন্না শীৎলনি। ফংজৌবু হায়রবদি করিসু লৈতবা লাংদুদসু য়েৎশিন্দুনা হেক থুই। ঈশ্বর লৈতবদি নত্তেকো।"

"মদু ঐখোয় স্বায়সিদা য়োনবগা য়াদেকো। শোৎকে হায়রক্কনি।" তোয়াইমনা হায়রকপনি, "আ-বাজারদা য়োল্লুগদবনি, ইম্ফালদা।"

"অদুবুদি ঐদি ঙসাইনা খঙলেদা।"

"তোয়াইমা!" কোম্থোংদগী ব্রজগুম্না খেকথরকই, "মহা পাপ্পী!"

তোয়াইমা খংপ্রেক খংঙি। মাদা নত্তে নুপী অঙাং পৃম্নমক খংঙি। খুদৈ কৌরপ শেৎপা অহল অমা য়াম্না ফিংনা তহা -তহা চঙলকই তোয়াইমবু চৈর-চৈরদুনা।

"মীগী কোমদা শজীক ফানবা চঙলক্লগা ঙা হূরানবা হৌনব্রা মহা চন্দাল! ঙরাংদসু কলামুগী লূ কাইরুবগী ফূরকখিবদু কাউরব্রনে হৌদোং অনাবা মানবা নঙবো! করিনোনে নঙনা হন্দক মরক তৌখৎলক্লিবসিবু?" অদুদগী লূবাক মনুংদা লৈরিবা ঙাদু উরকই। চঙশিন্দুনা তাপ লৌই। ঙাদুদা মুন্না য়েংঙি। খীত্তং নুংঙাইজবগী মমি অমা মায়থোঙদুদা তাই। অদুদগী তোয়াইমদা য়েংলদুনা অমুক খেকথরকই, "থীদা, খঙলরোই ককাইনা শজীক মরক্তসু য়েপশিঞ্জা শারিনে। লাংগদু লোইনা থদৎতুনা থন্নল্লিনে।" অদুদগী ঙাঙ-ঙাঙদুনা চৎখি, "চনিয়াঙ্খে পীবা মোরেগী লাংনি। নীংথিনা লৌথোকপিরবদি কৈসু তৌরোইদবনি। হূরানবনিনা লোইনা থদৎলল্লেদনা! মহা পাপ্পী, মহা চন্দাল...!"

অদুম চৎখ্রে। ব্রা-লানগা অমত্তা ঙাঙনবা নংহৌদে। খুনু খরংনা য়েন্নাও লাকখিবদু মঙায়।

স্বর অমা শাংনা হোন্দোকই তোয়াইমা। থকপা কাউরুরবা বিড়িদু থকপা হৌই। তুং হন্না য়েংথোকলুই তোয়াইমা। মাগী নুপী, মাগী মচা মমীৎ মনা চপ য়ুংদুনা লৈরম্মী। মমায়দু তপ্না অমুক লৈথোরকই। অদুদগী ইশি-শিনা নোকথোরকই।

*জুলাই, ১৯৯২*

## অমোৎপা অমখক

**তেবল** ক্লোকতু খীংলকই। উই্ কাঙখল মনুংদগী পূংশিং কাটাদুনা মঙাদা লৈবদু। মসিগী মমাঙদগী ঐ মীকপ থোক্লবনি। হৌগৎপদি তৌদে। করিগী হৌগৎত্রিবনো? ঐ খঙদে। ইশাসি ইচোক চোকথৈ। হৈনীংদে, ব্রাকল-ক্লোককী পেন্দলূমগুম মরক ময়াদা লৈ ব্রাখলসি। পূং নিপাল তারব্রা? হেল্লম্বসু য়াই; ঐ য়েংখিদে। লাকপগা ফমুংদা ফি হোংবোই হোংদবোই ফদ্রাক অদুম তারে। মঙগুম-হাগুম তায় ইমানা চাক চাররোইদ্রা হংখিবদু। ঐসু চাররোই হায়না মঙগুম-হাগুম খুমখি। মখাদি? খঙদ্রে মঙ ওইরম্বসু য়াই। খঙদ্রেদা অদুম তূল্লমাল্লে।

ঙরাংদু মখোয় কয়ানো? নীংশিংবা চুল্লিব্রা? মদুগুম্বতা খন্দুনা লৈরব্রা? নত্তে, ঙরাং মেনেজরনা শেৎখিবা ফিগী মচু ঐ খঙদে। অদুগা করিগুম্বদসু উফম চাদবা মীগী অশোয়বা উরুই। উনীংলুবা নত্তে। উরুবনি। অদুনি মসিগা চপ মান্নে। খন্নীংলুবা নত্তে খল্লুবনি। অদুদি ঙরাংগীদু মখোয় কয়ানো? ওঃ চাননা হংলবা! তোকসি, ঐ খক খুল্লোই। মরৈ তৌবনি মদুদি। মরৈ তৌদুনা ঙল্লগা অচুম্বা ওইরোই। পূক্লিংনা য়ানীংবা

হায়বা অমা লৈবনি। মদু থিয়ু। খঙঙু! মখোয় মী কয়ানো—নীংশিংবা তল্লি ঐ। মদু পূক্লিংনা য়ানীংদে।

"নহাকপু অসুম্না হেক তৌরব্রা?"

ওঙ্গোক্লা অঙাংনি নুপাদু। ঐগী ইশকসিদা ঙাওবনি। অদুগা ইচৎসিদা খাঙবা ঙমদবনি। মথম্মোয়দু পুবা ঙমজখিদে মহাক—"নঙবু মসিদা করিগী লৈরম্লিবনো? ...অসুম্না হেক তৌরবা!" মতৌদুদা নোকখি রাশি য়াওদনা ঐহাক। ওঙ্গোক্লা অঙাংনি নুপাদু।

করিগীনো মানা ঐগী পুন্সি ব্রারী হংলকখিবদুবু? করিগী খঙনীংখিবনো? "নঙসু থম্মোয় পানবনি নথন্তা হংজৌদনা।" অসুম্নদি খুমখিদেদা ঐসু। খুল্লমগদবনি। ইশাগী ব্রারীবু ইশানা লীজগদ্রা? ঐগী পুন্সিবু ব্রারীরা? নত্তে, ঐগী পুন্সিবু মঙোন্দা তমখিবরা? ঐগী হৌখিবা---ওইথোক্তবনি। অদুক তোন্থজরম্লোই ঐ। তোন্থজরম্লোই। অদুবু খঙলমগনি মাগী থম্মোয়নদি। মাগী থম্মোয়না; ওঃ থম্মোয়! ঐনা থম্মোয়গী মরমদা খনবা, থম্মোয়দগী লাপ্পা চেল্লবা ঐনা! নাত্তে য়াম্না চাদে।

উমঃ ঐ ঙরাং চাক চাদ্রে। হোতেলদা চারকপরা? নত্তে, কনাদসু চারক্তে। করিগী? পৃকসি ইথন থনগৎখিবা, মখোয় ময়ামগী সেবাদা ব্রারবা, ব্রামন্দুনা চানীংদ্রবা। উরেদনা হেন্দ-বেগ তেবলদা তাদুনা লৈরিবসি। ফি-রোলসু চয়েৎ চনৈনদুনা লৈরিবসিনি।

"ইবুংঙোমচা!"

"হুম।" তেন্না খুল্লম্মী। হৈনীংদনা থোকখি।

অয়ূকসিদা কৈদৌবিরবনো অঙাংসিদা। ওঃ ঐ কাউরেদনা মাগী লাইরিক্তুদি। ওঙ্গোকপনিদা ঐসিসু। কয়াম কুইরবনো লেপ্পল্লা। ঐগী ইতৌসিদা লৈরক্লম্লরোই খল্লবজাংলা? চুম্মী, লাইরিক খঙদে অমা খঙদে মাগীদমক লৈরকখিবা পোৎশক অমা নোংমা লেন্দে খুদক্তা পী; কৌদুনা নৎত্রগা মনাক্তা চৎতুনা, তূম্লম্লবসু হৌদোক্লগা। ইমানা মসিদা ঈরাং তৌই হায়দুনা হেক হেক চৈ। ঐগীদি হৈনবীনি, মসিদা নুংঙাইজে। ঙরাংদি ঐ মাবু কৌরমদে। মশক ফাওবা উখিদে। তশেংনা কাউই। মদুগী ব্রারৌরিব্রা? ঐগী লাইরিক লৈরক্লব্রা হংলম্বা য়াবনি। করিগী হংলমদে? হংদ্রবসু য়াই কৈদৌগে? অদুবু মাবু লৈরক্তে হায়বা তশেংনা খঙলব্রা? মদু ফাওবদি হংলম্বা য়াই, ঐ মচেনি। লেপ্পল্লিবা অমদি থোকপ্লিবা খোঙথাংদুনদি শোয়দনা হংগদবনি। মহাকসু মথন্তা থম্মোয়নুংদা ব্রাহং কয়া হংজবা পাউখুম কয়া শেমজবা হৈরবজাংলা? চহী মাপলগী

অঙাং মানবু' মদুগী চপ চাবা মাগীসু থম্মোয় পাল্লি। ওঃ অদুদি মাগীসু লৈবমগনি পাউখুম শেম্বা ঙমদ্রবা ব্রাহং কয়া...।

ঐবু জাৎ-জাৎ যাম্না খলহল্লে ইবুংঙোমচা নঙনা। পূক্লিং যাম্না নুংশি ঐ। কবিগীনো, পূক্লিং নুংশিবদি অনৌবসু নত্তনা? অদুবু ঙসিদি যাম্না নুংশি। কবিগীনো নঙনা ঐসিবু ইকোই কোইহিবিবসিবু ইবুংঙোমচা। ঐবু নচেনি খন্দ্রববা? কবম্না খনবগে? ঐগী অচুম্বা লৈ। ঐগী আশা লৈ। মসিবু মীৎকী পি ওইহনগে খনব্রা? হোয় মীৎকী পিসিদি লৌ। নঙগীদমক তূংশিল্লিবনি, কপকদবা নত্তে নঙদি। খঙঙ্ঘ নোক্লবনি মতম কুইনগী। ঐনা হৌজিক কপ্লিবসি মদুগীদমক্কি। নঙ খঙঙ্ঘ মদুগীদমক্কি।

ঐগী পুক্সিদি নিশাগী মচল অমনি। শীম্বিবা পিনি কবি গুম্বদনা। ঐগী চীনবানসি যেংঙু খ্রক খ্রক কংলিবা' অদুবু মসিনা ঙম্মী খোইথূম্নবা মীনোক অমা পীবা, কনাবু শুমহৎনবা। ঐগী শল্লাংসি যেংঙু। মসি অমম্বা অহীংনি মযাই কাবশিংগী। হোতেলদুদা লাকউ। ঐগী মিং থিবকউ। মদুদা খঙগনি ঐগী শল্লাংনা কযামুক ফজবগে হায়বদু। লাকউ, শল্লাংসি থাদোক্লুনা লৈবমগে ঐহাক।

নোংমা ঐনা হোতেলদগী থোবকপদা শান্তিনা কৌই হায, মাগী বাহৈদুনদি ঐনা তাখিদে অসিনি। ঐ নীংশিংবা ঙমদ্রে। কুংলব' মীবক অদুদা' কনাসু উদে ঐ। ইশামক্কী শেৎলিবা ফিজেৎ (ঐনা কোলেজ তম্লিংঙদা যববসু ফৎত্রবসু লৈজবা খবদুদি নীংথিনা শেৎ-ইন্দুনা ইকায খুম্নবা ডাকচৈ। হৌজিক্লা ইকায খুম্নবীদ্রনা ঐগী হকচাংবু যোমশিল্লিবা থোইদোক্লা মমল নাইববা ঐগী ফিজেৎ লৈতেং) কমদৌখি খঙদে। অমত্তা খঙদে। অপূনবা খোঙথাং অমদানি ঐনা হোতেলদগী হেক হেক থোবকপদ। তশেংবসু শান্তিনা কৌবা তাবদ্রোই। ফবে তাদ্রসনু। তাবমদবনা হেন্না ফৈ। ঐবু খঙবা কযাগী মমাঙদা মহাক ইকাযগনি। মাসু অনীবক হন্না কৌবক্লমদবা য়াই। হোয, যাই। নত্তে নত্তে অসুম্না খনগদবা নত্তে। মাদি ঐশুম্না অমম্ববু হৈনবা নত্তে। কৌবমগনি হন্না-হন্না অঙানবদগী অমম্বদা লৈবিবা ঐবু। ঐনা তাখিদবনি। পুক্সিগী থবক্কা মী ওইবগী মবীগা মান্নবা যাবোই। অদুবু মান্নদবা অসিদা ঐনা মাবুদি যাম্না কল্লকচৈ। অদুগা মানদি ঐবু কল্লক্লল্লোই। ঐদি মাগীদমক ব্রাকদে, অদুগা মাদি ঐগীদমক ব্রাবীবনি। খেন্নবা অসি ঐ যাই। মসিনা ঐবু লৈতাহন্দে। ঐবু ব্রাহল্লি। ঐবু অত্তিংবা ওইহল্লি।

লৈবাক্কী আইন্না কনা গুম্না অমত্তবু মথন্তা শিজহনবা যাদে। অদুগা হিংনা হিংনা শিহনবসু যাদে। অদুগা কনানা কনাবু হাৎপসু যাদে। ঐসু ঈ তৈববা থাঙ পায়খিদে।

লৈবাক্কী আইনবু য়াম্না কিজবী নুপীমচানি ঐদি। অচুম্ববু য়াম্না পামজবীনি। অদুবু অঙম্ববুদি অচুম্বনি হায়না লৌদে। অঙম্বদি অঙম্বনি। অদুদা লুরিবদি সিনি—অঙম্বনা আইন ওইখিবসিনি। য়াম্না ফৈ ঈ তৈরবা থাঙ পায়রমদবা; থাঙ অদু ঈ তৈহল্লমদবা। ঐগী ইমা লুখ্রাবীনি, লায়রবীনি। অদুগা ঐনা লায়রবীগী মচানি। ঐ করিসু খন্ড্রে মাঙখ্রবা ইজ্জৎকীদমক। ঐ ৱাদ্রে মপু লৈত্রবা ইরল অসিগীদমক। লৌশিং অসি লাক্লে হৌজিক্তঃ অসিগুম্বা ইজ্জৎ, অসিগুম্বা ইরল, অসিগুম্বা মতমসিদা করিসু কান্নদবনি; মাঙখিগদ্রা শেন্নজবদা হেন্না পাঙ্গল শোনবী ওইহনগনি, হেন্না অফা অপুন্নগনি। হৌজিক্তি ওথোক্লা ৱাই শংলে। ঐগী য়ানীংদবা অমত্তসু লৈত্রে। ঐবু ফীভম অসিদা থম্বীরল্লিবা মহাক ঐনা থাগৎতবা ঙমদে। মাবু থাগৎচরি। হৌজিক্তি হিংনবগী লম্বীদা কয়াদা অচৌবা মতেং ওইরবা। ঐ মাবু থাগৎচরি।

অদুবু ঐনা য়াম্না কিজবা অমা লৈ। মহাক অদু অতৈ নত্তে, ঐগী পীক্লিবা ইপ্পানি। মানা নোংমা ঐনা চৎলিবসিগী মরম হংলকখি, মদুদা ঐহাক স্বায় লাউখি। ঐগী পাবৃংদুনা হেক হংলকপগুম তৌই। মাগা পাবৃংগা য়াম্না মান্নে। ঐ মাবু য়াম্না কি। অদুবু ঐনা হোৎনজরিবা পূম্বসিদি মাগীনি। মানা হয়েং চাউরকপা, মশক মঙাল নাইরকপা, অচৌবা মী অমা ওইরকপা—মীকূপ অদুগীদমক্তনি। ওহঃ মহাক চাউরক্কনিকো! চৈরক্লবদি—"নঙবু ইচেনি হায়নীংদে। ঐঙোন্দা নঙগী তৌবিমল লৈতে।" অসুম্না ঐগী আশা ওইরিবা মহাক্না পূম্নমক মাঙ-তাক্লবা মতৌদা পাউখুম পীরক্লবদি কমদৌবা! নৎত্রগা মপি তানা হায়রক্লবদি—"অদুগুম্লবা লৈহাওদা চাউরকপনা ইচেগী লমন ইজ্জৎনা শিংনবা ঐগী ইজ্জৎ লৈতে!"

ঐ কপ্লব্রা? হোয়, ঐ কপ্লে। নীংশিংহল্লি তত্তনা, ঐদি শিরবনি। অদুবু চাননা শিবদি নত্তে। চাননা শিবদি য়াদে। অদুনা ঐ কপ্লিবনি। অদুগা শীন্থরিবা পি অসি কচ্চরিবনি মীংকী পি লৌবীবা কনাগুম্বা অমদা। নিজরিবনি, ইথন্তা শিজবগী থৌনা অদু ঐঙোন্দা পীবীগনু।

অদুবু ঐনা খল্লি। ঐনা থাজে—ঐগী ইপ্পা শোয়দনা লাইরিক হৈবা মী ওইগনি। মানা কৈদৌনুংদা মচে ঐবু লান্না লৌরোই। পুন্সিগী অর্থবু চুম্না হন্দুনা পূম্নমক্কী অচুম্বা অমা শোয়দনা পুরক্কনি। ঐনদি খুমজনীংবা ঙমদ্রি ঙমজদ্রবা পাউখুম কয়াসু মানা খুমদুনা ঐবু হেন্না ফজনা ৱাংনা পুথোক্কনি মীয়াম মমাঙদা। নত্তে নত্তে! অদুক য়াম্না তৌবিদ্রবসু য়াই। ঐগী হুমাংমল অদুক য়াম্বিদ্রবসু য়াই। শূপ্পতগী মা খক্কী, মা খক্কী লংলবা পুন্সি; অদুগা অমম্বদগী মাবু ঐনা য়েংজবা। মসিনি, মসি খত্তনি ঐনা পামজবা।

মসি খক্তনি মঙোন্দগী ঐনা পাল্লিবা পাউখুম।

পুন্সিসি ব্রাহং পাউখুম্মি। খুম্বা হৈরগা লোইরে। য়েংঙু, হৌজিক্তা খুমখ্রিবা, শেমখ্রিবা ব্রাহং কয়া পাউখুম কয়া অদু! ইশাসি অওইবা ওইনা কয়াদা চোকথরিবা অদুগা অমুক কয়াদা পোখাবিবা! হোয, পুন্সিসি ব্রাহং পাউখুম্মি।

পূং নিপাল্লা তাগদৌরিবসি? য়াম্না থেঙলবজাৎনিদনা! হৌগৎপা তাই ঐ। মসিদি যুমনি যুমগী চৎনবী তৌবা তাই। ঐ হৌগৎপা তাই। ঐ হৌগৎলগে...।

ঐনা খল্লি। ঐঙোন্দা ভৃংলিবা ঐগী ব্রাখলগা ঐগী হকচাংগা মবী লৈনদে। থম্মোয়গসু মরী লৈনদে। হকচাংনা হকচাংনি, ব্রাখলনা ব্রাখলনি। থম্মোয়না অপাম্বা খুদিং ঐগী ব্রাখলনা পামদে। ব্রাখলনা খনবা ঙাকসু ঐগী হকচাংনা তৌদে। ঐনা খল্লি—ঐ অসিবু করম্বা লিংজেল মান্নদ্রবা আত্মা অমগী মপূনো? ঙবাং নুপা অদুগী অদুক হৈনীংবা মতম অদুদা ঐদি কবিনো অমা খন্দুনা লৈথোকলুই। মানা কযাদনো শাউখিবদু। মানা হায়বদুবু কবি, “নঙ হৈনীংগদবনি। নঙ তল্লোইদবনি। নঙ নোক্কদবনি...।” ওঙ্খোকপা পোৎলুম অমনি ঐনা পুখ্রিবদু। ঐ অসিবু কবম্বা থব্রায পানবা শান্নপোৎনো? তৌবগীবুদি ঐবু শান্নপোৎনি খন্দুনা চঙলকপা মখোয ঐগীসু শান্নপোৎনি। অদুবু মখোযদি অদুম চৎখি, ঐদনি লৈহৌবা! ...ইসে ঐ তৌগৎ্রিদনা! ঐনা হায়দুনি, ব্রাখলনা খনবা ঙাক হকচাংনা তৌদে।

ঐ হৌগৎলে। অমুক চৎনবা। শান্নকুগনি অহিংবা কনাবু অদুগা শান্নচনগনি শিববা ঐহাকপু।

ঐনা চৎলমদাইদা ইমাগী মকশিল্লবা মাযথোঙ, পিবোয়নববা মমীৎ, চবমদা ফুল্লিবা স্বব, লোম্ঘোক্রবা অচুম অবান লেপ্পুবা ঙমদ্রবা থম্মোয়গী উপায লৈত্রবা ব্রাহং, ঐনা উকবা য়াব্রা? মদু কৈসু অনৌবা নত্তে। অদুগা মদুবু খৈদুনা চৎপা ঐসু অনৌবা নত্তে। ঐ কবিসু খল্লুদ্রে।

“ইচে,” ইবুংঙোমচানানি, “ঙসি ছুটি নৎত্রা?”

নোংমা ঐনা চৎলিবসিগী মবম হংলকখিবদুদা ঐনা ওফিস চৎলিবনি হায়না খুমখি। অদুননি মানা হায়বক্লিবসি। হংঙি, “নত্তে। কবিগী ছুটিনো?”

“ঙসি গান্ধী জযন্তিনে!”

ওঃ বাপুজীগী মপোক নুমিৎ। ঐনা হায়, “নঙগী লাইবিক হোর্বেন্দি শোযদনা লৈরক্লগে।” পম্বমদ্রে ঐ।

কয়াদা নাল্লিবনো লম্বী সডকসি। অদুবু ঐগী কাগী থোঙদি লাওনা হাংলমগনি।

লৈরমগনি অমোৎপা কয়া-কয়া অমোৎপা ঐগীদমক। অহলদু ওম্বোক্লা লুবা পামজবনি। অদুবু অমোৎপবুদি হঙ্গোইখিদে। চৎখিবনি ফাও ফাওদুনা অমোৎপা মরক্তা। অমোৎপবু নীংথিনা খঙখি। অদুগা শেংদোকখিবনি। অদুবু শিখি অমোৎপা অমগী মখূৎতা। মায়থীবদি নত্তে, মায় পাকপসু নত্তে। হিংহৌরি মাগী অচুম্বদুনি। অদুবু ঙসি মীগী শেংদোক্লবা লম্বীসিদা চৎলি অমোৎপা অমখক। মাগী মপোক নুমিৎসিদা অমোৎপা অমখক।

*ডিসেম্বর, ১৯৮৭*

## মৈ চঙলবা চেক

মৈ চঙদ্রিবা চেকশিংনা চীংগুম ৱাংনা পৈরি। অরোইবা লাইবক লেপকদৌরিবদি মৈ ঈকপা অসিনি। থম্বালশংদি পূম্নমক অদু মৈ অমুক থাগদৌরিবনি খল্লুবদা ভু চুংঙি। মৈ থাবা হায়বসিদা পূম্নমক মাঙ তাকখিগদবগুম খল্লুই। চেক্কী থবকসি মহাক নীংখিনা খঙজদ্রি। মাগী নুপানা মফমসিদা পুরকখিবা কুইদ্রি। মানা খঙলিবা হায়বু কংলবা লৈপাকপু লৈখোম ওলহনবা অদুগা চেক শাবা অসি খক্তনি।

কোয়লা থুংলবা ঙসি নীনিমুক শুরে। পাঞ্জিনা তাকপীরকপা অফবা নুমিৎতু ঙসিনি। মৈ থানবা শেম-শারি। থম্বালশংদি য়েনখোং অহানবদা হৌগৎতুনা ৱাইরম শীৎতোক তৈথোক্লগা, ঈরু-মায়থজদুনা পীক্লিবা মচাবু পীজ-পীথক লোইখ্রে। অদুগা লাইগী অজা-পূজা তৌননবা পোৎ-চৈসু মাগী নুপানা হায়বগী মতুং ইন্না লাঙবা লোইখ্রে।

ঙসিদি থম্বালশং ফজে। ইৱাং ৱাংদবা নাতোন্দুদা পীক্তক্লা থিল্লিবা চন্দোন্দু ফনা রাশি লৈ। কুলৈ কুচুদুদা চন্দোন্দুনা নাতোন্দু খরা ৱাংখৎপোই নীংঙি। অদুগা মপাল

অঙাঙবনা হৎপা অঙৌবা ফি মতেক্তুনা মকোক হাইফেৎতং কুপ্পদুদি, লৈখোম থীৎলম্বী চেক হোল্লম্বী থম্বালশংদুনি হেক হায়বা ঙল্লোই। তশেংবসু থম্বালশং ফজে। লৈত-লায়রনা মাগী ফজবা কয়া মুনবিপ্লবনি। লোইনমক মুনখিবদি ঙমদে। করিগুম্বা তাঞ্জা অমত্তং ফংবদা ফজবশিংদু হাইফেৎতং থিরুবদা মশানা অদুম থোকচরকপনি। চহীসু ২৬/২৭ তমক মঙায়রি। ফজরি।

অয়ূক্কী পূং নিপাল খরা হেল্লকপা অদুরাইদা মনিকুমার মাগী মী খরগা থুংলরে। ইবোবীনা লৈরিবা শঙ অদুগী অরাংথংবদা লৈরিবা শঙতপ অদুদা ফন্নদুনা পাঞ্জিনা পীরকপা অফবা পূংফমদু ঙাইরি। তাঞ্জা অসিদা থম্বালশংনা ময়ামগী চা লোনবদু লোইরদুনা ইবোবীদা তাক্করে। খূদক্তা ইবোবীনা পুখম অমদা চা গ্লাসশিংদু হাপ্লদুনা ময়ামগী চা য়েল্লি। থম্বালশংনা ইমুংদা অহাঙবা গ্লাসশিংদা চা হৈরি।

"ইবোবী, হৌজিক্কী নুপীদুবু...?" ইবোবীনা য়েল্লকপা চা অদু লৌনা-লৌনা মনিকুমারনা হংলকপনি।

"কনাবুনো তাইবুংঙো?" নুংশা থীনা অমদি পাখৎনা ইবোবীনা হঙ্গৎচৈ, "থম্বালশংবুরা?"

"হৌজিক্কীদুবু থম্বালশংলনে! ইসে ইসে ঐদি খঙলুদ্রেদনা। মাদি মশক ফজেদনা।"

ইবোবী হাইফেৎ ইকায়জে। মাদি, মীঙোন্দা ফিজি ফিনানা শোক্কুরবরা খন্দুনা রারুরবনি। থম্বালশং মাগী নুপীনি।

"মাদি থম্বালদা থম্বালনিদনা!" অসি হায়রগা থীক-থীক নোকথোরকই মনিকুমার।

ইবোবীসু নোক্লীংদনা খজিক নোকই। তিল্লিবশিং অদুগী মমাঙদা ইকায়না।

চেক মৈ থাবা হৌখ্রে। মরক অসিদা মনিকুমারদি থম্বালশংবুতা খনখ্রে। য়াম্না থাজদনা নুপীগী ফজবা অমখক থম্বালশংদা য়াওবগুম তৌই। মাবুতা য়েংনীংঙি। নুপীগী ফজবদা থৌরাংজবগী নিশা অমা লৈ মনিকুমারদা। খুদোংচাববু ফংলবদি মমল পীদুনফাও লৈজে। চহী তঙ্খায় হেল্লক্লে হায়দুনসু মদুদা থোইনা নুংনাংলুদে। মসি খক্তনি য়ূমগী নুপী অঙাংনা মঙোন্দা য়ানীংদবা হায়ববু।

মহৌশানা চেক মৈ থাখ্রবা মতুংদদি থবক পূম্বা ইবোবীদা শিন্নরম্লগা মনিকুমার ইরাক লাক্তবনি। হন্দক্তি তোয়না লাকই। হংলৈ মাগী চেক্কী মরায়বক। অদুগা য়েংলৈ থম্বালশংগী ফজববু। করিগুম্বা নুমিৎতা মতৈ-মনাওবু চেক্কোনগী পূখ্রিদগী ঙা ফাহল্লি।

মদুদা অচোৎপা ফিনা থম্বালশংগী মশা তপ নপ্লদু মনিকুমারনা চিংনদনা য়েংদুনা লৈথোকই। মীৎয়েং অদু ইবোবীসু খঙঙি। অদুবু চিংনবদি নত্তে। অদুক মতা চারুদুনা য়েংলুবা উরুবা হৌনশানি। অসিগুম্বসিদি মী খূদিংদা ইথোক্তা থোকপনি। থোইদোক্না মনিকুমারবু লাইগুম্না খঙ্গরিবনি ইবোবীদি। মাগী থৌজালনা, মিনুংশিনা চনীং তানা স্বর হোঞ্জবা ঙম্লিবনি। মীৎয়েং অদু মনিকুমারগী অশোনবনি হায়না লৌদে। মিনুংশি নত্তনা অদুগুম্বা অশোনবা মচা মনাইশিংদা লৈবা হৌনদে। অদুবু করিগুম্বা মদুনা অশোনবা অমনি হায়রবদি, ইবোবীনা লৌজে— অচৌবা মীশিংদি মশাগী অশোনবা লোৎশিন্দে, ইতিং তিংনা ফোঙদোকই। অসুম্না অশোনবা খরা উহনবিরিবসি হঙ্গোয়দনা লোয়নবিবগী মতৌনি। ইবোবীনা মনিকুমারবু ওন্থোক্লা থাজে।

চাউখ্রবা, লোইরোই হাইগৎখ্রিবা মৈখূ উতোং, মদুদা থোরক্লিবা মৈখূ— পূম্নমক অদু উরুরা অচৌবা থবক শূফম অমদা থবক শূরিবনি খঞ্জে থম্বালশং। মপূক্লিং ইনৌ নৌই। পাকখ্রবা লৌবূক-লমহাঙ, অচৌবা চীংশাং কয়াদুগী মমাঙদা চাউথোকচরুই। অমুকসু মিপাইজরকই— চেকশিং অসিনা মৈ ঈকপা লোইরগা করি অমুক তৌনি খল্লুবদা। থবক তৌদ্রবদি পৈশাসু ফংলরোই।

"মসিগী মতুংদদি ঐখোয় করি তৌরগা লৈগনি?"

ইবোবী অপঙবী নুপীগী মতৌদা নোক্লকই, "থবক্কী থবক ঙাক্তনি। চেকসি মৈ থাবা লোইরবদি লৈবাক অমুক তৌবা হৌবা য়ারে। হৌজিক তৌথোক্লনা থমহৌবসিনা হয়েং চেক শাবদা নুংঙাইগদৌরিবনি।"

থম্বালশং খুমদে। নোকফেৎ তৌই।

"ঙসি মরি মঙানি লৈরগদি হান্না মৈ থাখ্রবা চেকশিংদু পুথোকপা য়ারগনি। অফবা-ফত্তবা হায়না তোঙান-তোঙান্না থমগদৌরিবনি মসিখক্তা হোৎনবদসু থবক অমা ওইবিবনি।"

"চেকশিংসিবু পূল্লপ ঈকপা নৎত্রা?"

"নত্তে। অদুননি ঐখোয়না চেমনি অসি হেক-হেক চিংলিবসি। সিদগীদি ফম্বফাওবা শংলরোইদবনি। য়েংঙু ঐখোয়না থবক শূফম লৈতদুনা ৱাখিবদু। হৌজিক্তি থবক্তা খূরক হাঙদ্রেদনা। ঐখোয়না লৈরিবসি ইচম চম্না লৈবা নত্তে। চাউরবা চেক্কোলসি শঙলিবনি। লৈরিবা পূখ্রি ময়ামসিসু ঙা য়োক্লিবসিনি। ইঙ্খোলসু কোইরিবসিনি।"

হায়রিবশিং অসি থম্বালশংসু খঙলিবনি। অদুবু অদুক নক্না খল্লুদে। হৌজিক্তা

মশাগী মপোৎ-মরলগুম খল্লকই। নোকফেৎ তৌনা শোন্থাংননা হায়রকই, "তাইবুংঙোসি ফৈকো।"

নুমিৎ খরা হৌখি।

মৈ ঈক্লবা চেক খরদু হোন্দোকপা লোইরদুনা ঙহাক পোখারিঙৈদা মনিকুমার লাক্লুনা হায়রৈ, "ইবোবী হোরেন্দি ঐগীদা পার্টি অমা তৌবা তারে। ময়ামগী সেবা-লংবা তৌননবা থম্বালশং লাকহন্দবা য়াদ্রে।"

"লাকহঞ্জগে তাইবুংঙো," ফম্লম্বা মোড়াদু লানশিল্লি ইবোবী, "লেঙশিনবিয়ু তাইবুংঙো। নুংশিবিদুনা তাকপীরক্লিবসি লাইবক ফবনি।" ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা থম্বালশংদা হায়রকই, "তাইবুংঙোনা তাকপীরিবসি নঙবু তারব্রা?"

থম্বালশং থোরক্লুনা থোঙবাদা ঙাবোই করিওই লেপ্লে। হায়খিবদু মহাক তাহৌই। হরাওনা খুল্লকই, "লাকচগে, তাইবুংঙোগীবু য়াওদবা য়াব্রা? মতমদি তাইবুংঙো?"

"নুমিদাংদনিনে।" নোক্লগা হায়রকপনি, "কিব্রনে? হোবেল খরা থেঙথরক্লগা লাকপা য়ারে। ননাও নুপী অনীদু থারকউ হায়ববসু থারক্কে।"

"য়ানি তাইবুংঙো লাকপগীবুদি। অসুক নকপসিবু ইথন্তা অদুম লাকচগে।"

"ঐগীসি মী য়ামজদবগী তৌরবনি। ননম্মা অতোম্বীদসু মশা ব্রাই শংদ্রে। থবক নোম্বা খোৎপা ঙমদ্রে।" ইবোবীদা মখা তারকই, "নঙসু হায়নীংবনি অদুদা চেক্কোলসি শঙবীনবা লৈতেদো। হায়দোক্লগদি ফজদবা, লৈরিবা মখোয়সিদি মৈ ঈকপসিগীদমক তঙায়ফদবগী অদুক থম্বনি।"

"য়ানি ঐ লৈজহৌগে তাইবুংঙো। ময়ামসি থাদোক্লম্বা নুংঙাইগদবা মান্দে।"

"অদুনি অদুনি, মতমসিনা ফত্তবগা করিগা চেকশিন্দবা য়াদবনি। ফরে. অদুদি ঐ চৎলগে।"

"চা লোল্লিয়ে তাইবুংঙো," থম্বালশংনা নোল্লুক্লা হায়জে, "চা গ্লাস অমত্তং...।"

"হুম, কোন্না থক্লগে। হোরেলগী থবক য়াম্না লৈহৌরি।" তপ্পা হৌগৎখি। চৎনা-চৎনা হায়রম্মী, "ইবোবী, থবক পঙকন কন্না শৃগনু নশা শোক্কনি।"

মনিকুমার চৎখ্রগা থম্বালশংনা হংঙি, "পার্টি হায়ববু কৈনো?"

"চাক চান্নবগুম্বনিদা। অচৌ-অশাং ঙাক্তনি তিল্লগদবশিংদু। মফমদুদা নঙগী শম-শা তৌবা অদু য়াবা নত্তে। নীংথিনা কেরগা চৎকদবনি খঙলব্রা? তাইবুংঙোগী

মায খুহনবা যাবা নত্তে।"

"অদু ঐবু কবিনো শেৎতোইসিবু" মুগা ফনেক শেৎলুবা?"

"হেবা... অদুগা যাবা নত্তেদা' নহাল ঐনা লৈবকপা ফুবিৎতু লীৎলু। নওগী ফজবা ফি-বোল লৈদাইনে? কেবগা চৎলু যাম্না কেনা।"

"যাম্না কেনা'" থম্বালশং ইওক ওকই। নোকফেৎসু তৌই।

তৌকপদবা থবক মতাদু কযা হৈনবোই হাযবসি খঙাঙ ইবোবী। অদুগীসু মথক্তা মীওক-মীচানসু কযা হৈজবা নত্তে।

নুমিদাংদু ফনা থেঙলে পাটি মফমদগী থম্বালশংনা হল্লকপদু। কনা কনানো খবনা থিল্লক্লম্মী। ইমুং চঙলমদে। ইবোবীদি ঙসাইদগী তুম্বা হীপ্পা চঙলুদ্রবনি। কাবনো মানা অচৌ অশাং মব ত্তুদা তৌবমগদবদু খল্লুবদা।

"কবম কবম তৌই?" বাহং অসি থম্বালশংনা থোঙজিন কানশিনফাৎত্ৰ ঐঙেদগা হংখ্রলনা।

থম্বালশং খুল্লকখিদে।

অমুকসু হংলকই, "পার্টিদবু কমদৌগে হাযবনি?"

মাফ হোংনা তোংনা ইশাউ শাউনা খুল্লকই, "নখোয পার্টি হাযবাসাদি য থকপদু ওইবে?"

ইবোবীনা নোক্লগা হাযবকই, "তাইবংপাংসু থকপ্রা? এদি তাইদু হৌনা য ঙাওবা অমত্তা উদি।"

"উবসুহাই উবসুহাই! মানা খাং তেংত্রা' ইকায়বনা থম্রদ্রবা। ঐনা চুক্লিবাদি নপীশিংদুনা। কনানা কনাগী নপাগে অম থবু খঙদে। অমগাসু অমগাসু ইমান মাগীগী-তাল্লদা ঐ।"

"অদবু কৈদৌনবগে নঙনা অনক যাম্না শাউদবনু? পার্টি হাযবাসাদি অদু চাক্তোনা। কবিসু খল্লনু।"

"অদুব তাইনংঙ্গাদো. . মানা তৌজ শাবদো, ঐখোয়না নাংলিবাসগা..."

"য চাওবা হাযবাসাদি মখোঙ খঙবা নত্তে। অদু কৈদৌনবক্লগে নঙ্গোন্দব?"

"পল্লাংদে পল্লাংদে।" ইশাউ শাউনা ফমুংদা কাখৎলগা হাপাগ, "অঙাংদু অদুদা তমিন্নবগেবা? যাবদ্রা?"

"হোয যাবনি। অদু ঙাইখো নওগাসিবু শাউদুনা লাক্লিব্রামি? অদুম্নগা তৌববাদি তাইবুংঙোগী মমাঙদা ইকাযকো। শিখিবনা হেল্লা ফৈ।"

থম্বালশং খুল্লক্তে।

"পার্টিবু লোইহৌরব্রা? নঙ লৌবা লাকসিরা তৌরম্বনি। অদুদা ফজররোইদ্রা খন্দুনা লাক্তুবনি। কৈদৌরগে নঙবু? লোইবু লোইহৌরব্রো?"

"লোইহৌদ্রি। ইনম'হন্না থেঙলে হায়দুনা থিনবিরকপনি।"

"তাইবুংঙোদি খঙহৌব্রা?"

"য়ু ঙাওদুনা লৈহৌই।"

ইবোবী মখা তারুদ্রে। নোংমা, মখোয়গী মখূরাশিং থোকপা অমনা য়ু ঙাওরগা লাউ-খোংলগা সোমদা থম্বালশংনা মশা নীক্তুনা লৈরম্বদু নীংশিংলকই।

ঙহাক লৈরগা মপূক্লিং নুংশিনা থম্বালশংনা হায়রকই, "য়ু হৈদুনা য়েন্নবগীদমক ঐবু কৌরিবনিকো! মচানুপীশিং অদুদি কৈদৌই হায়বগে। মসি খঙজরম্লবদি চৎচবম্লোইদবনি ঐ। মখোয়গী থৌজালদা হিংলিবনি হায়দুনসু...।"

ইবোবী তূমিন্না লৈ। থম্বালশং চাননা শাউরে মহাক খঙঙি।

"... ঐ পূক্লিং য়াম্না নুংশি।" থম্বালশংনা হায়বকপনি, "ঐ তাইবুংঙোবু য়াম্না শাউনীংঙি। মানা ময়ামদুগী মমাঙদা ঐগী খূদাং পায়রগা হাযরিবনি—'মসি হেলোইনি। ঐগী চেক্কোনগী হেলোইনি।' য়ু ঙাওই হায়দুনবু মদুবু হৌনব্রা? নুপা লৈরবা নুপানি ঐ।" হীক-হীক কপ্পী থম্বালশং।

ওম্লোক্লা তাইওন্নৈ ইবোবীদা। য়াম্না থাজনীংদে। খন্দোক্কে হোৎনৈ—য়ু ঙাওদুনা তৌরিবনি। পঙহায় হায়রিবা হায়বদুনি। অদুবু ঙমদে। পঙহায় হায়বা য়াদে। মমীৎতা উরকই উপায় লৈজদ্রবী মাগী নুপী অদুগা ময়াই কারবা তাইবুংঙো, পার্টিগী মীয়াম। শাউবংননা হায়বকই, "ফরে! অদুবু অদুম্মা কপকনু।"

নুমিৎ খরসু হৌখি। চেক মৈ থাবসু থা মখায় অমা হৌঙ্গল্লক্লে। অদুগা মনিকুমারগী মীৎয়েংসু নোংম-নোংমগী ময়েক শেংবা হেনগৎলকই। মসি ইবোবীদা নত্তনা থবক শূমিন্নবিবা কয়াসু খঙলবনি। খঙদে, করম্বা থম্বালশংগী ফজবদনো মাগী মপূনা অসুক থৌনা ফরক্লিবসি। থম্বালশংনদি চৎলসি তত্তনা হাযরি। চৎখিবনা ফৈ খল্লি মাদি। অদুবু ৱারেপতি ইবোবীগীনি। মাদি তূমিন্না লৈরি। ৱাখল কয়া খল্লি।

নুমিদাংৱাইরমদু মনিকুমার লাক্তুনা হায়রৈ, "ইবোবী, মুন্না শল্লবদা কোয়লা লৌরুনবসি নঙ নৎত্রবদি লৈত্রে।"

ইবোবী স্বায় লাউই।

"নোং-চীং লাক্লিঙৈদা মৈ ঈকপসি লোইশিন্দবা য়াদবনি। হৌজিক থারিবা

কোয়লাসি কয়া ফত্তে। পৈশাদি চপ মান্নবা অদুম লৌখি। সিনি মীঙোন্দা শিন্নবা হায়বসি। অদুবু লোইবদি লোইশিল্লক্লে। চাউবদুসু ঐনা ঙাঙনরম্লবনি। চন্দ্রসু য়াওগনি। নখোয় অহুম হয়েং অয়ূক ঙন্তা চৎখ্রো। অদুগা চৎখিবদা ডিমাপুরদা লৈবা মঙ্গিলালগী ব্রিক ফিল্ডদা চঙলম্মু। ৱাফম খরা হায়রমগদবা লৈ। শেল-থুমগীনি। মসিগীসু মরূ ওইনা নঙবু চৎহন্নীংবনি।"

ইবোবী মরূ লূকথদুনা লৈ। তৌবগীবুদি অসি গুম্বা শেল-থুমগী হিসাব অয়াম্বা মানতা তৌদুনা লাকপনি। অদুবু থম্বালশং লাকপদগীদি অহীং লেনগদবা মফম অমত্তসু চৎলু তাকপীখিদ্রবনি। ঙসিদি তাকপীরক্লে। নুমিৎ মরিনিগী হঙ্গৎ-হন্দা খোঙচৎসিদা।

"ইবোবী," মনিকুমারনা ইবোবীগী মরেঙবান্দা মখূৎনা পোপ-পোপ থাবগা হায়রকপনি, "খুদোংচাদবা লৈরবদি কোয়লা লৌবদু য়াওরূদ্রবসু ডিমাপুরদগী অদুম হল্লকউ। তঙাযফদনা মঙ্গিলালগা লৈনবিবা শেল-থুমগী হিসাবসিগী নঙবু চৎহন্নীংদুনা তৌবনি। চৎখিবদা পুখিনবা মরোল পৃম্বসু ইদুনা লৈরবনি। করি হায়বগে নঙবো?"

"ফনি তাইবুংঙো। চৎচগে।" মখূৎ অনীদু লোন্নরগা খুন্নকই। মায়থোঙদা য়ানীংবা-য়ানীংদবগী মমি অমত্তসু তাদে। অদুম খুন্নকই, "তাইবুংঙোনা তাকপীবগা লোইরে।"

"অদুদি ঙব়া চৎনবা তৌ। চাকসু হোত্তেলদা চাবো। অয়ূক অঙনবদকো..."

"ফনি।"

অহীংদু ফনা থেঙলে।

"...ইথম্তা করম লৈহৌদোইনো?" থম্বালশং হীক-হীক কপ্লি, "ইথম্তা লৈহৌবা ঙম্লোই ঐ। চৎলসি ঐখোয়গী যূমদুদা; ৱাববসু ৱানা খাঙলুরাস। চৎলসি।"

"তঙায় ফদ্রবদি চৎপা তাই।" ইবোবীনা হায়রকই, "অদুবু কবম্মা হেক চৎকদগে? মদুবু হেক য়াব্রো?"

"অদুদি ঐবু হায়া যূমদা থিনবিরম্মু।"

"নঙবু তশেংনা চিংনবব্রা?"

"চিংনবা নত্তে, তশেংনা কি!"

"কিফম থোক্তে থম্বাল। ফত্তবা থবক্তি ফত্তে হায়গদবনি। অচুম্বনা অরানববু কিবা হৌনব্রা? ঐদি কিদে।"

"করিনো নঙনা ঙাঙলিবদুবু? নঙ কিদ্রবসু ঐদি কি। ইথম্তা লৈহৌবা ঙম্লোই।"

"নঙবু অঙাংলো?" ইশাউ শাউনা ইবোবীনা হায়রকই, "নঙবু নখোঙ নখূৎ পানদ্রবরো? অদুক শোন্না নৈগদবগী শরূক শিখিবনদুম হেন্না ফৈ!" ইতপ তপ্না অমুক হায়রকই, "ঐসু মফমসি থাদোক্লুনা চৎলসিরা থল্লম্মী। অদুবু নঙনা য়াম্না ব্রাবদু উবগা ঐঙোন্দা থৌনা অমা লাক্লে। ঐ খঙলক্লে, ঐখোয় চৎকদবা নত্তে। ঐখোয়দা কনানসু চৎলু হায়দে। হায়য়ু করিগী মরাল লৈবা মীগুম চৎকদৌবিবনো? ঐখোয় লান্দে। কনাদসু লান্দে। কনাবুসু কিফম থোক্তে।"

পি হেন্না শীঙ্করকই থম্বালশং। পিনা থল্লবা মমীৎতা অহীংদু হেন্না মম্মী। অমম্বতনা মবোল নাইখ্রবা অহীংনি। কয়াদা তমথীখ্রবা অদুবু কয়াদা নুংশিখ্রবা।

মথংগী অয়ুক্কি।

চন্দ্র লাক্লুনা চৎলসি হায়রম্মী। ইবোবীসু মপোৎ-মচৈ লোইশিল্লে। থম্বালশংসু পীক্কিবা মচাদু নিংঙাই তৌরক্লবা পোশিঞ্জে। ব্রাদি মচেৎ অমফাওবা ঙাঙনদে।

চৎলমদাইগী মতম্দুদা ইবোবীনা য়াম্না ভাব তানা হায়রকই, "ঐ চৎকে থম্বাল। ঐখোয় যাম্না শোনমনখ্রে। অসুম্না শোক্তদুনা নৈরবদি মফম খূদিংদা ঐখোয় খুদোংথীবদা নংগনি। যেংঙু চৎকদৌবিবসি মাগী থবক্কি। মসি ঐখোয় তৌবা তাই। ইথৌনি। ঐনা চৎত্রবসু মানবু তশেংনা নীংলবদি অমুক চৎপা চত্রবা চপ মান্নবনি। অদুবু য়াদে। মদু হৌনদবা থবক্কি খঙহনবা তাই।"

মরু লকপদুনা লৈ থম্বালশং। তমিম্না অদুম লৈ।

"থম্বাল," ইবোবীনা হায়বকই, "ঐনা চৎকদৌরিবসিনা মাগী খুদোংচাবা ওইনা তানবদি, মদু ওইববদি ঐনা চৎলিবসিসু লাঙ্ডদ্রবা ঐখোয়গী থৌনা অদু উংথোকচনবগীনি থল্লু। থৌনা কৌ থম্বাল। ঐখোয়গী অশোনবনা, ঐখোযগী পাঙ্ডদবনা মফম খূদিংদা ঐখোয়বু ব্রাটাল্লবনি। তোক্সমন্দুনা ঐখোয় ইশানা ইশাবু থাজবা ভুমদ্রিবনি। অদুবু ভুসিদি ঐখোয় মীকপ থোক্লে। ঐখোয়গী অমম্বা মাঙখ্রে। কাবগী অদুক শোক্সরিবনো?" অসি হায়দুনা থম্বালশংগী মখূৎতা মতোন তুম্বা থাঙ অমা পুথোক্লুনা পী। মদু মানা লমশাং চৎপদা হেক-হেক পুবনি। "সে মসি পায়শিল্লু।"

"থাঙ!" থম্বালশংনা শোক্নাংননা হায়রকই। মমায অদু তপ্না নোনখৎলকই। মমীৎ অনীদু পিনা পীক থল্লম্মী।

"হোয, থাঙনি। ঐসু মঙোন্দা চিংনবা লৈ। থাজবসু লৈ। মতাক ঐখোযগী মপূনি। মাবু ইকায় খুম্নগনি। মাগী মখা পোন্না হিংলি। অদুবু চাননা মখাদি পোন্দে। মাসু মীনি, ঐখোয়সু মীনি। থাঙ অসিদসু খেন্নবা অদু লৈতে। অচুম্বগীদমক হিংসি।"

অচুম্বগীদমক্তসু শিসি। অদুবু মীচেলদি ওইগুমাস। মায়োক্লাস। ' আস হায়রগা। থম্বালশংগী শীম্থরিবা মপিদু তৈথোকপী। অদুগা মমা মচাবু নুংশিনা য়েংলগা হায়রকই,

"ঐ চৎলুখিগে।"

ইবোবী চৎখ্রে। কয়াম কুইনা লেপ্তুনা লৈরুরবা থম্বালশং খঙলুদ্রে। মখূৎতা পায়রিবা থাঙ অদুদা য়েংলকই। হৌজিক্তা খঙলকপগুম তৌই—তশেংনমক মদু মতোন তুম্মী।

নবেম্বর, ১৯৯০



সুধীর নাউরোইবম ইংশোক ১৯৬৭তা ওইনাম বাজারদা পোকই। মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদগী এম এ (মণিপুরী) লোইশিনখি। হৌজিক *পোক্লফম* পাউচেগী ফীচর এদিটর ওইরি। ব্রারীমচা, প্লেরাইট অমদি রেদিও লীলা ইবা অমা ওইনা থোইদোক্লা শকখঙনৈ। ইং ১৯৯৮দা ফোঙখিবা মহাক্কী ব্রারীমচাগী লাইরিক *লৈই খরা পুন্সি খরা* হায়বসিদা সাহিত্য একাদেমি মনা, ২০০৪ ফংখি।

অইবগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং ঃ

*য়োকচবী বাংলাদেশ* (ব্রারীমচা, ১৯৯০)

*মৈ চঙলবা চেক* (ব্রারীমচা, ১৯৯২)

*লৈই খরা পুন্সি খরা* (ব্রারীমচা, ১৯৯৮)

